# তাইবং খঙহিদ্রবা মতুংদা



লাইমূজম রামেশচন্দ্র

# তাইবঙ ফাওখিদ্রবা মঙলান

অইবা

লাইমুজম রামেশচন্দ্র

অশৈ ৱাফোঙ যোকখৎ লুপ

**TAIBANG PHAOKHIDRABA MANGLAN**
**A collection of fifteen short stories**
**Written by Laimujam Rameshchandra**
**Yaingangpokpi, Manipur 1996.**

কোঙবা : অশৈ রাফোঙ যোকখৎ লূপ
ইতম হুঙ্গোইগীদমক অইবা মশানা ফোংঙজবা

অহানবা নম্বা : মার্চ, ১৯৯৬

মশীং : ১০০০

মখুম য়েকপা : প্রেমানন্দ রোয়

মমল : ৩০ ০০



নম্ফম : পদ্মা প্রিন্টরস, পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

# লুপকী ৱারোল

মৌনা সাহিত্যদা খুৎ থানীংবশিংবু পুক্নীং থৌগৎনবগী য়ুম্ফমদা ১৯৯৩ দা হৌগৎখিবা অশৈ ৱাফোঙ য়োকখৎ লুপ-না অহানবা ওইনা ১৯৯৪ দা ফোঙথিবা ৱারী মচাশিংগী খোমজীনবা লাইথিক "ৱারীমচা থরগী খোনজেল" গী মথংদা লুপ অসিগীদমক্তা পুথোকপা অনীশুবা খুদোলনি লাইমুজম বামেশচন্দ্রগী হন্দক মীযামগী খুত্তা শিন্নজরিবা মহাক্কী ৱারীমচা তবামতাগী লাইরিক "তাইবঙ ফাওখিদ্রবা মঙলান"।

সাহিত্যগী অরাংবা কৈরাক্তা কাহুনা মগুণ লৈবা লাইবিক পুথোক্লবগীদমক লাওনরবা মতমসিদা মমী য়াৎলকপদা তাররিবা কাংলুপ অমব খুৎশিন্নহুনা চিংবৎনবা লাক্লজবদা লুপ অসিনা মথল কযাগী খুদোংথীবা মায়োক্লক্নৈ—অইবা ওইবকপা যাই থাজবা মীবু চিংথোক্কুনা ইহনবদগী মহুবু ফোংদোক্কুনা মীয়ামগী মযমদা শিন্নবা ফাওবদা, মপুং ওইনা শেলগী।

পুথোকচরিবা লাইরিক অসিবু তরাম্না লৌশিনবীবগা লোযননা লুপ অসিনা মতুংদা পুথোকচরক্কদবা অইবশিং অমম্বুং মখোযগী পোত্থোকশিংবু মহে য়ানহনবীনবা ষাইক - প.উতাক পীবীনবা কোক্লুকচরি।

ষাইমা হাওবম
সেক্রেটরি,
অশৈ রাফোঙ য়োকখৎ লুপ

ফেব্রুয়ারী ১৮, ১৯৯৬।

# ৱাহৈ খৱ

হীবম অনদা থম্মোইনদি পামজবা, থৱায় য়াওজবা, তৌথো-বকপদদি ঈপক পকচদবা, ৱাশী য়াওজেদবা মীওই কয়াসু লৈতবা নত্তে। মখোযগী মবক্তা ঐহাকসু অমনি, থৱায়দি য়াওজবা ঈগুন্দি যাওদবা। ঙসিগী মণিপুৱি সাহিত্যগী থাক অসুক্কী মতীক ৱাংথ্রে, ঐহাক খঙজে। পণ্ডিত অখঙ-অহৈ ময়াম, মশীং লাবঙমদনা শৈববসিদা ঐগুম্বা, ইহৈ-ইশিং নীংথীনা তমজবা ফংহৌদ্রবা, মপানগী সাহিত্যগী ঈপাক্তা নোংমত্তসু লাইজ খূজোক অমা ইপান লাংজবা ফংদ্রবা, নুমীৎ চুপ্পা ফক্লাং মবিনা কোয়শিনবা অখুবা কাখূ অমদগী হেন্দোকপা ঙমজদ্রবা অমনা ঙসি অহানবা ওইনা পুথোকচৱিবা ৱাৱী মচাশিংগী লাইৱিক মচা অসি ফজবে, মতৌক চাবে হায়না লাম্থোক-চবদি নত্তে। মসিদি অঙাংনা মৈ কিদে, অপঙবনা লাই কিদে হাযত্নুগুম্বনি। মালেমদা হৌৱিবা হৈপাল-লৈপাল, উবী-ৱাবী পুম্নমক্কী মশক, মহাও, মনম, মগুণ তোঙাল্লি। মীপুম খুদিংনা ফজবা ঙাক্তা যেংনিংবা, অহাওবা অথুম্বা ঙাক্তা চানিংবা মহৌশানি। তৌইগুম্বসু প্রকৃতিনদি অশীনবা, অখাবা, অযাকপসু শেম্বীবম্বগুম, ঐহাক্কী হৈত-হৈত পুথোকচবা লাইবিক মচা অসিবু অমুক্তং মহাও তংবীবা ওইনা পাবিবগদি হোৎনজবগী মহৈ যাল্লে খনজগনি।

ঐগী লাইৱিক মচা অসি পুথোক্লবগী যাম্না কন্না পুক্লীং থৌগৎ-পীৱকপশিংদি (১) যাইমা হাওবম, জে. সে., অশৈ ৱাফোঙ যোকখৎ লুপ, (২) জিলা নেপ্রা, প্রেসিদেন্ট, অশৈ ৱাফোঙ য়োকখৎ লুপ লমকা কন্সেজগী মণিপুবি লেকচবব অমসুং (৩) মনিগ্র কোন্সম, এডিটব সনথোঙ, হাযৱিবা ঈকায-খুম্নজবিবা ঈনাও অহুম অসিনী। মখোয়না খুৎই ওইৱিবঁদগী থৱায য়াওনা পাবিত্নুনা মমল য়াম্লবা সজেসন কযামুক পীবীবক্তুনা ৱাহৈ-ৱাতা শেমদোক-শেমজিন তৌনবগী তানজা ফংজখি। ভদ্রলোক অহুম অসিগী চাউববা লমন ঐগী পুন্সীদা তোনশিনত্নুনা লৈহৌবগনি।

আবোইবদা, লাইৱিক অসিগী মখুম যেকপীনবা হায়জৱলবদা হবাও-হবাও যাবীবকখিবা ঐগী ঈনাও প্রেমানন্দ ৱোয অমসুং লাই-ৱিক অসি নম্বদা য়াম্না থবায় য়াওনা হোৎনবীখিবা ঐগী পন্মা প্রিণ্টবসগী ঈনাওশিংবু থাগৎচবি।

লাইমুজম বামেশচন্দ্ৰ
মেনেজর, মণিপুর ৱুৱেল বেঙ্ক
পোৱোমপাৎ ব্রাঞ্চ।

১৭।২।৯৬

# য়াওফম তাকপা



—: O :—

# তাইবঙ ফাওখিদ্রবা মঙলান

লবায—লাইববা, অপঙবা, সমাজগী শোথহৌববা, তোল্ল-তারবশিং মীমান্নবা ওমদ্রবশিংগী লৈফমনি। মসি মতম পূন্নমক্তা চুমতুনতা লৈবগদবা য়াফমনি। লবায়দা লৈবা মীশিংদি পেন-থোকপা, নুংঙাইথোকপা যান্না হে, মখেযদা পুন্সীগী হিদান্নবা, চাউখৎপগী লমজেন, তুংগী নুংঙাই যাইফগী য়াথল থোইদোকনা চঙদে। ওসিগী চেঙ চবা অমা লৈববদি যাব, হযেংগীদী থোক্লবা অমা লাক্কনি, লাইনা যাংপা খাযাংনি শোযবা য়াত্রা হাযনা নুংঙাইনা লৈথোকই। মনিপুবদদি ঈস্ফালতবু সহব ওইনা খঙনৈ। অতৈ সহব লৈতে। অতুনা খুঙ্গং-সহব হাযবগী মহুত্তা ঐখোয়না লৱায-ঈস্ফাল হাযবগা অতুম খলনবে।

লবাযদা অযবা মীওই, লাইবিক-লাইশু হৈবা অচৌবা থবক পাযবা থোক্লত্তবদি নত্তে থোক্লকই। অতুবু লৈফম লৈতে মখোযগী লবাযদদি, হোংগৎখি ঈস্ফালদা। ঐনা লৱাযবু হস্থনা উদে। তৌবদদি লবাযদা লৈবগদি সমাজগী খুদোংচাবা পূন্নমক ফংদে। মী পূন্নমক ঈস্ফালদ। লোইনা লৈবদি য়াদবনিনা ডাবরিনগী থীওরি ওফ ইভোলুসনগী মতুংইন্না শোথহৌরবা অপঙবা উপাই লৈজদবা কাংবুনা লবাযনা লৈহৌই। অতুগুম্বা শোথাহৌববশিং অতুগী মহুংদা ঐহাকসু অমনি। ঈশানা যাজে। কনাগুম্বদি লৱায হাযবগা শাউবসু লৈ, ঐদি নতু নাত্ত। চীংমীশিংগী মবক্তা হাও হায়বগা শাউবশু লৈ, থবা অঁমনা হাওনী হাযজরগা হবাউজবা মতুগী খুদোং-চাবা লৌবসু লৈতবা নত্তে।

লৱায়দগীসু খরা মচীন ভুমখৎলকপগা ঈস্ফালদা হোংগৎনীংই। মবমদি ? মরমদি মহাক্কী থবক তৌফম ওফিশ লৱাযদা লৈত্তে,

মচা-মশু লাইরিক তমফম অফবা স্কুল লন্নায়দা লৈতে, লাযেংশঙ লৈতে, ডাক্তর ফংদে, অন্নাংবা থাক্কী মহৈ-মশিং তমহন্নী-লবস্থু লন্নায়দা লৈতে, ঈস্ফালদা লৈ। পুন্নমক অসি যেংউবগনি স্থংশিজববা পোক্লফম থুঙ্গঙবু, হৌমিন কামিন্নবকপা পীক্লিঙৈদগী তিন্নজবকপা মকুপ-মপাং, ঈশিং-ন্থুংশিং অকোযবগী, শা যন পুন্নমকপু শেংন খাইনবমলগা ঈস্ফালদা চেনবা তারকই। লন্নাযদা লৈরগা ঈচা ঈশু মাঙলকই, মহৈ-মশিং হৈহনবা ঙমদে। ঈশানা ঈশাবু হস্থনা উজবকই। শেনখায-থুমখায যাম্নী। ঙাকপী শেনবীনবা লৈতে।

চঙউ-চঙউবা মফমদা, ওফিশশিংদা, ঐগী মীচঙ লৈবমদবা, মকুপ-মপাং যাওবমদবা, ঈপা-ঈতোন উবক্তবা, থবক অমত্তং তান্নরকপদা মিন্নুংশি-থৌজাল ফংলক্তবা, পীথোবকপগা লোযননা যাম্না হৈথোই-শিংথোইববস্থু মীচঙ লৈতবা, যমফম ফংদবা লোইনমক অসিবু খঙন-খঙন, উন-উন করস্থা ন্থুমীৎ থাদা, কবস্থা কুমজাদা ঈবমদম লন্নায় অসিবু হুন্দোক্তুনা চৎচবা ঙমগদগে খনজবকপা কুইববনি মঙলান কযাগী মবক্তা।

হৌখি মতমদি লেপ্পা নাইদনা, ঙমহৌদে অমত্তা। ঐঙোন্দা অচৌবা লানথোকপা ঙমদবা পল অমখক্না থৎচিন্দুনা লৈবি। ঈচাশিং চাউরকখি লেপ্পা লৈতনা হম-হম, ফংখিদে লাইরিক তম্বা অফবা স্কুলদা। অফবা ওজা ফংখিদে শন্নাই য়ুমদা তমহন্নবা। অরাপ্পদা থাখিবস্থ লমদে। ফাল লৈতবা, বোরা শেগায়বা নাম্বা পোবা, ওজা কাদবা, সবকারনস্থ য়েংবীদবা মপু পান্দবা লবায়স্কুলদা তমহনখি। ফনা যাম্না মবুদ্ধি ফত্নুনস্থ তম্বু তম্বিদ্রবদি যাদে লমখাঙদা মাঙই লোইনা মাঙথ্রে ঈচাশিং। অসিগুম্বা ফিভমদগী লিখৎলকপদি চামদা অমখক্তনি। অতৈনা লমখাঙদা লোইনা তৎহৌই। থোক্লক্তে ডাক্তর ইঞ্জিনীযার তম্নবা অঙাংশিং লন্নায়গী স্কুলদগী মতুদা ঐগী ঈচাশিং লোইনা য়াওথ্রে।

ঐহাকসু লৱায়দা পোকপশিংগী মনুংদগী অমুকসু খ্বায়দগী লাইরবশিংদগী লাইববা অয়ুক চাবা মুমিদাং হেনবা ঈমুং অমদা পোক্লকখি। লাইবিক-লাইগুদা থৱায় য়াওজরুবনা, লাইরবা অমসুং লৱায়গী পনশিংচু লানথোক্তুনা ঙসিদি ভারত সরকারগী থবক মচা অমদি উচিন নাচিন্না হৌদোং লাইকুদগী ফংহৌরে। মণিপুর সর-কারগী মমল যামলবা থবক্তী ঐগুম্বগী ঈতীক নচ্চদে, মনাক নকউবা ঙমদে মঙদা ফাওবা মঙউবা যাদ্রে।

থবক মচা অমা পায়রুবগী হৌনবী মুমীৎ খুদিং ইম্ফাল কায়, লৱাযদা ওফিস লৈতে। লৱায়গী যুমদা অহীং তূম্বগীদমক হল্লকই অহীং অথেংবদা। অযূক অঙনবদগী বস তোংচুনা নঙনবা চৎলি হঙ্গৎ-হন্দা শদৌ থোংমখে। নোংঙানবদগী মুমীৎ ভাবা ফাওবা ঈম্ফালদা লৈ। কুইববনি খনজখিবা ঈম্ফালদা লম মচেৎ অমত্তা লৈজগে মসিগী অচেৎপা ৱাখলগা লোইননা থাগী খুৎশুমন ফংবা খুদিংগী যুমফাওবা যৌবক্তনা, লাইংথৌ সনামহীদা কচ্চদ্রিবৈনো লূপা ৩০০/৩০০ চহী ১৫ গী সুপব সেভিংস স্কিম, লূপা লাক্ষ অমগা লীশীং তবা ফংগদবা মতম যৌবে। ইমান্নবনা চাবিবা, থক্লীবা চূরুপ, ৰা, চা, যু, খৈনি পুম্নমক অমত্তা হেক শোক্তমখে—ইমান্নবনা হংলগসু হকচাং ফত্তে চাকখাউ নাই হায়বনচিংবা ওইদবা কযা হায়-জিনচুনা মনুংদনা অবোনবা অচেৎপা ৱাখল অমা ফুমজিনচুনা লাকখি।

চহী ১৫ অসি ঙাইরিবৈদা লোয়না মাঙখি অঙাংশিং। ৱানা ঙাইজরকপা নীংখা তম্বগী মুমীৎ আগষ্ট ১৫ গুম থনজরকপা মুমিত্তো ঙসিদি লেঙশিল্লক্লে নোকমি নোকমি, অনৌবা আশাগা লোয-ননা ঐগী মল্লবা থম্মোয লকান্নুংদা যাউশঙ মতুংদা অবের থুংঙবগুম্না। লূপা লাখ অমদি থবা হেন্না লৈজরে। ঈচাশিং লোইনা মাঙজগ্রবসু তুংগী মীরোল অমগীদমক যুক্ষম অমদি থোল্লম্লগে হায়বগী আশাগী

মঙলামতুদি হৌজিকসু লৈবি।

নোংমদি থেংনজ্রাব পাউচেগী মতেংদগী—খ্বাই মাগা মপান্দা ইংখোল মচেং ৭০´×৩০´ অমা যোল্লি। পুক্লীংদা তিং লাউমা ফাওরকখি—মসি লৌশিল্লবদি থুম মচা অমা শাবদি কাবক-কাবক যাগদবা মাল্লি। ঐগী হান্না লৈজখিবা লবাযগী ইংখোল মচেংশিগা লুপা লীশীং ৫০ মুক শিতুনা যোষ্ণোক্লবদি ঈস্কাল মহূংদা উগীবা ৱাগীবা থাংপোক অমদি শাগংপা ঙম্বা যাবেনা। ফুংঙাইববা মঙলান অসিগা লোইননা লক্ষ্মী ঈমা ইবেম্মবু থম্মোযন্নুংদা চেৎনা থাগোন্ন-জরগা ইংখোল মপুহু উনজনবা চৎলে।

ললাম্বুং মখোঙদা পুঙ্খী অচৌবা মনাক্তা মমীংদি খঙজহৌদ্রে, চংজকই য়াম্না হবাউনা, হংজকই,

—ওজাগীবা ইংখোল মচেৎ অমা য়োনগনি তাকপীবদো?

—মানি লৌবীবা য়াগনি, পাম্বা পামদবা যেংবীয়ু।

—ফগনি অমুক্তা যেংজগে।

মপুহুনা অঙাং অমা থাহুনা ঐবু লমজিংহনখি। অঙাংতুগী মতুং ইনতুনা চৎখি। ইংখোলতু যেংহল্লে মফম তাকপীবে। মফম-তুদা কাচাগী ৱাচেৎকী ফক্লাং থাবা শঙশাং অমদা মযাং থবক ঙবা মযাম কোংকুত্তা হঙোই মহা থাবগুম কুক-কুক ইন্নকা শৌ শানা লৈবম্মী। ঐনা মনীং-মমাও চতুনা কোযম্নেং য়েংই। থনখি পুক্লীংদা মফমদি চাবে। শাগংচখি মঙলান কযা মফমতুমক্তদা, শোমদা থুম শাবা অসোমদনা লেত্রিন, নাকন্দমা চাকশঙ্, লোইরে থবক্তী মীংকুপ্তুদা। 'চৎলসি ঈবুংঙো যাবে' লাকই অঙাংতুগা মপুহুগী মনাক্তা হংজকই—

— ওজাবু মমলাদি কয়াম্মুক লৌবিগনি?

'ত্রবেৎ লৌগনি' ঈনাউ।

দোরি য়াউদনা উঙখি ঐগী কোক উরুক।

— ননাউ অমুক্তা খনজরুখিগে।

মীংকুপ অমস্তা পঙ্খবমদনা মীত্তা তন্দন্না মশেন মরাং পাইবতুনা থোকলকখি মফমতুদগী। শাংলবা চহী কুমজা ১৫ চঙনা শাগৎচ-বকপা রাংলবা বাখলগী মঙলানতু মীকুপ্তুগী মন্নুংদা পুমতোই তোইনা চোইজাইননা লৈমায়থক্তা চাইখায়তুনা মাঙখিরম্মী। ঐনা খনজখি ঐগী পুন্সীসিদদি ঐহাকসি ইম্ফালগী লাইরবা অমগী থাক অতু য়োৌবা ঙমদনা তাইবঙপান অসি থাদোকখিবা তাবেদকো।

ঐগী লৈজনীংদ্রবা পামদ্রবা লন্নায়গী য়ুম, মতুনা পুন্সী কয়ামকম লৈখা তাহনখ্রবা, থাদোকপা ঙমদনা খুঙ্গঙবু য়াম্না নুংশিজবা, পামজবা শাতুনা লাইরবশিংবু যোকখৎনিংবা কবিগী শক্তম লৌবতুনা পুন্সী অসি অস্থুম লেনবা তারকই। উপাই লৈত লৈতনা নীঙবা কাযনা কায়না চান্না চান্না। হে তাইবঙপান হৌজিক্তা খঙলকই—ময়াম্না ঈপাম লমদম, ঈবৈবাক ঈবমদম, ঈযুম নুংশি-নুংশি হায়বতুদি মন্নুংদা যাম্না চাওবা অর্থ লৈবা ঈচেল অমা লোন্না চেল্লমলিবা ওইবে। থাদোক্লবা উপাই লৈতবদগী তঙাইফদনা নুংশিবা ওইবেকো। হৌজিক্তী ঐহাকস্থু লন্নাযবু যাম্না নুংশিবকলে, নুংশিখিনি, নুংশিদবা যাদ্রে।

অসি ওইবেকো পুন্সী, মী অমগা মী অমগা, মফম অমগা মফম অমগা খেন্নবা, লন্নায়গী ঈনাক খুনবা অমনা ঈম্ফালগী লাইববা অমা ফাওবা ওইবা ঙমদবনিকো। লন্নাযদদি লৌ থন্না লৈববা, ফৌ চানবা থবা হাপ্পবা, তলপ মচা অমা ফংলবা, যুম মচা অমা তিন্না কুপ্পবা ঈনাক খুনবা ওইরে ময়ামগী শেন খায়ফম ওইরে। ঐখোয়বু লন্নাযদা ঈনাক খুনবনি হায়তুনা শেল খায়বা লাকপসিদি থল্লু থল্লুরগা ঈকাইবনা মায়সি থমফম লৈরক্তুনা লৈক্রক অহোবা থিবা হায়বতু য়োৌবকই।

লৈকায়গী ক্লব, হাওশি, পার্টি, হন্নাউ বুম্মৈগী শেনখায, মশক

মমিংস্থ খঙজদবা মযাম অমস্থ নোংমা কাংদে লেপ্পা লৈতে, ময়ামসিগী তাগেত ওই হায়কররস্থ 'মঙদিকরিগী মতোন তুমখংলক; ইনো', মতোন তুমখংক্রুগদি লাক্লোইদবনি" হায়না ঈরায় হেক লায়না হায়দোকপী। লবাযদদি মতোন তুমখংলকপা য়াদে, থুদেকপী। উ লৈতবা লমদা কেগেনা যুম্বী ওই হায়বত্থু চুমখ্রেদা।

অসিগুম্বা সহবগী মফম অতৈগা লবাযদা লৈবিবা লাইববশিংগী ফিভমগা মবক্তা লৈবিবা খেন্নবগী চাং অসি ফাওবা যৌনা খঙবা ঙমজদ্রবা মুংশিজরবা ঈচা শরুবা, ঈনাউ শক্লবশিং অসিনা ঐখোযব্ মখোয়গী হেক পোকপীবা মপাদ মপাগুম, পোকমিন্নবা মম্মাম্বদ ময়াম্ব-গুম, মনাউদ মনাউগুম, মুংশিবা অমসুং থাজববগী মীৎযেংনা, শোয়দনা ফংলগনি হায়বগী অচেৎপা অশাগা লোযননা, ঐখোয়গী ঈফমদা নাউথী শাজববদা, মস্তিক্রবা থিদনা মখোযগী অরাং অপা পুম্নমক মনীঙ থুংহনবা ঙমখিদবগীদমকস্থ রাবৌবমগদ্রা হাযনা নিংদেল পোমহৌই, পেনজহৌদে ঈকাই যীবক্ক খুমজহৌই।

অমাবামদা ঙাকপি শেনবিনবা লৈত্রবা মতু শোনজববা খুঙ্গঙগী লাইববা প্রজাশিংগী মফমদা অকুংপদা লৈতৌবা হাযবত্থু তাত্থুনা হেন্না হেন্না মউ চোকথববা ওইবক্কদ্রা হাযবগী অকিবস্থ পোক্কবদি নত্তে। রাখলসি খল্লুবদা ঈভোমদা ফুমবঙনখি হাযফম তৌযম খঙখিদে। ওম্বোক্কদি তোল্লিদা লবাযগী পুন্সী।

# থৈদোকখ্রবা ঈচেল

ঐহাক অযুক্কী চা থবক্পা লোইরবা মাঙোলদা ওরাং ফল তাহৌদবা হিসাব অমা কন্না পাখি। লৈশাবী পুস্তক ফাবক্রবী ঈচানুপী মচীন-মনাও অনীসু লাইরিক'পাগ্নি। বা মচেৎ অমত্তা ঙাওনদে। চাক থোংলমদাইগী চাকখুমগী অথাৎ-অপা লৈরবগা মমানা হঞ্জিল্লকপদা খবর অমা পাইখকই। মাঙোলদা হেক কাখৎলকপগা,

—সে মখোয বাবা। ঙসিদি খববসিদা নুংঙাইবা পাউ অমা যাউরবনী

অসি হাযবগা যাম্না অর্থ লৈবা খজিক্তং লোক্লগা, মমীত্তুনা পৈবপ যেংলমলগা চাকখুমদা চত্থি। কন্নিসু থোইনা থৌশাক্লদে "কবি পাউনোনে ঐনা নুংঙাইদোবা পাউত্রবো" খনচুনা লৌখংলি খববচু মনীং-মমাঙ ওশ্লোকুনা যেংই। হান্না খোংচিনচুনা মার্ক তৌবগা লৈবস্বা মফম অমা থেংনবে। মচুনা হান্না পাক্লই।

"খোঙ্গোযনবা"

"কোংপাল অবাং লৈকাযদা লৈবী মাইবম মীঙোল শকহেনবী চহী ৪৫ (মপামদা হল্লকুনা লৈবী) অপোকপা লৈখিদ্রবা তোয়াই অমসুং লৈকাযতুদা লৈবা পাখঙ মোইবাংথেম বাজু (২৫) অপোকপা কানহায, ওরাং শকহেনবীগী ঈমুদা মাতে চানবা মওংদা লৈরম্বা থেংনকবদগী, লৈকাইগী মৈবাপাযবী লুপ অমসু, ক্লবকী মেম্বরশিংনা ফারগা মরু কোকথোক্তুনা খোঙ্গোয়নববা মতুংদা মযাম্না কচ্ছা কথোকপীগ্রে।"

কবিমত্তা হেক'খঙ্গহৌদনা ঐগী চান্দগী সিফাখগী লোংমৈ মরু

শোযহ্রনা কাপথোকখিবগুম মখোল থোক্লা কল্লা হেক লাউথোকখি— 'তশ। অত্নীদনা তৌশন্নু কল্লকপেল্লিদকো।' ঈচান্নুপী অনীত্থনা ঈঙক ঙকনা য়েংনখি, বাবাসি ঙাওরমানে হায়না নীংনবমগনি। এনা তৌকবিবন্থু কবিনোনে হায়না খন্থকবগা ঈকাইরকই। খববত্থগী কলমত্থু হল্লা হল্লা মশীং লাকঙমদনা পারম্মী, পাবগীস্থু পেনবা শুকনাই নাইবমদে পুক্সীংদা খল্লম্মী মৈবু ফিনা কুপ্তুনা থম্বা য়াত্রা ?

মীৎকুপ অত্থমক্তদা ঐগী থোপ্তা, মতম কুইনা অকাউবগী লৈয়োন চনশিনত্থনা লৈকরবা পুন্সীগী ইতিহাসতা খ্বাইদগী চমম্নবা তাঙ্কক অত্থগী লামাযশিংথু খঙহৌদনা হৌজিক্তা হেক থোকপদৌনা জব-জব হাংদোক্লকখি।

* * *

মতমত্থু পুন্সীগী খ্বাযদগী নাপল কাবা মতমনি। বি,এস,সি, দা সেকেণ্ড ক্লাস ফংত্থনা পাস তৌবকপগা কোঃ বেঙ্ককি ওফিসাব অমা ওইবে। পাখঙ অমা ওইবগী খমথেংবা চহী মতাংনি। মী-লাই কিদবা ঈশামক চাউদম শাংদম্মদনা কুচু-কুমেনগা পানবনে, তৌথো-বকপা, শেতোক-চাথোরকপদা ঈপক্ত-পকচবা, স্থুৎকা তাইগা স্কুটর অহনবা অমগা থবক অনৌবা চঙবগী চাউথোকপা, লম্বা থিংদবা মতমনি মীৎকুপ খুদিঙ মিংশেন য়েংনিংবা পুংজা খুদিঙ শমজেৎ হাং-নিংবা মতমনি।

নোংমদি প্রতাপ সিনেমা হোল মমাঙদা মরুপ নবচন্দ্রগা লোইননা লেপ্তুনা লৈরিঙৈদা গোং হেক থেংনখি, সোরারেনগী জগোয় শাবী অপ্সরাগুম্বী তোঙ্গানবী মমীৎ কোয়রাওনবী কুচু কুমেন্দা লমযৌবী লৈশাবী অমা। হেক উবমক্তদা মীৎকম হোংবা শুকঙম ঙমখিদে। মহাকস্থু এনা মুন্না য়েংবত্থদদি মরক মরক্তা য়েংথোক্লকই মীৎচানরুই হেক হেক। মীৎকুপ্তুগী মত্থুংদা খম্মোয়দদি

মিহুন্না তিঙ-তিঙ শাগৎচখি মঙলান কয়া। ঐনা নহান্দগী মতম কুইনা থিজরকপা পোৎশক্তু ঙসিদি ফংলেদনা, মসিবু ফংজরবদি নোংদোন থাজবু ঈশুৎনা লাম্বা ফংবমুক মুংঙাইগনিদা। মীৎফম হোংদনা লৈশ্রাবীতুগী লেঙবা-চৎপা শেন্নতুনা লৈখি। ঐনা মরূপুদা মীৎচিনা থক ঈঙ্গিৎ তৌবগা,

—ভাই কমদৌই ? মসিগী লৈশাবী অসি থাবা য়াদ্রে ঙসিদি।

—যাবে ভায, মাগী অবেপ্পী অমা ঙসি খঙদোকসি।

অসুম্না ঈবান্নী চঙতুনা লৈশাবীতু চাউশেন শেন্নতুনা লৈ। মখোয অনী স্কুটব অমা ইস্তোকুনা চৎপা হৌরকই। ঐখোযসু মখোযনা চৎলিমখৈ ইননৈ।

খঙলে নুমিত্তুদা লোইনা, কোৎপাল অবাং লৈকাইগী মাইবম তোযাযগী মচানুপী শকহেনবী মমিংগা মশক্কা চান্নবী, মনিপুব সেক্রে-টাবিযেত্তা কেবানি মচা অমসু ওইবম্মী। নুমীৎ অতুদগী হৌনা ঐগী পুন্সীং হকচাং পুম্নমক মাগী রাথন্দা পুঙলুপ লুপখি। ঐহাক সংসাব অসিদা শকহেনবী নত্তনা কনাসু উদ্রবোই নীংই, ঐহাক্কী মঙলানসু শকহেনবীগী মঙলান্নী। ঐগী পুন্সীদা হান্না নুপী অমত্তসু নুংশিনখিবা, মবী লৈনখিবা লৈতে। ঐগী পুন্সীদদি শকহেনবীনা অহানবা অমসুং অরোইবা ওইবগে হায়না খনজখি।

হংবা য়াবা হংনবে, হাযনবা য়াবা হায়নবে। অহানবদদি মহাক খবা লৈথোক্লীং-লৈথোক্লীং তৌরম্মী অত্তবু ঐগী অপাম্বগী গৃ-গৃ তকপা চক্রিন্দগী অমসুং শেম্বী-শাবীবা খোঙয়োম ফবদগী মমৈদা মাগী অয়াবা পীরম্মী। অসুম্না ধুম-ধাম চাউনা তৌতুনা লুহোংলে। ঐগী পুন্সীগী অহানবা মঙলান তাইবঙ ফাওবে, শকহেনবীবু ঐগী ওইনা ফংজবে। ঐগী রাথলগী মঙলান কয়াদা মুংঙাইখি রাহৈনা ফোংদোকপা ঙমলরোই। পুন্সীদা অরাৎপা পোৎশক হায়বতু অমত্তা হেক্ক লৈত্রবোই নীংই। তাইবঙপানসি ঈতোমতগী ওইরবোই খল্লি।

শকহেনবীবু স্কুটব মনীংদা হাপ্তুনা পুবা, সিনেমা ড্রামা য়েংবা চৎপদা মাঙদা মানা চৎলগা ঐনা মতুংদা ইনবদো কযাদা নুংঙাইবা। ঐগী পুক্লীংগী লৈজবী রাফম, অপাম-পামদ, পুম্নমক অবোৎপা লৈতনা মহাক্কী মফমদা লোইনা তেংথোকখি। নোকখি-নোকখি তৌশিন্ন-তুনা মানা তাখি ঐগী রারী মযামতু। মানদি নোংমতা ফোংদোক-খিদে মাগী থম্মোয়গী রাহৈশিং।

অতুবু অবাবদি, অশেংবা নুংঙাইবদি চুম্নগী মপান্থোংগী যজবা অরং-অরাক, অকে-অমৌনা ওইবমদে, নুংঙাইবা মতম শাংদে হায়বা পাউবৌতু নীংশিংলকই। মতম খবদংগী মতুংদদি ফোংদোবকনে মন্নুংগী অবোনবা লিলা মযামতু অমমমতা ওইনা। মহাক্কী অহানবা অবোনবা মরীদি লৈকাইতুদা লৈমিন্নবা মনেগী মচান্নুপা মাগীদি মতৈ থোকপা বাবুধোন ওইরমলে। পীশক পীব্রিঙৈদগী লৈনরকপা মবীতু নক্লমনবদগী সমাজগী মমাঙদা যোংনা লৌন-লৈনবা য়াখিদ্রবস্থু অবোনবা মরীতুদি থাদোক্লবা ঙম্নদনা অতুম লৈবমলে স্নুংদা ওমচাক্লনা। ঙৈহাক লৈতনা মতৈ বাবুধোন্না শকহেনবীবু পুনিংবা মফমদা পুবম্মী। ঐ ইশামক্কী ঈমাংদস্থু অতুম ইফোং ফোংনা পুতুনা চৎলি। ঐহাক কবিস্থু উপাই লৈখিদে, মীৎখক্তুং নাবগা তোকখি। মতুদা নত্তে ওফিসতস্থু মহাক্কা লোইনবিবা ওফিসাবশিং, মকপ মপাংশিং, মণিপুবগী অচৌ অশাংশিং পুম্নমক মাগা খঙনদবা ভিন্নবা য়াওদে। মানা থবক মচা অমা ফংজবিবতুগু মাগী মশক্কী মপান্দগী ওইবমলে। ময়ামতুনস্থু শকহেনবীবু নোংমতা ওইরবস্ত্র তুর চৎমিন্নবা, পিক্নিক চৎমিন্নবা, সিনেমা, ড্রামা য়েংমিন্নবা ফংজববদি হায়বসিনা অমত্তা ঙাইরবা লাইনীঙ ওইরমলে, ভশেংনমক কবোক ওইবমলে।

ঐহাক পোথাবা লৈত্রে মৈদা নেৎপগা চপ মান্নবে ঐগী চিংনবগী চাং নোংমা নোংমগী হেনখৎলকখি। ঐগী লুনা ভিন্নজবা

নুংশিববা মরুপ মপাংশিংনা ঐগী ঈফমদা পাউ কয়া লোন্না পীবকখি। ঐহাক মানা চৎপা খুদিং কুপ্না শেন্নবা হৌরকলে। ঐগী চিল্লবা ওফিসকী ঈথৌদা পুক্লীং চঙদ্রে, শকহেনবীবুদা শেন্নদুনা লৈরে। ঈথকথোংবা ওফিসারশিংনা ঐঙোন্দা নুংঙাইতবা মীৎয়েংনা য়েংবা হৌবকলে। শকহেনবীনা ওফিশ কাখ্রগা ঐনা মীবোৎ ওইদুনা মানা চৎপা খুদিং লুমদুনা য়েংই। ওফিশকী মনাক্তা ফম্বী পান দুকানগী মরুমদা মুমীৎ চুপ্পা লোত্তুনা শ্বব ফাওবা কম্না হোন্দমখৈ মহাক্কী চথোক-চৎশিন য়েংলি, ঈমিৎসিনা শংশঙনা উবা ফংজরে মাল্লী মওং মতৌদো।

নোংমশু, ঈচীনশিনা পনবদা তু-চুংলবা, পাপচেল্লবা থৌদোক অমা ঈমাংমক্তদা তশেং তশেংনা থোকখি। ঐখোয় সিনেমা য়েংবা চৎপনী, সিনেমা লোইবগা হোত্তেল অমদা চা থকপা ফম্মী। ডাক্তর সুবচন্দ্র চঙলকই। ঐগদি খঙনদে। মখোয়দি অদুক্কী মতীক লুনা খঙনবম্মী। শকহেনবীনা ডাক্তরদা ঐবু মাগী মপুবোইবনি হায়না শকতাকই। ঐখোয়নী নমস্তে তৌনৈ। পুন্না চা থকমিন্নবগা মাগী থাঙ্গাল বাজারদা লৈবা ক্লিনিক্তা চংউখিসি হায়না চৎলি। ক্লিনিক যৌববদা ডাক্তরনা "শকহেনবী নঙগী মীৎ মুংঙাইতে হায়রবদু য়েংথোকখিসিদনা"

শকহেনবীনা হবাউ হবাউ খুমখি—

—ফনি তামো অমুক্তা য়েংবীয়ু।

—অদুদি মনুংদা চংলসি।

শকহেনবীনা ঐঙোন্দা নেশিল্লগা ঙহাক্তা ফম্বীরম্মু হায়রমলগা হবাউ হরাউ অরোনবা কাদুদা ডাক্তর সুবচন্দ্রগা লোয়ননা চংখি। ঐহাক্তা মপান্দা ফমদুনা ঙাইবি। মমীৎ নাদবী শকহেনবীগা ডাক্তরগা মাগী কাদুদা নীংঙাইদনা লৈথোকখি পুং অমরোম। মনুংদা করি অরোনবা শ্বারী শানখিবা, করম্বা ড্রামা তৌখিবা হায়বদু

তাইবঙ শেম্বা মপু ম্নহাক নত্তনা কনানবু হাযৰা ঙমগদগে ? করম্বা মপুবোইবনা মতাং অসিদা করি ওইবমগদগে ? ঐহাক উপায় লৈতনা থম্মোই খুত্থম্না শুত্থনা চাক্লা চাক্লা অত্থম খাঙখি। ঐগী কোথক্তা সোরারেন মচেৎ মচেৎ নীংখায়বক্তুনা ননথরকপগা মান্নখি। থোরকখি মশা ঈচোক চোকথনা।

যুম যৌবগা মুমিদাং খুদিং ঙংনবদি লেপতে, অহল-লম্মনম্মু তাহন্নীংদে ঈকায়জে মানদবু ঈকায়দবনি। চিংনবনা ঐদি পোখাফম খঙদে শকহেনবীনা থৌ-রা ঈশা শাদনা লৈ। খাঙবা ঙম্মক্ত্রত্থনা ঐনা হায়খি—

—শকহেনবী নঙনা তৌবিসি কবিনো ?

—ঐনা কবি তৌরে।

—নঙনা ঐঙোন্দা অমুক নম্নথাক তৌবগম্মু।

—নঙগী ম্নপান থোত্তবা মীরক তিন্দবা থম্বন চাঙবগী রাত্থ পল্লকক্নম্মু ঐ তানিংদে।

কনাদনো ঐনা তাইনগদবসে, তশেংনমক ঐহাক অনম অহা চুৰা হাযবত্থ ওইরে। অবানবা মানা লান্দবা ঐবু ইবান শীবে। মাগী মযমদা ঐহাক মাযথীবে। ঐহাক মীৎ তাংলে। বুদ্ধিসি সোইবোম্মে, ঐহাক হাযফম খঙদে মৈরাম্বীনা মৈবু পামজরুবদগী মৈন্নুংদা চোংশিন্দুনা মতোমতা শিজবগুম ঐনা পামজরুবা শকহেনবীগী মৈশাবক্তা চাকথেকহনবা তারব্রা ঐগী থরায় হকচাংসে !

মমৈদদি ঐহাক খাঙবা ঙম্বগী থাক অত্থ হেন্দোকত্রে। মৈগী চীং পোকখায়রকপগুম থম্মোয়সি কায়দৌরে। শেংনা মঙোন্দা হাযাব,

—শকহেনবী ঐখোয়'নী ফত্ত-মুংদা, থৎন-চৈন থোক্ত্রিঙৈদা ফজনা কাযনরসি ঐহাক নঙবু লারুবা ঙম্মরোই।

—ঐবু নঙনা লৌনীংঙগা লৌবা লৌনীংদ্রগা তোকপা য়াত্রা

ঐবু শান্নপোৎলা ?

কবিস্থু লৈতনা থুমদোকই, ঈরায় লাযনা মনীং মমাঙ থত্তুনা।
উপাই লৈত্রবত্তুদা ঐনা শাউনীংমনখ্রত্তুনা,

—মী পুন্নমক্না ঙাঙনবিবসি ঐদি তাবা ঙমজদ্রে, ঈকাইবনা মায় থমফম লৈজদ্রে, নঙগা লৈমিন্নবা ঙমলরোই।

—কেসে। নুংঙাইজবেদকো নঙগুম্বা মতমগী ঈন্নাং থঙদবা, নবুকচেল পীকপা নঙগী ননাক্তা ঐহাক লৈনিংত্তুনা লৈবা নত্তে নঙনা পামজমনত্তুনা লৈবনি নঙগুম্বদি খুৎকাপ্পী তেক কাপ্পদা চানা চামা খঙঙেদনা ঐ শকহেনবীনে।

—অত্তুদি ঙসিমক যুমসি থাদোক্কুনা চৎখ্রো। নশক্কু অমুক যেংনিংদ্রে।

—চৎকনি কবি চত্তনি, হৌজিকমক চৎকে।

অসি হাযবম্লগা, ফৎ হাযদোক্কুনা থোকখি, ঐহাক অমুক খাম্মুদ্রে। মথংগী নুমীত্তা, মপামগী মবুং মপুন্না মযাম গাড়ী অমা পুত্তুনা লাক্লগা পোং-চৈ পুন্নমক হাপকৎলগা পুখি। ঐগী থম্মোযগী পোৎলুমদি খজিক্কুং হুন্থবগুম তৌখি।

অত্তুবু ঐগী পুন্সীদা মানা ফুবস্বা লৌনমগী চৈফু অমস্থুং ঐনা ঈপঙ হেক পঙনা পুন্সীগী অহানবা খোঙথাংদা অমোৎপা খোঙফমদা খোঙদারুবগী নীঙঙমদবা মৈচাক্কুদি নোংমা নোংমগী ঈশিং ঈচাউগুম খবা খবা হেনকৎলকখি। নুমীৎ খুদিংগী ওফিশতগী হল্লকপদা যুমদা চঙবগী মহুত্তা মুচি খুন্দা ওইনা চঙত্তুনা নিশাগা মরূপ ওইত্তুনা অহীং থেঙঙ-থেঙঙগা লৈবক শোরোক্তা থম্মোয পেন্না পেন্না লাউবা হৌরকখি। ঐগী থম্মোয়সিদা নীংঙমদবগী মচীন থৌবধা তাশোন্না থিনবগা চপ মান্নখি। মহাক্কী মপামদা চৎখিবগা থা ফাদ্রিঙৈদা মোংশাঙ্গৈদা লৈবা ওফিসার অমদা অতোম্বী ওইনা চেম্ঘোকখি। ঐহাক খজিক্কুং অমুক অরাবা কোকপগী খর হোন্দোকখি। থাইন-

বগী ৱাবোইচেদা ঈশানা য়ানা হবাউ হৱাউ সহি তৌখি।

খবা লৈরগা ঐহাকস্মু ঈস্কালদা লৈনিংদবদগী ঈশানা ৱানোম-হুনা চীংদা ত্রান্সফব তৌরে। উগ্রুলদা পোস্টিং তারে। চংলে উগ্রুলদা হৱাউ হৱাউ। বিদাই পীরমলগা ঈস্কাল, মহাদের চীংগী চীংয়াঙদা লেপ্লগা অমুক্তং য়েংথরকপদা ঈঙান ঙাম্না উই। উগ্রুলদা লৈবস্মু মথেল অমনি হৱা মুংশিং কৈ মতমচুপ্পদা ঈংঙি, শকহেনবীগা কায়নবগী অৱাবত্থুদি খজিক খজিক হম্বরকপগুম তৌই। অতুবু ঐনা সংসার অসিদা লৈবা মুপী অমত্তুবু থাজবা ঙমগদবদি মানখিদ্রে, যাম্না তূক্কচখি মুপীবু। ঐহাক মুপী অমত্তবু হন্না য়েংখিদে। অযূক মুংখিলদা থরক শুরুরগগু মুমিদাংগী অচীকপা মতমদদি শকহেনবীগী ভূংনা ঐগী কোক্তা ওৎপা হেক্তা হৌবকখি, মমিদাং খুদিং য়ু কাহেন্না থকচিল্লগা অবাংবা চীংদোলদা ক্বাখৎলগা মাযশিনা ঈস্কাললোমদা ওল্লগা লাউখি থম্মোয়সিনা পেম্না পেন্না—"হো হিংচাবী শকহেনবী নংনা ঐবু ওৎখিবত্থু ওৎলখোদনা হৌজিক।" নীংথিনা মুত্তি চুম্না লেপ্পা ঙমবোই-ঙমদবোই ঐনা খুদাং ফাওবা থাংগৎপদি ঙমদনা থাঙ্গৎনি হাযবগী ৱাখন্দা কয়াবক হন্না হাইখি—"বাই-বাই শকহেনবী বাই-বাই শকহেনবী।"

নোংমস্মু মুপী নিশানা ঙাওমনখিদ্রুনা সোরোক্তা তুতুনা লৈরি-কৈঙদা পুলিস কাংবু অমা লাকখি, ঐগী মায়দা মৈ কাপশিল্লকখি। ঐনা কম্না লাউখি—

—"হো পুলিশ মুংশিবগা কাপ্পীযু, কাপ্পীবদা নত্তনা ঐবু হাত্তোকপীযু ঐবু হত্রোকলগা মনা চাউনা লৌবীযু লাশহৌবনি হায়ত্নুনা।"

ঐগী মতৌত্থু উবদা মুংশিরুবমানে, পুলিশশিংত্থু ৱাহৈ অমত্তস্মু হায়রমদনা চৎনখি তুমিন তুমিন। লোন থৌবগী মিংদা চীংল্যোন কয়া-কয়াগী ৱাংমদা লৈবা উগ্রুল জীলাগী খুন পুম্নমক থুংনা চংখি

খোঙনা লোংম নোংমদ্দী খুন অমমম হুমীৎ কুম্ভানি খুন কুম্ভ। অহুম্না চৎখি হল্লকফম খঙদনা মতম্নদবু হৌঙ্গবদি লোইরে থন্না থা অমদা নোংমতং উগ্রুল বাজাবদা তলব লোখা হল্লকখি। অম্মা চহী অনী হৌখিবা খঙহৌদে, লৈফম চাফম অবেপ্পা অমা খঙদনা থুংউ-থুংউবা মফম্না য়ুম ওইহুনা।

নোংমা চহী অনীগী মতুংদদি য়ুমদগী চিথী অমা লাকখি মহুদি ঐগী ঈমা কন্না নাবে থোবক্তবা যাদে। ঐহাক থোক্লীংদা-থোক্লীংদা থোকললকই উগ্রুলদগী। য়ুম হেক যৌবদদি ঈমাদি নারমদ্রে। ঐনা ঈমা উনিংবগী ঈখৌ লাংবহুগী মহুত্তা ঐগী অমুক লুহোংবগী থৌবাং পুম্নমক লোইহুনা লৈরম্মী। ঐহাক ঈমাখোযগী থৌবাঙহুদা অমুক যেৎলুবা লৈতনা মপুনা শেম্বীবা অকা-অকুমগী তাইবঙসিদা ঐ অমদি নূপী ওইবীগী ঈং তপচববী লৈতেংনা মপুং ওইববী থাদোই, মহাউ থোক্লবা অনৌবা পুন্সী খোচত্তা খোঙদামিন্নবকখি। নামিবা হুংশিংকী শহুমদা লৈবাংগী লৈনম যাউবকপগুম মতমনা পুবকখি হুংশিববা ঈচানূপী অনী ঈচানুপা অমা ঐখোয'নীগী ঈতমপাক্তা। ঈথক ঈবাংগী মৈশা লা'লবা শকহেনবীনা চুখৎলম্বা পুন্সী মৈচাক অহু ঈপোম লা.দবী চন্দ্রনদিগী ঈংলবা ঈচেলগী মশক লৌবিবী থাদোই-না তপ্না তপ্না মুংথৎপীবে। কাযকববা থম্মোযগী মযিশিংহুম্ন হুংশিরবা হুংশিববী ঈচাশিংগী মশেনা মমি উদনা তাইশিনখরে।

অহুবু অঈং-অশা খাযবা মালেমগী খোঙচত্তা মপাল নাইদ্রবা অতিযাবু নোংজুথাগী মতমদা অখাক-অবাউগা লোইননা নোংখাঙনা শেগাক-শেগাক খায়দোবকপগুম শকহেনবী মাবু মবক মবক্তা নীং-শীংসুবা মীকুপ খবদদি চৈনাহুগী নোংথাঙ কুপনৈ ঐগী থম্মোয়দম্নু।

কাযনথ্রবী মানা চমজববা ঐগী থম্মোযবু মচেৎ কযা থোক্লা থুগায়বম্বগী মতীক মাবু অমুক্তংদি লমন খুম্নিংলম্বহুদি পাউচেগী লামায়দা মযেকলানা ঙসি মাগী লমচং অমম্নং মিংচৎপু ফোংনা

লৈবাক মীয়ামদা য়োল্লকপা অসিনা ঐগী মায় পাকপনি খল্লম্মী। পেনমনগ্রতুনা খঙহৌদনা লাউথোকখিবনি। ঈচানূপী অনীনা ঙক্লা য়েংলকই হংবদি হংলকতে।

# য়োংনা লৌপ্লু তানবা

'ওজা যতুমণি হাযঙ্কুল অমগী হেদ মাষ্টবনি। পীকলিবা মচা নুপা অমা মচানুপী অনীগা ঈতৈমা ঈবেতোম্বীগা মখোয মঙাগী মবা তপ্পা লৈজবা ঈমুংনি। ঈতৈমা সবকাবগী কেবানি মচা অমা ওইবি। অহল-লম্বন্না থম্বীবস্বা লৌ খরতুগী কাবকপা লৌশান্না চহী অমা চানবস্থ ফংঙি। থাগী ফংলকপা ভলবনা ঈমুং-মমুং পুবদগী লেম-পানা কোন্নে। খোইদোকপা অবাৎপা লৈতে।'

যতুমণি পুকচেল যাম্না তপ্পা, মীওমজদবা, মো' হাদবা, মীঙোন্দা কাযদবা মীনা হুংশিবা মীশকনি। মহাক্কী অশোমবা হাষববু মী থাজগনবা মীনা খেল্লগা যাবা, থাগৎপিরগা হবাৎবেনি। মাগী অবৈবা শেল পুন্নমব পুথাক্কুনা চামিন্নবা পাম্মূদে। মীগী মতেং পাঙলগা হুংঙাইজে। অতুমা ফংজরকপা শেনতু খবা তুংশিন-হুনা থম্বগী খৌবাং তৌদে।

অমবামদা ঈবেতোম্বীনা যাম্না চেকশিল্লী, মতমচুপ্পদা খোম-জিন তাশিন্নবা তৌই। ওজাগী কাইদাগা পুবা ওন্ন-তৈনবীনি। মহাক্না থাগী তলব ফংবা খুদিংগী বেঙ্কতা একাউন্ত হাংদোক্কুনা এল, আই, সি, দা ইনস্যুরেন্স য়াউশিনহুনা হান্না ঈচাই-চাইবস্বা ঈমূংতু খবমখৈদি তুংশিনবা ওমলে। মবক-মবক্তা ওজাগা ঈতৈমগা খৎনবস্থ অতৈগী নত্তে, ওজানা মীঙোন্দা শেল পীথোকপগীদা খৎনৈ। ওজাসু মাগী হৈনবী পাকাহেক থাদোক্কপা ওমদে।

মখোয় লৈকাযগী রাজেন ময়াম্না খদ্রক রাজেন হায়না খঙনবা অমগা ওজাগা তিন্নে। তিন্ননিংবদি নত্তে রাজেনগী চক্রিদগী নান-খোকপা ওমদবনি। ঈতৈমগী খ্বায়দগী অশাউবীসি রাজেনগা

তিন্নবসিনি। রাজেন হেক উবদা ঈতৈমগী থন্নায় চাকপী লোইবে। হায়ফম খঙদে, থবক শুফম চৎফম খঙদে হৌরকই চাইখায়রবা ইমুং মনুংগী পোৎচৈ গ্রোংগ্রাং, মমাঙদস্থ রেডিও মচা অনী, পুখম-তেঙ্গোৎ খরস্থ থুগাইথ্রবনি।

ওম্বোকপনি মীওইবগী পুন্সী মখল মথেন্নী। মী পুন্নমকসি অমত্তা হেক মান্নদে। মী থরদি মখোয়গী মশাদা ঈকাযবা হায়বা ফজরবা লৈতেংদু ঈয়াওমক হেক য়াওরক্তবা নত্রগস্থ ম্লাম্না চাং হস্থনা য়াওবা অতুম মরৈ। মখোয়সি মায়থোঙ মকা লামগল্লি, রাঙাঙ শাঙাঙ হৈগল্লি, মখোল থোৎ-নৌই, মীকৌ-মীরম ফজগল্লি। ঈপা-ঈপুগী পাউবৌদা "খোম্না মতোযনা মেঙলবদি হারুবস্থ" হায়বদু অচুম্বনি। তশেংনা মখোযসী ঐখোযগী অফোংবা য়েক্লবনি। রাজেনস্থ মতুমক্লী। মতুদনি ঈতৈমনা য়াম্না শাউরিবা।

ওজাগী বাজেন্দা তোল্লিবা শেনফমসি লুপা লীশীং তবাদি শুরে। অমুক্তদা লৌখিবা নত্তে। মচীৎ মচীৎ হান্নগী অমুক শিংদ্রিঙৈদা অতুম মথঙ-মথঙ লৌশিনখিবনি। পীদবা ঙমখিদবনি মাগী তাত্তা। হেক থেংনবগা লম্বী লমথাঙদা ওজানা অমুক্তা হান্না কৌবা নংহৌদে, রাজেন্না হেক্তা কৌবকই,

—ওজা কদোমদগীনা, কদোম লেঙদৌবিনো, লুক কৎলত্রা, স্কুল লেঙঙোইদ্রা ?

অসিনচিংবা হেক উনবগা,

—চা অমা ফানখিসি, চুরূপ অমা পায়বীখো, কা মতপ অমত্তা চাবিখো।

চীনফা পুবগুম থীথরকই। ফম্মিন্নৈ, চামিন্নৈ লেপমিন্নৈ।

— ঐজ্জা, ঈনে, ঈতৈমা ঐনা হোরেল কোম্না পীরগে।

হেক্তা হায়জিল্লি মশাদা শেলদি য়াওদে। ঈকায় খাঙদগী ওজানা ফুরিংফাউদগী শত্তোক্লুনা "ঐ পীরমলগে" অস্থুম্না ওজাদদা

কোম তাহৌই।

হ্নাদেগ্না ইকাইবা শারহুনা,

—ঈকাইজবেদা ওজা ঐনা কোন্না পীবা য়াবহুবু ওজানা পীবিবে। ওম্বোক্লা ফজগ্রে মচীন্দদি। মখোয়সি মচীন্না চাবা মীতাহুনি। ঈহান হানবদদি লূপা লীশীং অমতা লৌখিবনি। মহু শিং-ড্রিঙৈদা অমুক্কা,

—ওজা! ননাউ উপাই লৈত্রে। ওজা নত্তনা ননাওগী কনাস্থ লৈতে, অঙাং নারে, হোসপিতালদা পুবা তারে, মমা নারে ডাক্তর কৌদবা যাদ্রে, ঈমা লৈখিদ্রে।

মবী-মবী মযাম অসিনা অসুম, অনী, অহুম, মঙা তরুক লীশীং তবা হেক যৌশিল্লকখিবনি। শেন্দোয়স্থ হাপ্লীদে মবেপস্থ শিংবীদে মাগী হায়ববু চুম্না মচীন্না পঙথাদা থাগৎপনি। ওজাস্থ অহুম হেক্তা পঙথখি। রাজেনগী রাফমসিনা হৌজিক যহুমনিগী ঈমূংগী অচৌবা শমস্যা অমা ওইরে। ঈমূং মহী লাংঙে। শেন তোনখিবদি মতোমদা নত্তে। য়ামগ্রপোৎনি। মযম-মবাং খঙদবমখে। অতৈদি থোইদোক্লা মরুওইদ্রে।

নোংমদি অযুক অঙনবদা বাজেন মখুত্তা ফাইল অমা পায়, মচীন্দা চুরূপ অমা চুপ, হবাউ-মোমোন মীনোক্কা লোযননা অমুক লাকলে ওজাগী য়ুমদা। যৌরম-যৌফাড্রিঙৈনা,

—ওজা! ওজা লৈবীব্রা?

—লৈ লৈ লেংশিল্লকউ।

ওজানা ঈতপ-তপ্না খুমখি। রাজেন্না ফুরিংখাউদগী চুরূপ লৌথোক্লগা,

—চুরূপসি অমূক্তা পায়বীয়ু।

ওজানা চুরূপ পায়রগা বাজেন্না মৈখেং শৎ খেৎচিল্লি। চুরূপকী মৈখু শাংনা কামথোক্লগা ওজানা

—ওসিদি ঈনাওনা যাম্না মোন্দা মুংঙাইনা হৈরাউ-হৈরাউনা লাকপদি ঈযাম্বগী শেল শিংদোকপীরগেংগা হাব্রবক্কদৌ মাল্লিখো।

মখোয় অনী পুন্না মোকখিন্নে। য়াজেম্না শকফম হাইকেং হন্থিল্লগা

—হোয়। হন্দক্কী ননাওনা ওজাগী শেনফমতু শোধদনা শিং-দোকচবগমি মমাওশু ঈফাইধনা লোইববনি। থুনা শিংদোক-নিংশবনি। হৌজিক্তি উপাই অমা লাকলে।

—ফবেদা ঈনাও। কবি উপাইনো?

—চে-শিংসি অমুক্তা য়েংবীয়ু ওজা। থার্ক ওর্ডরনি।

ফাইলত্তু ওজাদা পীশিল্লি ওজানা ফাইলত্তু হাংদোক্লুনা য়েংই বাজেন্না,

—লুপা লীশীং যাথৈগীনি। উগী থোং অমা শাগদবনি তমেংলোংদা। লুপা লীশীং কুমদং চঙগনি থমজৈ। শেন্দোং ফজনা লৈগনি। লাইবক য়াম্না ফবে। থা অমদা লোইগনি। থবক মফম য়েংজকরে।

—থবক্কী ফনা কমা শুগদৌবি?

—ঐখোয় লৈকাথগী জিল্ভেনগা, নহাবোল ৩/৭ গা হয়েংসিদা চঙনবা থৌবাণ্ড তৌজবে। মতুগীনি ননাওনা ওজাগী নাক্তা চেনজরক্লিবা।

—ঐনা কবি তৌনি?

—ওজানা হেন্না খঙবীরিবতুনি। ঐনা অমুক হায়জনিঙ্ঙাই লৈতে। ঐগীদি ওজা নত্তনা কনাস্তু লৈতে। ওজা লৈরমদ্র-বদি ননাওদি নহান্না শিবম্লগদবনি। হন্দক্তগা ওজানা চাম্বীবগী চাম্বীবা মুংশিবীবগী মুংশিবীবা অমুক্তগা পোকপীয়ু হায়না ওজাগী খোঙদা তুজরগে খন্দুনা ঈকায়-ঈকি পুম্নমক তুংওইনরগা

লাকচরিবনি।

ওজা যত্নমণি রাহে অমত্তুসু মরক্তা থালহৌবা ওমহৌদে। হাযফম তৌফম খঙঙনা,

—ঈনাও বাজেন। ঈনাওগীসিবু ঈযাম্বনা ভাব তাবা ওমদ্রে। কৰিনো নঙনা হায়বিবসিবু ?

—অমুম তৌবনি ওজা। নন,ওনা থা অমবোম চাথোক্কদৌরিবনিনা যুমদা লৈহৌৰিবা নুপী অঙাংশিং চানিংঙাই থক্কীঙাই কৰিসু লৈতেদো ননাওদি, অতুগা থবকতুবা চঙমিন্নগদবা নহাবোলশিংগীগু মযুম মমুমগী চানবা খরদি পীদবা যাদেদো ঐনা থীকাদাব হাযবতু ওইক্কববনিনা। ঐদি ওজা লৈবীবি হাযনা চাউথোকচক্কবনিদো। অতুনা ওজানা ননাওদা লুপা লীশীং মঙাদংগা ফৌ শংবাই মঙাদংগা পীবিদবা যাদ্রে, নত্রগদি হান্নগী ননাউদা তোল্লিবা শেনফমতু শিংগৎচনবগী অতোপ্পা উপাই অমা লৈবোইদৌবি। অতুনা ওজানা চানবীবগদি ওজাগী অৰিবা অনৌবা পুন্নমক লোইনা শিংদোবচৱগে।

বাজেনগী বাবী মযামতুদা যত্নমণি পুঙপঙ হেক পঙথবকই। হাযফম তৌফম খঙদে। ঈক-আক, ঈব-আক ঔতুনা লৈ। থোঙজিন মরুমদা ভসাযদগী লুমতুনা তাবিবা ঈতৈমদি সোমদা লোইবে। প্রোক প্রোক চাকলে। মথা চীক্কুনা থাঙলি বাজেন্না অমুক্কা নোংশিল্লি,

—ওজা! মনাও থনগাডী অমা লৌজক্কবগে। ফৌ হান্না ওম্বোক্কবা তৌসি।

ওজা যত্নমণি নীংজিং মাংজিন্নবা থল্লী—পীদ্রে হান্নগী শেল পুন্নমক মাঙবা, পীরুরে কমদৌবা, অমুক্কা ম্নামশিনগ্রনি। হাযফম তৌফম খঙদনা চীলাংখরাও হাযদোবখি,

—ফবে, কমদৌনি তৌদবা যাত্রদো? অতুবু ঈরুংঙো বাজেন।

ইন্দক্কী খরা চেকশিন্নদি হোংনৌকো।

—ননাও লোইনা খঙজবে।

যাম্না হরাউনা ঈশৈ ঙংতুনা বাজেন থোকখি।

ঈতৈমা ঈবেতোম্বী পাইথোরকই ঈমুংদগী মখা চীক্তুনা কুমগী নোংনা অখাক-অবাওগা লোযননা লাকপগুম, হৈথরকই ওজাগী মথক্তা,

—নূপা নঙবু ঙাওবত্রা? কবিনো নঙনা তৌরিসিবো? ঙসি-ঙবাংদা খঙব্রা? মাগী লৌনমদা নঙনা হেক-হেক পঙ-থবিবা কবিগীনো? ফৌগা-শেনগা অমত্তা হেক পীবা যাবোই ঐবু ফত্তে হায়বীগনু। "নাউফম্না মমা চেন্নে" হাযবগুম লোইনা মাংদৌবিবনি।

ওজা যত্নমণি হৌজিক "মুঙ অনীগী মরক্তা হা" হাযবত্নু ওইবে বাজেন্দস্তু পীগনি হাযদোকখ্রে, ঈতৈমনস্তু য়াবোই হাযরি। মমীৎ-মনা চপ য়ুংখৎলগা,

—অত্নদি ঐ লোৎপ্রগে, মহাক লাকলগা নঙনা ফনবা ঙাংনখ্রো। ঐ চৎলগেকো, চৎলে।

"অব-তিতি, রো-বো" ষনগাডী থৌজিল্লকই থোঙ্গান্দা। গাডীত্নু শুমাওদা থাই, ষনশিংত্নু জুরান্দা পুনশিল্লি কৌরকই,

—ওজা। ওজা।

খুম্রক্তবদা চিংননা শকফম কাযনা য়াম্না তপ্পা ঈবেতোম্বীদা হংই

—ঈতৈমা ওজাবু কদোমদা লেংথোকখ্রবগে।

—খঙদে খঙদে ঐঙোন্দা হংবীরক্কনু।

ঈতৈমনা শাউনা খুম্রখি।

—কবিনোনে ঐনা তৌরিসিবো। মঙলা তাইবঙলা। মচিন্দা শোনখি। ষনগা গাডীগা থনম্নগা তুমিন থোকখি।

ঙহাক লৈরগা লৈকায়গী প্রধান, মেম্বর অমস্তুং অহল অনীগা

লাকলম্মী। প্রধান্না,

—ওজাদি কদোমদা চৎথোকখ্রে ঈতৈমা ?

—ঐ খঙজদে নখোয়না থোকপা তৌ

শাউনা খুম্লম্মী। প্রধান্না,

—ঐখোয়না ফাবা তাবে ঙসিদি মাবু। মহাক কদাইদা চেনগনি ? মানা ঙমলোইদবদা কবিগী মচীন থীথোকই। মানা পীদ্রগা কনানা কবি হায়নি ?

বাজেনগী মীচঙদা ঙাংখবকই। বাফমসি তাবদা লোত্তুনা লৈবা ঙম্লক্রুত্নুনা মপান্দা থোবক্লগা ওজানা,

—মযাম লাকপীবিব্রা ? অমুক্তা লেঙশিনবীয়ু।

ফক অমা থাই মযাম ফম্মী প্রধান্না বাযেল্লি।

—ওজা হন্দকমুক্কীসিদি পীথোকখ্রসি। বাজেন যাম্না মুংঙাইখিদবা তাবে। কৈশু লৈতবা রাফমসিগীদমক পুন্সীচূপ্পা নিংদোন পোমত্নুনা লৈবগনি। মানা হোৎনজব্বা থবকসু পাঙথোকপা ঙমলবোই।

উপাই লৈত্রবা, শাদানগনা লাঙ্গোয চনখ্রবা শজি অমোমগুম অমসুং মখোঙ-মখুৎ পুনশিনখ্রবা বন্দিগুম, মেঙলবা থম্মোয পানবা ওজা যত্নমণি মমাযত্নু ঈচপমুক ঙাংশিল্লগা,

—ফবে মযাম্না ফনি হাযবত্নু তৌবীবো।

মযাম চঙত্নুনা কোক্তা কাখত্নুনা ফৌত্নু ওস্থোকলে। ওজানা ইমুংদগী শেল পুথোক্তুনা প্রধানগী মমাঙদা থীত্নুনা রাজেন্দা শিন্নবে।

মযামত্নু হেক থোকখিবগা ঈতৈমা, খ্বাযদগী পীকপা অঙাংত্নু মমমদা মোবাম্বীগুম্না হুনগৎখি। অঙাংত্নুনা নোং থোংবগুম কপখি। রাদি অমত্তা ঙাঙদে। অঙাংত্নু পোশিল্লগা অরোইবা মীৎয়েংনা অমুক্কুং পেন্না য়েংলমলগা ওজাদগী পুন্সীগী বিদাই পীরম্লবগুম মমীত্তগী পিবাংত্নু তৈথোক তৈথোক্লা খোঙকাপ লাওনা লাওনা কানত্নুনা

থোকখি। ওজাদি মমাযতু লৈমাইদা লুকথতুনা দাবীদা তাহনা ফমলি অঙাং অমনা মরেংঙুমদা পায়রগা,

—বাবা। মামাগা ননাউপা কদাযদা চৎলিনো?

হঙংতুনা যেংলুবদদি ঈতৈমতু থোঙ্গাল রাংমা লানখিরম্মে।

# ঈনাক খুন্নবা হোৎনবদা

তাদা অঙাংজাউ মাযকৈ অদোমগী রাজনিতিদা খ্বাইদগী হেন্না থবায যাওজবা, লৈঙাকলোনবু যান্না পামজবা লৈঙাকলোনবু চাক্কা তোৎলগা চাবা হায়বতু হেক য়োবা নূপা অমনী। মতম-মতমগি হবতাল, অন্দোলন, বেল্লী, মিটিং-ফাদিং, কনফরেন্স খুদীংমক মাঙ-থানা হেক্তা য়াওরম্মী। লাইবিক-লাইশু হৈজত্রবসু চীথবা লৈতে মতম পুন্নমক্তা, মরম অতুমক্লা মহাকপু চহী ২/৩ থঙন-থঙননা ঐখোযগী কেম্প্রগি খ্বায়দগি ফবা পার্টি মেম্বরগী মন। পীতুনা পার্টিনা ঈকাই-খুম্নবকই। মহাক্কী অঙাঙবা মচুগী রাষ্টকাট, যোং মচুগি যোংকোক তুপি লীচৈ অকোনবতু মতম পুন্নমক্তা থাদোকতে। খুঙ্গঙগী নূপী অঙাং খাক্তনা মীপুম খুদীংমক্লা মহাকপু খঙঙী। শিনফমশু হৈতবা লৈতে মহাক্লা, উশুবা, চেক শুবা, যুম শাবা, লী অমসুং রাগী থবক লোইনা হৈ, মৈতৈগী মূক্লা কাঙজৈ, শবীৎ-শবাত, থাঙ-তাসু অতুম হৈ হীবম অমদা হেক ফাওখিবদী নত্তে।

লবায লাংত্রে খোঙনেম্বী থৌদোক খুদিং যাওগনবী হায়বতু-মক্নী। লৈকায়গি দেব-কর্ম্ম থৌদোক রাথোক অমত্তা চীথদে, লৈ-চন্দন যেনবা, কবোক যেনবা মাগি হৈনবীনী হেক্তা যাওবম্মী, যমতুনা লৈথোকপা হৈনদে। তাদা অঙাংজাউ লাইরজববসু ইজ্জৎ লৈনা হিংবা নূপানি চহী অমগী চানবদি রাত্তনা লৈজবম্বনি। মাগী নূপী ঈতৈমা থম্বালতোম্বীসু তাদা অঙাংজাওগী নূপীনী হাযবদা চপ হেক চায 'লাই অহীং তুমদে মপা চান্নবা খনবদা' হাযবতু চুম্বোই নীংই পীকতক চেংতক কুচুদি মুরৈনরতুনা মশা নানবদা ঈতৈমা থম্বালতোম্বী হায়নরিবনী মশমতু পোকপদা ঙায়বিবা শম্নাউদা মপীনা

লেকথোকপীবা অতুগুম্না মতম পুম্নমক্তা কাংমুক নানতুনতা লৈরম্মী। ঙাঙবা শকপা প্রমান পাম্হে হৈ, ঈখঙ হেক খঙই, খঙদবা লৈতে, মীনা রারী অমা হেক হৌদোকলকপদা মানা শমথখি মবী মবী লোইবা নায়দে নূপীগি রাবী, নূপাগি রাবী খায়দে মঙোন্দা। হেক্তা য়াওশিল্লুই চৈবক খৎনা, মীনা ঙাঙবা তাদে, মাতনা ঙাঙলগা মুংঙাইজে। মাগি থোইদোকপা মগুণ অমনা নোং ঙানবগা হৌবে কা চাবা নোংমদা জরদা মতপ মঙা তরুক্তগি তাদে। মতম পুম্নমক্তা মচীন লেঙতুনতা লৈ।

চহী অমা অনীসে তাদা অঙাংজাউ ফজনা হায়থরে য়াম্না রাবা মাল্লে। মচা নূপা অমগা মচানূপী অমগা লুহোংখিবনে অঙাংশিংনগা চাউশিল্লকপনে খরচ যামশিল্লকপগা পাঙ্গলনগা মযেং তাশিললকপনে মফাং-মফাং ওইবম্বসু যাই। পার্টিগি মিটিং-ফাদিং কযা তোয়না লাকখিদ্রে, মপান-ঈপান কয়া থোকখিদ্রে। শিনফম তিন্নকদবনা কযা তোযনা তিন্নকদে। নোংমদি কোম্হোঙ অমত্তা পানগে ভৌবদা খূৎমাই লৈবমদতুনা চাকচামাঙদা কোযথোকলুই তাদা অঙাংজাউগীদা রাযগে হাযতুনা। ঙাইহাক ফম্মিন্নে ঈচিলঈনাউ রারী-রাতাই শাতুনা।

গ্রোং-গ্রোং থৌজিল্লকই মোটোব সাইকল অমদা নহা অনী তাদা অঙাংজাউনা ফিদা থাই, তবাম্না ওকই নহা অনীতুবু,

— লেঙশিনবীযু ঈবুংঙোহোয ফিদাসিদা ঙাইহাকতা। রানা লাকপীবেনে ঈবুংঙোখোযনা ঐনা রাখঙদবদগী।

—"য়াজরে খুবা", নহা অনীতুনা খুম্মী ফম্মী যিদাতুদা

—ঈবুংঙো ঐগীতুবু কয়া যৌরবগে ? ঐনা শিংজখিবনা কয়া শুববা অমুক্তা তাকপীযু।

ওফিসার নহাতুনা চেশিংতু হাংদোক্তুনা যেংই হাযরকই—

—খুরানা লুপা ১২০০ শিংবিখ্রে। হৌজিক লুপা ৪৫০০ খরা

হেন্না লৈবি শেন্দোয-শেল্লেপ পুন্না, ঙসিনা কয়া শিংবীগনি ? যাববদি লোইথোক্লবা তৌবসি মতমস্থু হেন্দোকখ্রে। ওভব-ডিয়ু ওইবে। নহালবাই খবা ঙল্লিঙৈদা মচীৎ-মচীৎ শিং-দোকপীবমলবদি ফদৌবা হৌজিক্তি পুল্লপ্পা শিংবীবা তারেদো শিংদবস্থু যাবোই। খুবানা শিংবীদ্রগা ঐখোযদি গেবেন্টরদগী তলব ককপা হৌজরনি।

—ঈবুংঙো খুবানা শিংনিংদতুনা তৌবা নত্তে শাউবীগন্থু উপায লৈতত্থুনা তৌবনি। ঐনা লোন লৌবগা ঐগীদমক মায ঙাকপীখিবা ওজা অকন্দগী তলব ককপা হাযবত্থুস্থু ঐগী থম্মোযসিনা যাজনিংদে মীগী তৌবীমল খঙদবা তাগনি মত্থুদদি তৌবীগন্থু ঐহাক চাববস্থু চাদ্রবস্থু ঈমুংগী অবৈবা পোৎ-চৈ লোইনা যোম্বোক্লগা শেলফমত্থু শিংদোক্লবা হোৎনজগনি। মতম খবদদি ঙাইবীযু।

অসি হাযবগা তাদনা ঈমুংলোমদা ওনশিল্লগা ঈতৈমবু কৌ-থোকই—'ঈবেম্মা নমা লৈব্রা ? নমাত্থু অমুক্তা থোকলকউ হাযযু।" ঈতৈমা থম্বাল তফি তফি চেনথোবকই, হাযমা ঈবুংঙোহোয মযাম লেংঙকইব্রা ? ঈবুংঙো চাউবস্থু লৈবল্লিদনা। কবি কবি তৌসি হাযবা ? ঐনস্থু—হোয ঈতৈমা ননাউ অস্থুম কোযথোকচবকপা। তাদনা শমথবকই—নঙগী পৈশা কযা লৈজবি ঈবুংঙোহোয বেঙ্ককী ওফিসাবশিং লাকই। ময়েক্কীদি ঐখোযনা চৎলগা শিংউফম থোক-পনি। অত্থুবু ময়ামনা থাউ তিংত্থুনা লাকপীরে। অঙস্বা খবদি পীখিনবা তৌসি।

ঈতৈমনা—'ঐগীদি লুপা ১০০ থকতা লৈজৈ কবম তৌনি।' তাদনা—য়ারগদি অরাংলোমগী তম্ফাদগী লুপা ২০০/৩০০ দা লৈব্রা যেংউচো হোবেল অমুক কবিনো অবৈবা পোৎ-চৈ যোনব্রা তৌবগা শিংদোকখিনবা।

—"হোয়! ঐ অমুক্তা চৎলুখিগে", হায়রমলগা ঈতৈমা থম্বালতোম্বী থুনা য়াঙনা চেনখি। মীৎকুপ খরগী মঙ্গুংদা ঈতৈমা লুপা ২০০ দং পুরগা লাকই তাদদা মাগী চামা লৈজবত্তুগা পুন্না লুপা ৩০০ ত্তু শিন্নজৈ

—সি মঙাইরে ঐনা ঙমজবা হায়ববু।

তাদনা—ঈবুংঙো লুপা ৩০০ সিদং কচ্চরগে ঙসিদি ব্লাবৌবা যাদে মসিগী চে ককপীবো। ঈযাম্বদি মীগী শেল তোনবা হৈনজদবনি অত্তুবু নমত্তুনা শেল তোনবা মী অমা হায়বত্তু ওইখ্রে ঐগী ঈবাইবরুনি। হান্না পুবম্বা ঈবুঙো মেনেজবত্তুদি ব্লারীসি লোইনা খঙবনি। অত্তুবু ঈবুংঙোখোয়দদি লীররোই।

অম্মুম্না য়াম্না থম্মোয় শোক্না হাযবত্তুনা বেঙ্ককী ওফিসাবত্তুদা শেলত্তু শিন্নখি। ওফিসারত্তুনা রসিদ মচেৎ অমা পীরম্লগা ঐখোয অমুক যৌজথ্রগে হাযবম্লগা গাডীত্তু থোঁদোক্তুনা চৎখি।

ঐহাক ঙসাইমথৈ কূম্মৈত্তু যেংত্তুনা মুন্না তাত্তুনা লৈবম্বনি মখোয়ত্তু চৎখ্রবা মত্তুংদা ঐনা যাম্না লাঙতক্লুনা হংখি—

—তাদা অম্মুক য়াম্বা শেনফম অসিদি মতৌ করম্না পুথখিবনো ঐদি ঙকতবা ঙমদে। শিনফম তিন্নদবনিনা তোয়না লাক্লুনা রারী ব্লাতায শাবগু যংদে। চহী ৪/৫ সিগি মঙ্গুংদা নোংমতম্মু যম্মিন্নবা ফংখিদে।

তাদা অঙাংজাউনা তপ্না হায়বকঈ নোকফেৎ ত্তৌনা—

—ঐসে ঈনাক খুন্নবা হোৎনবদা লাইবতানখিবনি।

—রাবীত্তু অমুক্তা তাজনিংথ্রেদা তাদা ননাওদা অমুক্তা লীবীযু।

তাদা অঙাংজাউ ফুরীৎখাউদগী বেডী চুরুপ মপুন অমগা মৈখেৎকা পুথোরকই। মৈখেত্তু খেৎলগা মচৈ অমা চমথৎপ্লি অত্তুগা হায়রকই—

—ঈনাওদি মৈখু পায়দবনিনা হৈদি হৈনবম্মরোই অত্তুবু

ঐখোযদি হৈনরুরবা চীঙ্গাকনিনা থাদোকপা ঙমদ্রেনে।
—য়াই তাদা ফানবীয়ু বেবা লৈতে।
—মীওইবগী পুন্সী পুখববু হৌগ্রবদি হেক্তা ফুক্কৎপা ঙমদে অহুম পুথগ্রে। ঐহাকসি হান্নদি অসুম্না পাল্লমদবনি অহুবু লোইবে সিদগী হেন্না বানিংঙাই লৈত্রে লাইববা খম্মে, সিদগী হেন্না লাইবনিংঙাই লৈত্রে। হৌজিক্তি ঈনাক থুল্লক্কদবদা ঙাযবে।
ঈবান্নী 'বা' হেক নোকমিন্নে। ঐনা অমুক নোৎশিল্লি,
—তাদগী ন্নাবীহুত্থম হৌবীবোনে যান্না তানিংখ্রে। পুন্নিং লৌশিং ওইনবা

মহাক্কী মযা যাওদ্রবা মচীনবানহু খোমজিন খোমজিনহুনা বেবী-চুরুপ্তু চিংনা চিংনা হৌরকই—

সুমাতৌবনি, হৌখিবা পঞ্চায়েৎকী মীখলহুদা ঈবোতোন্না প্রধান কাবহুদা নযাম্ববু ন্নুংশিবীহুনা ঐগী অন্নাবা উবিহুনা মানা ঐগী মিং অসি ঈশা ফাওবা হেক খঙহল্লমদনা মাগী সবকাবগী লাইরবা কোক্লবা থৌবাংনি হাযব্রা কৈনো মমিংদদি যান্না ফজবা আই, আব, ডি, পি, হাযব্রা কবিনো অহুগী বিনিফীসবিগী মিং ময়াম থাগৎপদা হাপ্পীবে ষণ পাবোং অমা লৈনবা লুপা লীশীং মঙাগী স্কিমদা। পাউহু তাবদা ঈয়াম্বা হবাউবে মাবু হাযনীংঙাই লৈতনা থাগৎলে। লাইববা কোক্ত-কোক্লদোবোই নীংউবে। মাঙোন্দা তৌবীমল খঙবা উৎপা ওইনা মেম্বব অনী অহুমগা লোয়ননা ঈয়াম্বগী যুমদা ফজববা চাকলেন অমা পাঙথোকলে। লৈজবা লুপা খব খবচ তৌবা হীবে।

মথংদা ব্লোক ওফিসতগী বেঙ্ককী ওফিস যৌনবা শাঙলবা গ্নীদা চৎপা অমুক হৌবকই। ব্লোক্কী থবক পুবিবিবা ঈবুংঙো বেম্মশিংদি লোইনা ঈষ্ফালদগী ঙাক্তনিদো। লন্নাযদগী ঐখাযগী

লমদমদগী ঐখোযগী মী ওইবা ঐখোয়গীদমক খনবীবা মী অমত্তা য়াওদেদো ঈনাওনা হৈন্না খঙবীবিবত্থনি। চেত্থ থাবিনবা বি, ডি, ও, গী যুমদা, ই, ও, গী যুমদা ওফিস কাদ্রিউদা নংনবা অহীং হৌগৎতুনা লরায়দগী ঈস্ফাল কাবা, চুম্না চৎপা নত্তেদো, হৈকৎ নৈকৎকা অথনপোৎকা লোইননা চৎলীবনি অমুক অনীরক নত্তে মবিবক মঙাবক চৎপগী লোইবা নাইদে। অত্থ বাৎলি অদা ব্লাৎলি। ঙা কৎলি, হৈ কংলি, ব্বা লৈ, হোটেলদা চা লৈ, মতম মাঙখিবা খঙহৌদে য়ুমদা চাক চাবা ফাওবা ফংদে।

হোৎবলগা হযেংগা থা ৬ মপুং ফানা হেক চঙখি থবক মনা অমত্তা শুহৌদে মতম মাঙখি। মচীৎ-মচীৎ ভাবা ওইনবা মীওোন্দগী পুশিনবা হৌবে। লোন ফংগদৌববনি ফংঙগা শিংদোক্কনি। বেঙ্ক যৌবে উচিন-নাচিন্না। হোবেলগা হয়েংগা চেত্থ ব্লাৎলি ফ্রোতো ব্লাৎলি গেবেণ্টব সার্টিফিকেট যাওদবা য়াবোই অসিনচিংবা। লরাযদা সবকাবগী কর্ম্মচাবি গেরেণ্টব ওইবীনবা থিবা অবাযবা থবক নত্তে। কনাদনো হাযকগদবসিবো তোক্লসিরা, অত্থবু শেলদি যন য়াম্না চৎগ্রে মতমস্থ যান্না মাওহনগ্রে। লৌদবা যাদে খন্দুনা ওজা অকন্দা হায়জবে, নোনজরে, মমৈদা যাবীবে। হরাউহ্নুনা তৌবীমল খঙবা উৎপগী চাকলেন অমা অমুক শীল্লে। বেঙ্ককী থবক পুবীবিবশিংগা ১০% দা ব্লাবোয়নরে সেঙ্কসন তৌবীবে।

অমুক ব্লোক্তা রিলিজ তৌবীনবগী লমজেন যাওবা চৎলে ই, ও, গী বিকোমেন্দেসন, ই, ও, গী মযুমদা অহীং হৌগত্থনা চেল্লী, শেল পীকদ্রিমখৈ পায়বীদে ই, ও, গী ল্লোইরে। বি, ডি, ও, গী যৌরে, মযুমদা চৎলি শেল পীরুদ্রিমখৈ তৌবীদে, লেমনা অমত্তা থাদোক্কে, যেল্লি মীপুম খুদীং অমত্তা হেক চীথদনু। শেল ফংগদৌবীবনি হায়হুনা মীওোন্দগী মক্লুপ-মপাংদগী পুশ্লিল্লি। থবক শুরগা চাজবা ঈয়াম্বা থবক শুদ্রে।

ফংবা কৌবা লৈতে শঙ্গোল শাবগী কমপ্লিসন রিপোর্ট শেল পীত্রিভৈদা ঋণ লৈকবগী দলিন, ঋণগী মার্কা 'থাবা, 'মতুগীদমক মীশ্তোন্দগী ঋণ রায়বা, ডাক্তরদা অরামন কৎপা অমত্তা হেক চিখবা যাদে য়াম্না হৈ-শিংনা চেকশিন্না শেমখিবা, লাইববশিংবু নমতুনা, শুকশোয় হেক শোযহন্দনা ঈনাক খুনহন্নবা ভাবত সরকারনা শেম-খিবা থৌবাওগী মখাদনি।

—"যাম্না মুংঙাইজবে রাবীতু মখা চখবীযু তাদা।"

ঐনা' মরক্তা থৎচিল্লুই মাগী বেরী চুকপ চন্নবগী খুদোংচাবা পীরুনবা। মহাক্না মৈখেৎ খেৎলগা মচৈ অমা অমুক চমখৎলি। পেন্না অমুক্তং চিংশিল্লগা মৈখু শাংনা কামথোকখি। অতুদগী মচীনতু খোমজিন-খোমজিল্লগা—

—ঈযাম্বগীদি অমুকস্তু খ্বায়দগী লাইবক থীরবা থৌদোক অমা থোকখ্রে,

—কবন্না লাইবক থীখিবা ?

—ঋনগী মার্কা থানবগীদমক কৈশাম শামুগী যণলাবা পাবোত্তু ঙাঙনবে লিব্রী মখায অমা চঙনা অচা-অথক্তা লোইননা। ঋন অমদি খবা মমায থকপা মী কিগনবা ওইবমতুনা ডাক্তবনা মনাদা খুৎলাইতুনা চপ্পতুদা পাখৎখিতুনা থৌবী নাম্থোক্তুনা চেনবদা কোনশমগী চেঙ তক্কবা মিল অতুগী রাই মযাম মৈ থাবগী উৎ মবক্তা চেনশিনখি। ওস্থোকপনী, মখোঙ মবিমক মৈনা চাকলম্মী মীগী মপোৎ রায়রুবনীনা শিংদবা যাদে।

—অতুদি শেল কয়া লেমহৌবি তাদা।

—শিংদোকখ্রে মীগী শেন্দোন থুমদোন পুম্নমক। বেক্কতগী লৌরবা শেনফম অতু উত্তা ঘী হৈবগা চপ মান্নবে লোক্তাক্তা থুমহী থাদবে। লুপা অমা ফাওবা ঐগী কান্নবা থবক্তা শীজিন্নখিদে। শেম্বীরে ঐবু সরকারনা মী অমা ওইনবা থা

৫/৬ থবক শিন্তুনা মতম মাঙহনখিবত্নুনা ঐগী শেন্দোং ওই-হৌরে। থবক শুরগা চাজবা ঐনা থবক শুদনা মাঙহনখি-বত্নুনা নোংমা নোংমগী পুখিবত্নুনা ঈয়াম্বা লৈখা তাখ্রে "ঈমাগী ঈবেম্মা শন্দ্রেম্বী ঈমাদি খ্বাঙ য়োবে" হাযবত্তু তাহৌবে। চেদদি ঐগী মিংত্থু লাইববা কোকপদা মযেক শেংনা য়াওখ্রে, লৈহৌবনি অঙৌবা চেবাংথক্তা অমুবা কালিনা ইত্থুনা মুমীৎ থানা লৈবিমখৈ। ঈযাম্বদা নক্তে ঈযাম্বগা আই, আব, ডি, পি, গী লোন লৌমিন্নবা মী পুন্নমক অমফাওবা পেনখিবগী ব্রাবী তাখিদে।

# লায়রবগী চৈফু

নোংজু থানি। নোংনা অতৎ-অথম লৈতনা হৈথরি। ওফিস লোইরগা য়ুমদা হল্লকপনি। নোং চুবগী হৌনবী বস তোংলিবশিংনা মাগী মাগী থোঙ্গাল মপাদা কূমনীংই। অসুম্না থোঙ্গাল খুদিংগী খামত্নুনা লৈবিভৈদা কিঃ মি. কুন্থ্রামুক্তা লাপ্পা ঐগী খুঙ্গভত্নু য়োবদা পূং অমা মথায চঙখি। নোংদি অত্নুম চুবি থাশিবমদাইগা ওইবে, মৈগা লাকত্রে মালেমসি অমম্বনা পূংফূপ কূপশিনথ্রে। মরক মবক্তা নোংগী অখাক-অবাউ মবক্তা নোংথাঙনা কুফৎ-কাফেৎ জগোয শাবকপদা মশেন-মরাং উবা নত্তনা কবিস্তু উবা ফংখিদ্রে। বস থাফমদগী নোং মবক্তুদা মা-মাত্নুনা চৎপদা য়ুম য়োবদদি পূমচোৎ চোৎলে।

ঐগী কাদা চঙশিল্লে। অচোৎপা ফি-বোলত্নু হোংদোকলি। মেমথোইনা ঈনাক্তা চঙশিল্লরুগা,

—থাংমৈবন্দগী ঈমাশি লাকই।

খুম্মুদে। ফি হোংদোক-হোংদোক্লা থল্লী—"কবিগী ওইবমগনি অমুক্তা খোঙ্গুল তাবকখিদ্রিবা মী অমনা নোংমবকসিদা অসুক থবায যাওনা লাকপীবসিবো?" ফি হোংবা লোইবগা মযাযগী কাদা চঙখিবদা ফীরুক খুমত্নুনা ঈনেমতোন নোযোনসনা ফম্লম্মী। মানা হান্না কৌবকই,

—ঈবুংঙো য়োরক্লেদনা?

—হোয় লাকচরে ঈমাশি।

—চোৎলম্মনিদো।

—চোৎলে, চোৎচসন্থু। য়ুম্মু য়োরবদি য়াবে।

—নোংনে হাযনা সুকহাং হাংদে। ঐমু পুমলূপ হেক লূপ্পনি ঈংমনত্থনা ফিজাউ অমা ইন্নত্থনা খাঙলিবনি।

—হৌজিক্তি চুন্নিংবমখৈ চুকসনু। ইম্মাশিদি করিদা লাকপীবগে?

—অঙাং অমনা খিল্লকপনি।

—মাদি কদায় চৎখ্রে?

—মাদি থেঙওনি হাযত্থনা চৎহনখ্রে। ঐদি ঈবুংঙো উনদবা য়াদবা অমা লৈদ্বুনা লৈহৌরে।

—ঈমাশিনা লাকপীববু করি অরুবা ৱারী লৈবীবগে। সুম্ম চুম্না লাকপীবখা?

বাকম অসি য়োৎকপদা মমাযত্থ মাযথোঙ লাংশিনখি। মমীত্তা শিরাং শিম্মরত্থনা তপ্পা হাযরকই,

—ঈবুংঙো দিনেশ, ঈনেম্না কবিবু হাযসিগে খঙত্রে। শাংলবা মতম অসিদদি ঈচানূপী অমা লৈখ্রি হায়বা নোংমক্তসু নীংশিংখিত্রে। নকুদোন্নসু শাউবিবনি হাযত্থনা লুহোংবা ফাওবা হেক য়াওখিদবনিদো। মখোয়বু ঈহোকখিবনি। হৌজিক্তি ঈচাগা ঈযাগগী নফমদা ঐখোয় তশেংনা মায়থীরে। নখোযদা চঙজবা নত্তনা উপায লৈত্রত্থনা ঈকাযবা খঙদবমখৈ নোংমরকসিদা চেল্লকলিবনি।

—কনা করি ত্রৌবা য়াউরবগে? ঐখোয়নবু করি পাংবা ঙমগদগে?

—রাফম অসি ঈচীনসিনা পনগদবা ফাওবা ঈকায়জৈ ঈবুংঙো। নখোযনা খঙলিবত্থনিদো, নকুদোনত্থ মাগী মহৌশাগী হৈনবীত্থ পাক হেক থাদোকপা ঙমদবদগী "হুরানবগী তরানি মপুগী নোংমা" হাযবত্থ থোকলে। হৌজিক মোইরাংদা থবক তাবি। ওম্মোকপা রাথোক অমা খোকলে। ঈচীনসিনা কর‍ম্না পনসিগে!

মসি হায়বময়গা ভূমিন্না লৈথোকখ্রে। ঐগী খঙনিংবদু উরদুনা অচীকপদু থুগায়রদুনা মেমথোইনা,

—হো, ঐখোয় পাবুংদো ফাবে হায়য়ে।

—থানাবু কনানা অমুক ফাগদৌবিবা?

—থানাবু ফাবা গুম্বদি কনা ওইনি। মীযাম্মীদনা।

—মী ফুরু চৈরুবদা অশোক-অপন যাউত্রবা জাংলা?

—অদুগী নত্তেদা!

—অদুদি কবিগী?

—কবিগী ওইনি? মীগী মপুবোইবা লৈবী নূপী কোয়রুবগীনি।

—অদুদি কমদোবা তারে?

'হৌজিক্তি রাফমদু যোংদোবরুবনিনা ইনেমাতান্না শমথরকই—

—মনা-মনিন নাইত্রিত্তৈদা মেনশিন্নবা কন্না হোৎনবি। খুনদুগী নকুদোনগা যান্না লুনা তিন্নবা প্রধানদু লাক্কুনা ঐখোযগী যুমদা লৈহৌবি, কোর্ট যৌদ্রিঙৈদা লোইশিনহৌনবা লূপা লীশীং তবাদং থিদবা যাদে হাযদুনা ঐঙোন্দা কিৎ নমশিগ্নে। ঐদি উপায লৈত্তদুনা কোক্তা খুং হাপলে। নবান্নি মুন্না অমুক্তা তানম্লো। ঐদি হায়ফম থঙদ্রে কুইনা পম্থবশু যাববোই।

—মহোয় বাবা। উপায লৈগদবা ওইববদি ইন্দকীসিদি পাং-থ্রসি। ঐখোয়না অঙাং হাযবদু থোকই। কোন্না পাবুংনা ভাব তায়ক্লগা অমুক মত্তেং পাংজরকনি।

মেমথোইনা মুংশাথীনা হায়বকই।

মেমথোইগী রাদু তাবগা, মীগী অবাবা য়েংবা ঙমদবা, থম্মোয শোম্ববীদু লাক্কুনা ঐনা,

—হোযনে, তৌদবা থাত্রদো, হৌজিকপু কদায়দা চেল্লুনি?

রাবিন্থু তেন্তুক্লা লোইশিনখ্রে। মমাংঙৈদা মখোয়না ঐখোযদা য়েংথিবা মীংথ্বেং—লম্লায়দা লৈবা লায়রবা অমগী মফমদা, ঙসিদি

কাউরে। ঐগী কাদা ঙাইহাক্তা পোথাগে খনহুনা চঙখি। অদুবু কোক্তদি হন্না হন্না ওংপা হৌরকখি—লায়রবগী ভুংশা।

* * *

লুপা ৫০০/-, শুপ্নগী লুপা ৫০০/-। নঙগীদমক ব্লাবা নংখিবা। নঙ লৈতবদগী থবক ফংখিদবা। নঙগীদমক মায়থীখিবা। লুপা ৫০০/- নঙনা ঐগী পুন্সীগী ইতিহাসতা কযাদা চাউববা থৌদাং লৌখিবা। নঙনা কয়াদা অকনবা চৈথেঙ পীখিবা। লুপা ৫০০/- নঙ লৈবল্লবদি, ঙসি ঐনা ওইরিবা ফীভম, ফংলিবা থাক, ঈকাযথুম্নবা পূম্নমক ফংলমদনা, ঈতোপ-তোপ্পা ঈচেল অমদা তাউথখিহুনা, ঈবাক্লবম্বসু যাইকো। হে ঈশ্বর। তেংবানবগী মপু নঙদি পূম্নমক খঙলমগনি। অদুবু ঐনদি কযাদা ব্লাবৌখিবা। কযাদা ব্লাখি লুপা ৫০০/- নঙগীদমক।

পুন্সীগী হিংনবগী চাকখাউগী অকনবা লানফমদা লাম্থেংননবগীদমক শিনফম অমদি পাযদবা যাদে। লবাযদদি ওফিস লৈতবনিনা থবক থিবদা স্কুলগী ওজাদা হেক্তা তাই। লৈকাযগী স্কুলদা ওজাগী ফম অমা হাঙলকই। ইন্টরভিয়ু যাওবা তাখি। থবক্তুগীদমক ইন্সপেক্টরদা মাগী তৌবীমল খঙবা উৎপা ওইনা লুপা লীশীং অনীদংদি কৎচনীংখিবনি।

লাযববা ঐগী নোংদম্বনা তম্বীরকপী মেমথোইগী অহল-লম্মন্না লৈত-লৈত তম্বীরকপা মুংশি খুদোল—সনা-লূপা লোইনা কায়থোক্লে। লুপা লীশীং অমা চামঙাদি ফংলে। অরাৎপা লূপা ৫০০/- তুগী পাংবীরক্লবা মীওই থিবদা মেমথোইগী মপাগা হেক পোকমিন্নবা মথুবা বিমোলচন্দ্র, পুলিস ডিপার্টমেন্টগী ইন্সপেক্টর অমা ওইবি। মহাক নত্তনা লৈত্রে। ঐখোযগী লুহোংবদা ফাওবা চঙবীরকখিদবনি। অদুবু চহী অনী অহুম হৌগ্রবা মতু ফাওবা

ফংলবনিন্না শাউবা থরদি হম্ববম্বসু য়াবে থনজহুনা মঙোন্দা অমুক্তংদি হংলুসি তানজবে। অমম্বা অহীংদা মৈবা মচা অমা ফংবগুম, আশাগী পীক্লবা মঙাল অময়থক্তি মুংশি-মুংশি ফংজবে।

নোং হেক ঙানবগা ঈকুদোন বিমোলচন্দ্রগী থবক তারিবা মফম উথ্রুলদা চংলে। ডিসেম্বরগী তাং ১৪, থাংজ মুমীৎনি, চহী অমগী মনুংদা খ্বায়দগী ঈংবা মতমনি। ত্রক মমায ককপী মান গাডীদা বোডী চনবা বসতুদা চৎলি। ঈস্কাল—উথ্রুল ভাবা লুপা ৫/- নি। লম নাংগেট হেনগৎপদগীদি কাখংপা ঙমদহুনা ময়াম কুমথবগা ঈল্লি। অয়ুক পুং তবেত্তগী চৎপনা মুমিদাংব্রাই পুং ৩/৪ দা যৌই। নোংমগী লহীনি মতমদুদা উচিন-নাচিন্না যাচঙঙকপদা উথ্রুল যৌবে।

মীঙোন্দা হং-হংহুনা পুলিশ ষ্টেসনদা চঙলে, যাম্না নোল্লুকপগা লোযননা ভত্তী কচ্চবহুনা ঐনা লাকচবগী বাবী লীজরে। মহাক মুন্না তায। তুমিন্না লৈ, হোযশু হাযদে মাইশু হাযদে ঐগী পুক্লীং-দদি মাবু হাযনী ঙাই লৈতনা থাগৎখি। ঐনা শমথবম্বী—

—পাবংনা লুপা চামঙাদং হাপ্পীবগদি হন্দক্কীসিদি শোয়দনা মায পাক্কনি খল্লি। ঐনা খ্বাযদগী সেনিয়ব অমসুং স্কুলসু নকপা কেণ্ডিডেটনি।

ঙাইহাক ফম্মীন্নববা মতুংদা সিফায অমনা চাক চাবসি হাযনা পাউ পীবকই। চাক চাবগা অমুক মতম খবা মৈথ্রু ভিক্তুন্না ফম্মিন্ন-বগা সিফাযশিংগী ন্নেবেক্তুদা, মোমপাক যাত্তিদবা উপাক্কী ফমং অমদা ঐগী তুমফম পীরম্মী। ঐগী নাগা শাল (হাওফি) অমা পুনহুগা মানা পীবা মতু কোক্লশা শামতুম্মী কম্বলহুগনা মণিপুবদা খ্বাইদগী ঈংবা উথ্রুলদা ডিসেম্বরগী অহীং অমা লেনবা ঙাখি।

মুমীতু ঐগী পুন্সীনা নৈবিউঙে, অমং-য়াইথোং কুমদ্রিউঙে, মৈতান্না রাথৈদ্রিউঙে করম্না কাউগনি, কাউজনথীবা মপোক ফনা ওইহুনশু। অহীংহু, অহীংহুমী পুন্সীহু শুকাউ হেক কাউববোই।

হাঙলবা লমহাঙগুম্নবা, ঈহো-হোবা শঙজাউত্থদা ফি অপাবা অনী-থুনা করি তৌনি। ঐহাকতি হান্নদগীসু খরা ঈংগনবা নীংথম চাউবা মীওই ওইরকই। ভূম্বদি লায়রত্থুনা ফম্বা ফাওবা ঙমমক্ত্রে। খোঙউপ, খোঙগ্রাউ, জর্সি করিসু কান্নবা লৈরক্ত্রে। ফমুং মথক্তা কোনশিনত্থুনা ফমলগা অহীংচুপ্পা মীৎ কক্লা অমত্তা উইশিন্দনা শাং-লবা পুং ১২/১৩ থক-থক নীক্লা খাঙখি। ফুঙ্গা রারীগী, "শদ্রেম্বী ঈমাদি খোরী যৌশিল্লকলে" হায়বত্থু নীংশিংলকই। ঐগী খোঙ-খুৎ অসুম অসুম ঈঙখৎলকপনা খুউ মথক যৌশিল্লকই। অহীং অত্থুদা, হেক পোকপদগী নুমীৎ অত্থুফাওবগী পুন্সীগী অরা-নুংঙাই খুদিং মবী মবী খন্থবকখি। অহীং অসিদং শিদ্রবদি যনিদা। অহীং অসি লোইবা ফাওবা ঐহাক হিংখিদ্রা? নুমিত্তুদা লাই কোটি কুম্বাহুম-দোইমক অমত্তা হেক চীথদনা নীংশি খিবাই নীংই। শাংলবা অহীংথু হৌখিত্থুনা নোংদি ঙাম্থোরকই। শিহৌদ্রে।

কবিমত্তা ঙাঙনদনা অযুক্কী বস থাগদবা মতম যৌরকলে, মিত্থুন্দী য়াওশিল্লক্ত্রে। হংলুবগী থৌনাসু লৈত্রে। চৎলমদাইগী পুংফমদা অবোইবা ভক্তি কচ্চবে। করিসু থওই-রাওইদনা যুবিৎ-খাউদগী লুপা ১০ লোথোবকই।

—ভাবা ওইনবা মসি পায়শিল্লু। হৌজিক্তি শেল লৈত্রে কোম্না পীরক্কে।

ঐগী রানা শাগৎচরুবা আশাগী দলাল পুম্নমক মীৎকুপ্তা নীং-খাযখিরম্মী। মীত্তা থরানমিচাক লীশীং লীশীং উখি। ঈতোমদা খনখি—"ঙসি ঐনা রাবিবা নংলিবা মীনা উশিত্রিবা অসি ঐনা লায়বরুবগীনি, লায়রবগী চৈথেংনি।"

ইন্টরভিয়ু লোইখ্রে। শেন হেন্না পীবা ঙম্বা মীনা হাপখ্রে, মনিপুর সরকারগী থবক খনবগী ইন্টরভিয়ু য়াওরুত্রে। য়াওবা ঙম্বগী শক্তিসু লৈত্রে। অঙাং খবা খোমজিল্লগা লাইরিক তম্বীবত্থুনদি

চবা অনীশুনা চাবা ফংদ্রে। অপীকপা ঈচানুপাতুগা মরক-মবক্তা চন্না হেনবা তাখি।

* * *

অঙকপনি মীওইবগী পুন্সী খোঙচৎ, তস্বা ঙমদে—ঙবাংগী নিংথৌ ঙসিগী চাক্লীবা, ঙসিগী মীনায, হযেংগী মন্ত্রি। ভাবত সবকারগী থবক্তী ইন্টরভিযু যাওকবদা ইনকম তেক্স ইন্সপেক্টর খল্লে। শেল তিংদনা রানোমদনা। লাইববগীসু হোৎনবা কল্লবদি উপায অমদি লাকই।

ঈনাক খুনবা পুন্নমক ঈখোঙদা তুববে। লাযববা অমত্তা তিন্নদ্রে। তোঙানবা সংসাব অমা ওইবে। হুবানবা কাববাব-রালাশিং, ঈনাক খুনবশিংগী ঈথিলদা ঙমদে অশেংবা তৌবা। শেমজিন-শাজিনবা ওইদবা পবেং-পবেংনা লুপা খাউজাউ-খাউজাউ. খঙহৌদে চহী ৪/৫ গী মমুংদা হান্নগী লায়ববা ঈন্না চতুবা দিনেশকী শোম্হরুববা শিংলী-নাউবী পুন্নমক অনৌবা যেন্নিং হুল্লকই। লায-ববগী মহীকশিং খবা-খবা লাপথোকখিত্রনা লাযরবগী লাযনা কোকখি। ঐঙোন্দা হান্না হস্থনা যেংলস্বা মীওইশিংতুনা হৌজিক হঙ্গৎনা যেংবা হৌরকই।

ঐনা খনখি—মতম অমদা, ঐনা উপায লৈখিদবা মতমদা মখোয়না ঐবু হন্না যেংখিদে। মতু মীওইবগী মচৎ নত্তে। হরাউ-হরাউনা পাংখি মখোযগী মতেং। শেনবু পায়ববদি খোঙনা চত্তে, চীন্না চৎলে। মতম অমগী চন্নদ্রবা অমাংবা মতুম ওইরম্বতু ঙসিদি সনা মতুম ওইবে।

# সরকার পায়বগী চুখাক

ঙাইহাক্ লৈতনা হোংবা নাইবা তাইবঙগী পুন্সী খোঙচত্না খাঙঙমদ্রবা চাউরবা চৈফূ অমনা ঐখোযগী তাদা মাঙ্গোলজাওগী পুন্সীবু অমুক হন্না হৌগৎপা ঙম্লবোইদৌবা ওন্থোকপা ফীভম অমদা থম্বীবম্মী। তাদা মাঙ্গোলজাউ হৌজিক হিংলি হায়বদা মওায়বে লোইববনি। লোইবে হাযহৈদে হাযনৈ অতুবু লোইরে। মশাদা উনশাতনা কুপলে, মযুম মকৈ শেমজিন-শাজিনবা ঙমদ্রে মচাশিং লাইবিক-লাইশু তমহনবা ঙমদ্রে। মাগী হায়ববু মতম খবা সবকার পায়বা যাওবম্মগী, কাউবা য়াদ্রবা মচু শঙথ্রবা, থাদোকপস্ম ঙমদ্রবা নিশাগী হৈনবী অতুদ৲দি শেন্দো৲ ওইনা শাগোম্নতুনা লৈহৌরি। ঈতৈমনা পীকলিবা অঙাং ময়ামতুগা যুমতু পুবা ঙম্নবা হোৎনবদা থোঙ্গান্দা মনা-মশিং খবা যোনতুনা মতুদগী ফংলকপা খবনা চন্না তন্নি।

তাদা মাঙ্গোলজাউ মতম অমগী, লৌমী-শিনমী লৈত-লাযব প্রজাশিংগী চেমপিযন্নী হাযনা ঐখোয় কেন্দ্রগী খুঙ্গঙ খুদিংগী কাচিন কোযা থুনা চতুনা মীনা মীবু ওত্তবা মান্নবা খুন্নাই অমা মালেমদা শিংথৎনবগী অকনবা প্রচার তৌতুনা সোসিএলীজমগী লাইরা যেন্দুনা শন্দোকলম্বা ঐখোযগী কেন্দ্রগী কমিউনিষ্ট পার্টিগী মতম শাংনা লোকেল সেক্রেটবি ওইবম্মনি। কেন্দ্র অসিগী মীপুম খুদিংনা তাদা মাঙ্গোলজাউবু উখিদবা, খঙদবা, অমসুং মাগী হৈ-শিংলবা বাঙাঙ, ব্রাহ্মান পণ্ডিৎশিংনা সংস্কৃত শ্লোক থীবদৌনা মান্নবা সমাজ অমগী চৎনলোনগী পাউতাক তাখিদবা য়াউদ্রবনি, থবক ফংহৌদ্রবা থাযনগী মেত্রিক্নী। লাইবিক-লাইশু কজনা হৈ। রাঙাঙ শাঙাঙ হৈ। মতম শাংনা রাজনিতিদা কথোকুনা লাল্লবনী। মতুমগুনা ঐখোযগী

কেন্দ্রগী এম, এল, এ, ওজা গুলাপনা হন্না হন্না মাযথীবা লৈতনা কাবা ঙমখিবনি। ওজা গুলাপনা তাদা মাঙ্গোলজাউবু য়াম্না থাজবা অমসুং লুনা তৌজবা মীওইনি।

হায়বা ঙমদে মতমগী ঈচেল। তাদা মাঙ্গোলজাউখোযগীসু মতম কুইনা থাশিদা ওইতুনা লৈবস্থু পুর্ণিমা অমুক লাকলে। কমিউনিষ্ট পার্টিসু সবকাব পাযবা যাওম্নে অহানবা ওইনা ওজা গুলাপ কেবীনেং মন্ত্রি ওইবে। হবাউবে নুংঙাইবে, মথুম-মবাঙ হৌনবে, খোইবেন মশা পাইবে। নহানমখৈ মতমশাংনা চহী কযা অমা গুপোজিসন্দা লৈরুবনা মমতুনা লৈবস্থা কেন্দ্রতু হৌজিক্তি সব-কাব পাযবদা যাওতুনা মন্ত্রি ফংবসিদা হাযনীংঙাই লৈতনা নুংঙাইবগী ঈচেল অমা চেল্লকখি। মমানা পোকপদৈ মপান থোক্লক্তবা শঙ্গ তৌবক্তবা পুন্নমক হৌতুনা চেনখৎনববল্লে। য়ানোম্বা থীকাদাবনা য়াই চাইবে। লৈব্রা লৈতব্রা, পূগেবা, য়াযগেবা তৌতুনা পোকপদৈ গাডী মচা তোংলক্তবা মযাম অমা স্কুটব, মোতোব সাইকল, জিপ, কাব মথং-মথং লৈনবকই, খঙহৌদে চহী ফাদ্রিঙৈনা সবকাব পাযবা। চেনখৎনবকই মহৈ মহৈ মাঙ থাবা তান্নবকই, হীযাঙ তান্নবসি মঙায। মসিসু কূম্মৈনি, মথেল অমনী যেংবা স্নুংঙাই, যেংবব হৈব-বদী কূম্মৈ বাত্তে।

অঙকপনি, অসিগুম্বা অহোংবা মযাম অসিগী মবক্তা খ্বাযদগী মকওইবা মফম মীযামগী মীৎযেং থমযমদী তাদা মাঙ্গোলজাউনী। তাদা মাঙ্গোলজাউনা হাযগ্রবদি লোইবে। মতম বুইনা অরাবা কযা খাঙলকন্লবা অমসুং মহাক্কী মপান্দগী মীখল্দা বযাবক হন্না মায পাকথ্রবতুদা ওজা গুলাপ তাদা মাঙ্গোলজাউদা কেন্দ্রগী চাংখৎ থৌবাঙ পুন্নমক লোইনা শিন্নখ্রে। মহাকপু পার্সনেল সেক্রেটবি হাপলে। হান্নগী লোকেন সেক্রেটবিতু হৌজিক মন্ত্রিগী পার্সনেল সেটক্রবি কাগ্রে। বানোম-থৌনোম্বা, থীকা পীথোক পীশিন মাগী থবক

ওইরে। ওফিসশিংদসু মানা চঙখি-চঙখিবদা অথিংবা লৈত্রে। মচাদগী অচৌবা ফাওবনা মাবু সলাম কোৎলে। মুংঙাইরে পুন্নীদা পোকপগী মহৈ য়ানবা হাযবত্থু মসিরা হায়না খল্লকই। মসিনা ওইরে নহানখৈ মযাম্মা সরকাব পায়বা-পাযবা হায়না তান্নবমলিব-সিদি। হৌজিক্তা মঙাল অমা ফাওববপগুম্ম ত্তৌই। তাদা মাঙ্গোলজাউ থাযনগী অমনবা মাঙ্গোলগী মাঙ্গোলজাউদু ওইদ্রে, অহনবা মাঙ্গোলগী মাঙ্গোলজাউ ওইবে।

হান্নদী একাগাড়ী চীদেকপী, মুংশীং লাইরবা অমা তোংলগা কেন্দ্রগী খুঙ্গঙশিংদা ক.চিন বোয়া থুংনবা মুংশা মরক্তা চেনবা, মকোক অতাঙবদুগী লব.ইদা হুমাং মবীক মরীক কাবা, চুবা অনীদা কুইনা ফান্দ্রবা কোইগী মরক্তা হুমাং মবী-মবী চেন্থবা হরাই চপল অমা তোংতুনা খুনীঙ ঈকায় কায, যুরীং শিনবা ঙমদবদগী ঈপা পারবা চাথোকলবা অমা লীং, চংলম্বদো তোকথ্রে। কুমজা কয়া হৌথ্রবোই নীংই চহীদী ফাদ্রি। হৌজিক্তী সফারি সুট, কোট সুৎ-তাই খোড়ুপ এমবেসেডোর, সেগাদা বেগ অচৌবা অমা মথুত্তা ফাইল খরগা মতম চুপ্পদা থাদোকপা লৈতে। পুমওন নেথ্রে তাদা মাঙ্গোলজাউ মহৌশাগী নত্রে। নোং ঙানবগা থোঙ্গান্দা জিপকা বাবগনা হানবা তান্নে তাদা মাঙ্গোলজাউ লৌবা লাকপা। থৌশা-বীদে তুম্বা হৌগৎপীদে, মুমিদাংদা খবা হেনজিনখিবনা, ঙাইহল্লি সুমাঙদা, শঙ্গোয়দা, লৈথোকই, নীংঙাই মলাইদনা। শেম-শাই, থৌবাঙ তৌই, চৎখী জিপ কাব খোঙনেৎনবগা, হাইগৎখি কোন্নুংদা। তিঙক-তিঙক যেংতুনা লৈহৌই হায়ঙম তোঙমদনা কেন্দ্রগী মীশিংনা, রাহৈ অমত্তসু হায়জবা নঙহৌদে।

নোংঙানবগা হৌরে পান তুকান্দা জরদা একশৌবীশ, একশৌ-সাট, মতপ তরা-কুন পুন্না তপহল্লী। অমগী মথ্বংদা অম্মা লেপ্পা লৈতে শায়বদি খৌবুম থননা যম্মা দানা চাবসি মঙায চোপ-চোপ।

অঙকপনী তাদা মাঙ্গোলজাউগী অহোংবা, অওনবা সাসনগী কুইনা খদাঙ চোকপমখৈ লাউদুনা লাকপনিনা ওনবা ওম্বোক্লা থুগ্রে, ওনবগী এক্সপার্ট হায়বত্ ওইরে। মন্ত্রিগী পার্সনেল সেক্রেটরিগী লেটর হেড নমথোকই প্রেসতা। হৌই ইবা ডি,ও, লেটব মথং মথং। চহী ফাদে পুংলঙ লংই ঈমুং-মনুং। থল্লি থমফম লৈতে কলর টি, ভি, সোফা সেট, স্টিল অলমীরা, রিফ্রিজরেটব, তঙ্কা খুদোপ মাইওইবা পায়বগা চপ হেক মান্নে। থোকউ হায়বদা থোক্লই। থল্লকই পার্সনেল সেক্রেটরি ওইবদা অসি য়োরবদি মন্ত্রি ওইবশিংদি করম তৌবমগনি। মীগী লুহোঙ-খোঙদোংবা, দেব-কর্ম্ম চীথদে। চঙখি মাগুাপ মযায়দা, লুপা তবাচংগী মপুন পুথোকলগা মযাম মমাঙদা ফক্কাইবগা যেনখি অমমম।

হুমীংতাবা ঙাইঙমদে, চান থক্লবা মখল-মথেল, মফৈ মথীক মকন অঙৌবা অংাউবা লীবলী লীকলী অঙাঙবা, অরূবা রাতে অপাম্বদা যংই—চাবা ঙমজদবদনী। সর্গগী লৈবাক্কা হায়বত্ অসুম্না নুংাইবমগদ্রা? তাদা মাঙ্গালজাউদা থকশী খাশি লৈবক্রে, ঙগ-মাগ, তুদকা দাদকা বাজাউ ঙাঙবা হৌবকই। আগষ্ট ১৩ গী অথৌবগী হুমিত্তা অঙাংশিংনা শৈবেং চীনফা পুবগা থীবগুম মতম কুইনা মান্নবা থুন্নাই অমগী ভাসন পীরমবত্ লোইনা কাউখিবগুম তৌবে। কাউজনথীবা মীওইবগী মপোকনি। কেন্দ্রগী অপঙবা প্রজাশিংনদী পেন্নবক্রে তাদা মাঙ্গোলজাউবু। হায়রুবসু ঙমদা চৈকুবশু ঙমদা, তুমিন তুমিন খাঙনখি মখা চীকত্নুনা মহৈ মহৈ। খন্নখি মপুক্লীংদা খঙগনিদো মথংগী মীখলদদী। খবনা তোরখি পার্টিদগী, চংনখি মানা মানা থোকপা। মতম কুইনা কমিউনিষ্টকী থিওবিদা থাজত্নুনা, ঈজমদা ঙাংজবা কাঙবুদি নীংবা কায়নখি।

খঙহৌদে ওনবা থুবা কংলৈপাকনি। কায়বা থুবা সরকারনি। চহী অনী ফাহৌদে সববার কায়খি, লাকখি পি, আব, তারকখি

ব্রজ নোংমংদনা অতিয়াদগী, তাদা মাঙ্গোলজাউগী কোকথক্তা, লাকখিদ্রে য়ানোম্বা লাকখিদ্রে অচা-অথক, লাকখিদ্রে খূদোল-পোৎ, পাইরকখিদ্রে তূমীৎ ফাওবা। ঈতৈমগী সনা শাবা নংদ্রিবৈ, লৌ পবী মঙা তরাদং লৈহৌবা নংদ্রিবৈদা কাযথিবা হে সবকাব নঙসি গুঙ্গোক্না ফত্তেদকো, অমুক্তং ফোংচিনবা য়াববোইদ্রা তাদা মাঙ্গোলজাউগীদমক য়েংবীত্বনা। কুইনা ফংলকতবা সবকাব নঙনা কবিগী অশুক থুনা কাযবিবনো? থৌনা ফবা নোংশাগুম মশোংযম্না লাউবম্বা তাদা মাঙ্গোলজাউদো উচি মৈতৎপা ওইনা মফমদা হনজিনখি।

মতেক মযাম শমজিন্নত্বনা শৌগৎনবগা ঙাক্তুনা শেম্নম্বা চুংশিননবা সবকাব নীংখাযখিবগা লোযননা, মতম অমদা তাদা মাঙ্গোলজাউনা থবাব হকচাং কথোক্তুনা পুখৎচববপা মাগী পার্টি কীন্থরত্বনা তাববা চাইথোকলবা মচেৎ ওইহৌবে। অমুক শমজিন্নত্বনা শেমলুবা যাবগী পান্থে উদ্রবদা, সবকাব অমুক পাযবগী মঙাল তাদা মাঙ্গোলজাউগী য়াখলগী অতিযাদগী মমশিনখ্রে। পূম্নমক লাপ্না চৎখ্রে—থাজবগী য়াংমা লাম্না। অত্থুব্ তাল্লবস্থু চংলো যাদবা ঈঙ্গোকলবস্থু হেন্না নপাল্লিকপা থাঙমদ্রবা অমদি শাগোম্নমা লৈহৌবে—নিশা, নিশাদা তাউবি তাদা মাঙ্গোলজাও। যাওন্নবি নিশাগা পুং ২৪।

সবকাব কাযবদগী পাইথোরকপা রাজনিতি দলগী মচেৎ ওইববা মাঙ্গোলজাউগী থম্মোযস্থু মচেৎ কযা থোক্না কাযহৌবে। মাগী দলনা সবকাব পায়বা ফংজদ্রিবৈদা মচীন্দা মথম্মোয ফাওনা তাইবঙগী অবা-অনা পূম্নমক নাম্বা পোত্থনা থোক্লাউ লাউবম্বত্থ সবকাব পাযবা হেক য়াউকবদগী মচীন ফীবুল নমখ্রেদো। নীংঙমদবা ফাওই—মীযাম্না মাগী য়াঙাঙ তাবগা হৌ-হৌ খূবাক খূনবম্বা ক্লমীংশিংবু নীংশিংলুবগা। নিশাদা তাউববা মতমদা তক্তুনা লাউবি—"ঐগী দলবু থাশিত ওইত্বনা লৈগদ্রা, নোংমা পুর্ণিমা লাক্তুনা সরকাব পায়রকপদা খঙগনিদনা যেংউদো মাঙ্গোলজাউ ঐগী ঈতীক।"

# চাকলেন য়াওবা মীফম

ঐখোয় মৈতৈ মচাগী খ্বায়দগী চেকশিন্নবা অমত্তুং মমল লৈহন-দবসি মতমনি। ঐখোযগী খোদোক-বাথোক পুম্নমক হান্না খোন্নম পয়েংদা থমখিবা মহম্মদা অমত্তা হেক পাঙথোক্কে। ঐখোয়গী থৌ-শাদবা অমত্তুং অশোনবনু ঙাকথোকচনবা ঐখোয়না মৈতৈ পুঙদা হেক্কা তাইমশিল্লি। কনাগুম্বা অমনা হাযনখিবা, লেপ্পখিবা মতমদা য়োবা গুমত্রবস্তু মৈতৈ পুঙনিদনা হায়না নোকখি-নোকখি করেম-কথাইনহুনা ঈশ্বাম হেক লাযনা মরানহু থৈদোকখি।

মৈতৈ পুঙগী খ্বাযদগী মগুণ চাউবিবসি মীতিন অমত্রগা মীফম-শিংদনি। য়াম্না চাউবা ষ্টেটকী ওইবা মীফমদগীদা য়াম্না পীকপা লৈকাযগী থুন্দিম্নবা ফাওবদা মতম চানা অমুক্তা থুংনদে মমৈ থংবা, কোনবা তাম্মৈ। হান্না মতম চানা লাকপা কাংবুনা হাববা চোকথরবা মত্রমদা অথেঙবা কাঙবু লাকনৈ। মীফম হৌরকপগা অমুক চং-লীওবনা মবেঙ-মবেঙ চংলি, মমূংতানা হ্রাফমহু থন্নবা ঙমদে। মবম অসিনা মীফম অমা মীতিন অমা শোযদনা মশীং য়ামহনগে মপুঙ ফাহনগে হায়রবদী অতুগুম্বা মীফমহু চাক থাউমা পাঙথোক্কনৈ। চাকপু থাউরবদি মমহুনা মশীং য়ামলে মপুঙদি ফাবে পুক্কীং চংবা চংদবহুনা তোঙামবনি।

মণিপুর রুরেল ডিভেলপমেণ্ট ইনষ্টিট্যুং এমপ্লোইজ এসোসি-এসনগী অহুমগুবা চহীগী মীফম অমা হৌখিবা চহীদা পাঙথোকখি। মৌমা খ্রিংথংচরকপা ইনষ্টিট্যুট অসিগী থবক তৌবা মীশীং পঙয়াম য়ামদে চামাকুম লৌশ্রদনি। অয়াম্বা ব্রাঞ্চশিং চীংদা মান্দা লৈখিবনা মশীং গুনা লাকপা ঙম্নদে। অহুবু থাগী তলবতগী শেনথায়

মাঙজৌননা ককহৌরগা চাক য়াওনা শীনবা মীফমদদি ৫০/৬০ দি হেক হেক তিল্লি। মমাঙদা অনীরক চহী খুদীংম্মী পাঙথোকখিবা চাক য়াওবী মীফমশিং মীদি মপুং ফাখি। মশীং য়ামখি। অদুবু মীফমশিংদুদি মপুঙ ফাখিদে, মথোঙ মরম খঙদনা অদুম লোইশিনখি মপুঙ ওইনা চেন চোংবা মীওই ৫/৬ না য়ারেপ খরা তাশিল্লগা তোকখি।

হায়রিবা ইনষ্টিট্যুট অসি মণিপুরদা অনৌবা লিংখৎপা ওইনা তৌবনিনা কর্ম্মচারি অয়াম্বা নহা ঈনখৎলকপা, য়ঙ-য়ঙ লাউনা মপান ফগৎলকপা মচীন তুমখৎলকপা ঙাক্তা ওইবনা মী লাই কিদবা মতমনি। ঈশৈ অনৌবা তৌখৎলকপা শৈনৌগুম্বনি। ফুতানি পোকথায়নিংবা, তলব চাবা থবক অহানবা কংনবকপগী মতৌঙ উংনিঙবগী হৌনবী ঐ মঙাযরে হায়না য়াম্না কেঙখৎনবকপা ঙাক্তা ওইবনা চাক যাওবী মীফম য়াউবা লাকপদা হান্ননা মানা মানা পামজবী ব্রাণ্ড শেকমাই, অক্রো, কৈশামথোং, মেঙ্গোর খুল, কৈথুনচিংবগী চাক মহী যাম্না থাজিন্নরকই। মতুনা মহৈ মহৈ পরার ফুদোরুবক্তুনা মীফমশিংতু লমখাঙদা মরী হেক-হেক তৎখি। অতুনা অহুমশুবা চহীগী মীযম য়োরকপদা মেম্বর ১১ না শাবা একজিকিউটিবকী মীফম্না পাঙথোক্কদৌরিবা মীফমসি মতৌ করম্না অতেক-অকায় থোকতবা মপুং ফাবা মীফম অমা ওইহনসিগে হায়না য়াম্না কুপ্পা নৈনরম্মী। একজিকিউটিব কমিটিগী মমুংদা শুপন্নী ঐখোয় মরিখক্তনা চাক যাউদবা মরা তপ্পা মীফম অমা পাঙথোকসি মী লাকপীরবস্তু য়াই লাকপীদ্রবস্তু কৈ হায়না পুখৎলম্মী। অতুবু ওন্থোকপনি হৌজিক্কী ডিমোক্রেসিগী চৎনবীদা মেজোরিতি ফংতুনা মায়পাকলবা মখোয় তরেৎ অতুনা চাক য়াউদ্রগদি মপুং ফাবা ঙমলোই হায়না শিখাঙ খাঙতুনা নমতুনা চাকয়াওবী মীফম তৌবগী অরোইবা য়ারেপ লৌখি। নবেম্বর ৫ নোংমাইজিং মুমিত্তা অমুক্কী

পুঙ নিপান্দগী চাকয়াওবী মীফম ঐখোয়গী মক্কওইবা মেম্বর ওইরিবা তাদ্দা বোকুলগী মমাং শঙ্গোইদা তৌবা তানখি।

ঐখোয়গী এসোসিএসনগী জেনেরেল সেক্রেটরি বিবেন নিংথৌ-জানা ফজনা শিল্লম্মী মীফমদু। থাগী তলবতগী মাংজৌনবা লুপা ১০০/১০০ ককহৌরে। লুপা চামা চঙবা চাক চন্না অমা অচম্বা চাক্কী ওইরোই মগুণ য়াম্না চাউবা চাকনি।

ঙাগী মথেল শাগী মথেল অঙৌবা অভাউবা, মথীক মফৈ মকন মখল মখলনি মবাং কায়না, ভাদা বোকুলগী থংনবা য়ুমদা চাকখুম ওইরম্মী। মীফম যাওগদবা ডেলিগেট মেম্বর খুদিংনা মীফম হোলদা হেক চঙকপদা অহানবমক্কদা মখোয়গী মীযেংফম চাকখুমদা ওই-রম্মী মথেল ময়ামদু উবদা মতিন কুৎ-কুৎ যোৎনরম্মী। অযাম্বনা থল্লম্মী মথেল ময়ামসিগী মগুণ ঙাক্তবদি মুংঙাইরোই।

সোমদনা তাদা বোকুলগী মমাঙ শঙ্গোয়দা ফজনা শেম-শাবদুনা এসোসিএসনগী মীফম মপু ওইবীরিবা এ, কে, মীতৈনা মাগী ফমফম-লাংদা লেংশিনদুনা হৌদোকখ্রে চহীগী মীফমদু। অয়ুক্কী পুঙ নিপান্দা হৌগদবা মীফমদু পুঙ তরা তাশিল্লকলে হৌবদা ঙায়রি। মপুঙ ঈফা-ফাদ মযাঙ ঈকং কংনা লাকনৈ মথঙ-মথঙ, চাক্কী মতম যেংদুনা চাক লোইবম্মনি হায়বা মতমদা চাক চাবা ওইনা, খাযখিবা শেনখায মাঙহল্লিংদবা, মহুৎ হুপ্পিল্লবা। জেনেবেল সেক্রেটরিনা হৌ-খিবা চহীগী বিপোর্ট অমা সভাগী মমাংদা মবিক চুন্না থমখি। পাথোকই এজেন্দা অমসুং অনৌবা লাক্কদৌবা চহীগী পায়খৎকদবা থৌরম পরেং মীয়ামগী অয়াবা লৌনবা অমসুং অনৌবা থৌপুবশিং খন্নবগীদমক। সেক্রেটরিগী রিপোর্ট লোইবকপদদী পুঙ ১১ হেন-জিল্লকলে। নহানমখৈ অয়ুক্কী পুঙ মাপলদা ওফিস কাবা নংনবা চাকঙন চাবগী হৈনবী লৈরবা ডেলিগেটশিংগী পুক্তা মখল কযাগী অন্দোলন কয়া মরোল লোনবা হৌনরকলে। কনাম্বু মীযমদুদা পুক্কীং খিংজিনবা ঙম্মকত্রে।

সেক্রেটরিয়েট রিপোর্ট হেক লোইখিবা মতিনাম শোইবনা য়ানা থরায় য়াউনা মাগী নৈনয়াকম পীবা হৌরকই। "ঐখোয়গী তহীগী থবক থঙনা চাউমজি, মাইয়িমখে থরা হংনবা শিনসি। কর্মচারিশিংগী খুদোংচাবা ময়াম অমা থংদনা লৈখিবা মেনেজমেন্দা পীবীনবা তক্‌-শিনবগী রাফম কয়ামা পুথরকই" ফজে ময়াম খুধাক প্রোক-প্রোক খুনৈ, খুদোংচাবা লৌনবা তৌসি হায়বদা। মশাগী খুদোংচাবা, কান্নবা পামদবা মীবু লৈরমগ্রা মালেমসিদা? অতুবু ফনা ফজবা লুংশাইবা য়াহৈ য়াতা শিজিন্নহনা ভাণ্ডবগীশু মাগী য়া ভাণ্ডবা লোই-থ্রিঙেদগী মনীংদা ফম্বা ভেলিগেত অযান্বা। ভূমীন-তূমীন, অমা নান-থোকথি অনী চংথি ঈভাক ভাকথি থুম্তাক লাপ্তিত্ মভায়। মমাঙদা ফমলুবা হৌগাংপা ঈকায়বা থবদা ভাইহৌবে।

মরক মবক্তা মীফম মপূ এ, কে, মীতৈনা হেক হেক হাযজৈ মীয়ামদা, মখোয়দৌ থীংপমথে,

—অথাম অমুক্তা লাঙবীগনু, মপান থোকপীগনু পুকনীং চংনা অমুক্তা তাবীথু প্লিজ-প্লিজ-প্লিজ।

অতুবু কান্নবা লৈতে যনা য়াম্না হায়জববস্থু, লাউজরবগু, হয়িং-খোই মকোনগা চপ মান্নবে ভবঙ-ভবঙ অমা থোকথি অনী চঙঙকই তূবোই ভামলোই হৌবকলে থেঙজিল-থেঙজিল্লগা। অসুম্না মরু-ওইবা রাবেপ্তী অমত্তা লৌথ্রিঙৈনা লাঙবা হৌনবকলে মহৌশাগুম। অমনা ভাঙবা অমনা ত্যদে, অনী ওনশিন্নৈ, অহুম পুন্সীন্নৈ জুজা-জুজা। খবনা রাচোপ রাকায ভাঙবা হৌরকই।

থৌপুবা একজিকিউটিব কাঙবুগী মরক্তসু ওনশিন্নরগা শাউগৎ-নবকই ঐনা হায়থি—

—ঐখোযনা নহাম্না চাক য়াউহুসি হান্নবা হায়বদা নখোয়না য়াখিদবত্ হৌজিক্তি করি থোক্রে? নখোয় অমুক্তা থান্দুদনা। মহৈ মহৈ মবান শীনরকই শাউনীংমনজনা খাঙবা তথত্রু হুনা

ঐখোয়া হোৎচৎনরগা অহোবা থোক্লেম্না লাউখি—"অতুংদদি ঐগী পুন্সীদা চাক য়াউবা মীকপ অমুক হন্না য়াওরোই হৈপা-হৈবু লোয়োক্তানি হে শত্রু।" মরাক্সিদগী মচৌহুন্না খাত্তবা উমথহনা ময়ামগী মরক্তগী খর অহল ওইরবা তৌবা অয়েমা মধুমঙ্গলসু য়োইহনি য়াইহনি অমত্তা হায়রমদনা মুক হৌগৎলগা মতাদগী মপান থোকখি। ময়ামনা খাম্বা য়াদনা চাকলেন অত্তু ফংবীরমদনা অহুম চেনখ্রে মমুমদা।

ময়ামত্তু লাক্কবা য়াররোই খঙলদুনা জেনেরেল সেক্রেটরি বিরেন সিংখোজানা লাউথোকলকই ময়ামদা,

—মখা এজেণ্ডাগী চাক চাবা লোইরগা খররসি, ময়াম চাক চাকমদা লেংশিনবীনবা তৌবীয়ো।

ময়ামত্তু খুবাক খুবগী অরোইবা নাইথিদে—পত্রাক-পত্রাক, মহৈ মহৈ তুরোয়-ভামলোয় চঙনবা হৌরকই শৌন-শৌনদুনা খরা অমদি হৌগৎপা ফাওবা ঙমদবগী থাক যৌবমলে অনাবা ফল-ফজনা হেঞ্জিল্লম্মে, খবা ওল্লিঙৈদা হেনজিন্না পায়শিল্লুরমানে। অত্তবু ওকপা নাইদে নহা ঈনখৎলকপা পাক্কলবা ঙাক্তনিনা, হোৎনরকই উৎমবা ঐ মভাম্নরে কনবা। মাগী মাগী কুরিংখাউদগী অচেম্বা লীল্লী মচা-মচা শত্তোক্লরকখি, অহেনবা তাম্নে মহৈ মহৈ চাকলুক্তা ফম্না ফম্না নাপলগা লোইননা। লাম্নে—'চিযাবশ' চাকলুক মনাক্তা ফমথন-রসা ফাওবদা লাঙবা তোক্লদে। মহৈ মহৈ অশিংবা, অফাওবা অকনবা শানরকই। খরা ফম চাউবা ওফিসার থোইবনা করেম কথাযনত্তুনা সব-ষ্টাফ ইভোমচাদা ফাগী ভৌরকই,

—ঈনাও। চাশিল্লু। নহুক্তু পেয়বা চাও। সিগুম্বা অহাওবসি নমুমদা অমুক্তা চাবা ফংবপোৎ নত্তে।

য়াহৈত্তু তাবদা নিশানা মপুং ফারবা ইভোমচাগী মফমদদি য়ান্না ফত্তনা খনখি। মঙোন্দা উশিত্তবনি হায়বগী য়াখন্দা মৈ হোনা শাউখি।

—তামো ঐস্ন মীনি, মূপানি, মুম অমগী মপূনি অহৎলবা উপীৎ-থওইদবা য়াতু ময়াম মমাঙদা তাকপীগনু।

—ঈনাও চুম্না মুম ফাগি তৌনবগী য়ানি। অহৎগী শাউরিবরো?

—তামোনা ঐবু য়ুমগী নুপী অতাঙদোনা ফাগি তৌবা য়াত্রা?

অসুম্না থজিক-থজিক ঙাংনরম্বদগী চাম্না শাউগৎনরক্লুনা ময়াম্না খাম্বা য়াদনা চাকলুক ময়ায়দা মখোয় অনী হৌগৎনরক্লুনা ইম্নবা চিংনবা হৌরকই। ময়ামতু অহানবদদি থাম্নবম্বদগী মহৈ মহৈ মাগী মাগী মীচঙ চঙনরক্লুনা, নাকপাক নাকপাক তানহুনা খুৎ খোক্লবা হৌরকখি। ড্রাইভর মনিবোতোন ফমফমদগী ঙমবোই ঙমদবোই হৌগৎলকই। থোইবনা চেনখোরকপদা খেংজিন্দুনা শঙ্গোয়গী দাডিদা উপথুননা তুশিনখি। যামাঙগী য়া অনী তেক্লুনা ঈনা পূমঙাঙ ঙাঙই। ঐখোয় অনী অহুম্না গাডীদা হাপকত্তুনা হোসপিতালদা পুখি।

শেল য়াম্না চঙনা ফজনা শীনখিবা চাকলেন য়াওবা মীফম য়ারেপ অমত্তা লৌদনা চাক ফাওবা চাদনা লোইশিনখি।

মতুংদা চাকলেন য়াওবা মীফম অমূক তৌখিদ্রে।

# মিনাগী অরোইবা য়াহীপ

ঈচাশিংগী লৈকমনি মীগী মথুম ভাগ্নাদা, ঈস্কালনি। ঐহাকসু ঈস্কালদা অকবা থবক খবা শৈবদগী অবাপ্পা ঐগী থুঙ্গভন্থু থাদোক-লমন্থুনা ঈচাশিংগী মনাক্তা লৈথোকই য়ুমদা হল্লুদ্বা মুমীৎ ভরানিমুক হেনজিল্লকলে। ভরাংদি ঈচানুপী য়াইমন্থু মমান্নবী ককচীংদগী অমগা লোইননা নোংমাইজিং ওইবন্থুদা য়ুমদা চেঙ-চাক লৌবা চৎলুই। অযুক্তা ওফিস চৎলমদাইগী চাক থাথু হাথু চাই। চাক চানা চানা ঈচানুপীন্থুনা হায়রকই,

—বাবা নঙ সুবাসকী মনাউ ইভোচা শিবন্থু তাররব্রা ?

—তাদেনা কৈদৌবৈ শিল্লিবা মাদি অন্থুক নহা ওইনা ?

—খঙদে মতোমদা শিন্থুনা লৈরম্মী হায নাসু নাদনা।

—শিগে শিশনুদা নম্বর ফোর চাবন্থুবু।

নহাগু ওইবিবা চহী ৩০ ফাঙবা যৌদ্রিবা, মচা ২ গা মাগী নুপী গা হুন্দোক্লমলগা শিখিবন্থুদি থোইদোক্লা থোশাকদে, মবমচৎননি। ঐহাক চাকতোকপগী চীন তেংনবা ঈশিং য়াদা উম্মগা হোৗগৎলি মথোয় অনী ভাঙনখি—"বাবাদা ভরাঙগীন্থু হায়য়ু।" মথোয় নোক-মিননখি, ঈচানুপীনা অমুক হায়রকই,

—বাবা ঐখোযগী মিনান্থু লৈরমমে।

ঐহাক ঈশিংন্থু উমশিল্লুববনীনা মপান্দা থোকলকই। পাউন্থু তাবদা ভকপগা লোইননা হুভাইখি। মীৎকুপ্পুদা ঐগী কোক্তা মথঙ-মথঙ খল্লি—"মাদি নহানথৈ অসুক কুইববসি কদায়দা লৈরমগনি।" থা অমা হেন্তিল্লকলবনি মানা য়ুমদা হনজিল্লক্কবা। ঐনা হুভিগী চাক চারমদাই খুদিংগী হংখিবনি—মিনাদি কদায়দা লৈব্রে ? ঐহাকপু

ঈমুংগী মীশিংনা অঙাওবা শীখিবনি। ঐনা মপান্দগী হৌজিল্লক্লগা হংখি হয়াউ হয়্যাট—

—মাদি কনাগীদা লৈরম্বী, কনানা ফাবীরম্বী ?

মখোয়দি ঐগী ঈতৌহূদা নোক্লুনা লৈরম্মী মরমদি মখোয়না খওজী ঐনা মিনাবু অহৎকী মক্তিক লুনা-চান্না তৌই। ওহাক নোক-লুরগা হায়রকই,

—"থৌরী য়ানহুনা শিন্নগ্রে" মখোয়দি ইশি শিনা নোকমিন্নখি।

ঐগী কোক্তা অকনবা চৈক্তু অমনা ফুথরকপগুম তৌই কন্নি-গীনো মানা থৌরী য়ানহুনা শিন্নিবা খল্লুরগা অমুক হংখি—

—হায়মা। কদায়দনো ?

—অয়াংলোম থংবা ওাঙোমগা তাইনবা চেকপন্দা হৌবা যোংচাক পাম্বীহুখী মশাদা।

মীৎকুপ্তা ঐগী মীৎ পুন্থম মমথি মশেন-মবাং তুন্দন মযাম পাইবগুম উখি। কন্নিগীনো মানা থৌরী য়ানহুনা আত্মাঘাত তৌ-হুনা শিজন্নিবা কবি মনীং খুংদবা, কন্নি মুংগাইতবা লৈবগীনো ? কনানা মঙোন্দা কন্নি হায়রুবগীনো ? থংনবা মীৎকুপ্তা অমুক খল্লকই—মহাক মতোমতা আত্মাঘাদ তৌবা ওইরোই মহাকী অরা অনা কন্নিগু লৈতে ঐনা মুন্না খঙই। শোয়দমকী মীনা ফাবীরগা থৌরী য়ানশিনবীবা ওইরমগনি। মহাক্না মীগী কন্নি অক্লায়বা তৌকবগী অগুক লুম্না, শিবগী দশ্তি শীবীখিবা।

ঐগী মিনাসি ঐগী ঈপোৎনি হায়হুনা থাগৎপা নত্তে। মহাক-ক্লুনা মশক ফজবা তোয়না য়াওদে। লশিং মফোলগুম চৌরবহৃদা ওাংলি ওাংলিবা মহুনা লাংবনি, মচু ওয়্যোক্তা ফজগ্রে। অদুবা মীপুম্ন খুদিংমক্লা হায়—মিনাসিদি মশক ফজগ্রেদ্রা, অয়াকপা মী খুদিংনা অঙাং খুদিংনা মঙোন্দা অমুক্তুং মথুৎনা নানবীরমদবা য়াউদ্রবনি। মহাক মপুক য়াম্না তম্বী, ঐগী কাইবিক ইকম অমত্তুং মিয়োইগী

লাইবিক ওইরাইফমদা মহাক্না শরাক শান্নহনা নত্রগনা কুনহনা অয়াম্বা মতমদা লৈ। চাখুমদা মচেশিংনা চাক লোইরহনা থিদোক-পা হেক উরুবগা ঐগী ঈনাক্তা হয়াউনা চেল্লক্তুনা চাক্তাকপা লাকই। মচীন্না ফোংদোকপা ঙমদবগী রাদনি। হেক চক্রিফাওবা শঙহনা লৈগনি। চাকলুক্তা হেক ফমথবগা ঙাইঙমদে, মকোক্না খুৎযেংকী খুনীংদা গোং-গোং রাইবা হৌবকই। হুমিৎ খুদিংগী ঙা ভোৎপীহনা পীজে মহাক্না কযাদা থরায তানা চাজখিবা।

ঐনা মিনাবু পীশক পীক্লিডৈদগী মাগী মশক হেক উরুবদগী হুংশিমনথহনা অরাংলোমগী মামা ভোম্মেদগী কন্না হায়নজরগা পুজ-বকখিবনি। ঐনা মিনাবু পুরকপদা মচেশিং অমস্তুং মমানদি যান্না শাউখি মবমদি ঈমুংদা মথী ফাযজিনগনি, ঙা হূবানহনা চাথোকখিনি হাযনা পাখৎপদগীনি। ঐনা হুমীৎ খুদিংগী ওফিসতগী হল্লক্লগা নুমিদাং খুদিংগী মানা মাংশিল্লম্বা অমাংবশিংহু ইরন্নাই থবক ওইনা শেংদোকচৈ। মমাগা নৌনা শেংনবকপা মৈচাক কোক্লবগী মরুওইবা মীশক্তি লিম্থোইঙম্বীনা ওইখি। লিম্থোইঙম্বীনা মিনাবু ঙহাক্তা থাদোকখিদে মথোয় অনীগী অবা-নুংঙাইগী পুন্সী তৎন-থানবা লৈখি-দে। অসুন্না মিনা অপোকপী মমা কাযনবগী মৈচাক নোংম-নোংমগী খবা খবা কাউখিহনা হুম হুম চাউবক্তুনা মপুঙ-মবৈ ফারবা মিনা গুইবে।

মিনা, লিম্থোই অমস্তুং বোয়গী নুংঙাইববা রারী অমস্তু লৈরি। ঐগী ঈমুংদা ঈচন নুপীনা পোকপী চহী ৪/৫ দা ঙাইবীবী ঈমৌনুপী লিম্থোইঙম্বী ঐখোযনা যোকই। মহাক মানা মপাগী মনাক্তা চৎলু হায়বা যাদে। মনেহনবীনা গুম্থোক্না লুনা তৌজে। ঐনা যান্না হুংশিজবা বোয় অমস্তু লৈরি। ঐগী বোয়সু পীশক পীকনা ঐনা অতোপ্পা লৈকায় অমদগী ঈশানা পান্না ময়াম মবক্তুগী থনজরকপনি। মহাকপু কা হেন্না লুনা তৌরুবগী মবম লৈ। মবমদি ঐগী লৈখিদ্রবা

ঈচানূপা অতোনবা শ্যাম্লা মাবু য়াম্না লুনা তৌরম্মী। মানা নাহুনা লৈরিদৈ, তৌরাং ফক্তা য়াতাবিঙেদা বোযগা শুকথা-থাদোক্লখিদে, মবান্নী তুম্মিন্নখি, চেনম্মিন্নখি, শান্নমিন্নখি। অহুনা লৈখিদ্রবা ঈচা-হুমক ওইনা খল্লি হৌজিকস্থ বোযবু। মশাখিস্তুং মুংঙাইবক্রুবদা লোক খুরকপদা, মহীক্না হাকচহুনা মতু কোক্লকপদা ঐনা প।থংতুনা হীদাক লৈ, পীজে, সাবোন তেংমাসোল লৈহুনা শেঙনা শেঙনা ঈরুজথোকপি। মহাকপু নোংমতা লৈবাক্তা চাক পীজদে স্টিলগী পুখমদদা পীজবনি।

মথোয় অহুমগী কুম্মৈদি নোংঙানবগা হৌরে। মথোযগী কুম্মৈ য়েংনিংমনবদগী মুমিং থুদিংগী অযুক্তা অরাংগী কৈথেন্দা সংকরগী হোতেলদগী লূপা ২/২ গী হালব্রা লৈকই। মথোয অহুম পুন্না পুন্না চামিল্লবহুনি খ্বাইদগী মুংঙাইজরিবসি। ঐনা কৈথেন্দগী হল্লকপদা থোঙ্গাল য়ৌবকপদগী হৌবে, বোযনা জগোই শাবা, মহাক্না হরাউ-মনখিহুনা শুমাং, যেনথা-যেংথুন থুংনা কোইচেন হেক চেল্লি অহুগা মমৈহু ফেং-ফেং হাযরগা মচীন্দা মবৈনা লেকলগা মমীতুনা মুংশিনা কিরুপ-কিরুপ য়েংবা হৌবকখি। থম্মোযমুংগী রাহুদি ফোংদোকপা ঙমদবগী রাতনি। "লিম্হোইনা যেম্হোকই চেজেং অহুমদা বোয নঙগী সি, মিনা নঙগীনা সি।" ম খায় অহুম পুন্না ফম্মিন্নে মাগী মাগী শকক চানৈ। বোযনা মাগী শকক্তু থুনা চাথোল্লগা, মীগীদা মিতা-হুনা মতিন ওবোরো চেনথৈ। লিম্হোইনা চৈরকই "বোয নঙ মুংশিদে থুনা চাথোকই" হাযবগা মাগী শকক্তগী খব অমুক বোযগী ময়াদা ইনশিল্লী মসিস্থ অঙকপা মাযাগী সংসার অমনি। মসিদগী হেন্না মুংশিবা, হেন্না মুংঙাইবা কুম্মৈ অমা অমুক লৈরমখিদ্রা? ঐদি থাজদ্রে। মসিদনি ঐনা য়েংনিংখিবা।

ঐনা ওফিস চংলমদাই খুদিংগী অমস্থং য়ুমদা হজিল্লকপা খুদিংগী ঐগী মাংদা মানা থক্তুনা কাতু-কারন চংলি খোঙদা য়াম্না পল্লি।

ঐনা হেক হেক লাউত্তুনা চৈবী—“নুংঙাইখিদ্রেদা মিনা। ওম্থোক্লা খোঙলোৎখ্রেদা, নেংখাযত্তুনা তোকঅরনি।” চৈরে খঙবদা হবাউ-হবাউনা চেনথোকখ্রগা যেংত্তুনা লৈ। মচেশিং অমসুং মমাগী চাক চাফমদা চঙভূববদি লবাই লেমফুদা খুত্তুমনা শুবিরকই। হৌত্তুনা চোম্থাকই ফুট ২/৩, অত্তুগা মমাযত্তু অমুক ৎনেশিল্লগা ফমথবগা কিনা যেংজবগা মযা লাৎনো কাখত্তুনা কপখি। ঐনা শাউনিংত্তুনা চৈখি—

—কবিগী মিনাদা ফুবিনো? ফুবীবগী মহুত্তা চাক পীজবা যাদ্রা?

—নুংশিদে কৈশু, মাদি ঙাবী চাথোক্লম্মী, শঙ্গোম থম্বত্তুসু ঈনথুবম্মী।

—নখোযনা চেকশিন্নদি থমজদ্রগা।

—কনানা ঙমগনি মাবু সুম শেন্নবদি?

—চেকশিন্নদা থম্মু, কৈশু তৌবোই নখোযবু পাবা তম্বীবনি।

অসুম্না মতমচুপ্পদা ঐনা মিনাগী মীচঙদদা লেপখি।

মিনা ঙসিদি ঐখোযগী ঈবক্তা লৈত্রে। মাগী অবোইবা যাহীপ তানপ্রে, মফম খঙংগোদনা কনাদসু তাকলমদনা। লিম্থোইঙম্বীগা বোযগনা অযুক্কী চবা বানবা যাৎবখিদ্রে, অমুক হন্না যাওবা লাকল-বোই। বাবাগী ৎখাঙদসু যেৎলবোই। বাবাদা চাকসু তাক্লববোই। মখোয অহুমগী নুংঙাইববা কূম্নৈসু অমুক উবা ফঙঙবোই বাবানা।

কবিগীদমক মিনাবু মিনুংশি যাওদনা হাৎতোকপিখি? মবমদি মহাক শা ওইনা পোকচববসু মহাক মী মবক্তা লৈবদগী মাগী শাগী শাবমচৎ, শাগী মগুনত্তু মাঙখিত্তুনা মশাদা মিনুংশি অমসুং মীবু থাজবা থমখিবত্তুননি। মহাক্কী শা ওইবগী মগুণ শাবমচত্তু লেঙদনা লৈবমলবদি মশাবু মিনুংশি যাউদ্রবা মী মবক্তা শা ওল্লবশিংগী মযমদগী ঙাকথোকচনবা হোৎনবমগদবনি।

# তম্পাকৌদে

অযুক্কী পুং তবেং তাবক্কদৌরে। ঈমানা অরাংলোমদা মরুপকী শেল থিল্লুনি হায়বগুম চৎথোকখি। সখিতোম্বীনা চাকখূমদা চাকঙনগী থবক চিল্লী। অঙাংশিংস্তু লাইরিক তম্বা চৎনখি। ঙাইহাক্কী পূমচীক চীকপোই নীংই। ঐহাক লম-তু শেংদোকপা লোইবগা খোঙ-খূৎ হামদোকলি। উচেক যারাগী মখোল নত্তনা অতৈ তাদবগুম তৌই। কাক অমনস্তু ঙাইহাক্কী মমাঙদা য়াক্লা-য়াক্লা খোংখি। পুক্নীংসি মবাঙ-মরাঙঙী।

পাবুং একাগাডী অমা তোংহ্নুনা হল্লকই। অয়ুক অঙনবদা বামোন লৈকাযদা লৈবা মামো মাধোপ শর্ম্মাগীদা লম মচেং অমগী রাবী শান্নরুগনি হায়না চৎলুবনি। কারস্তু লৈবিবনি অঙাংশিং থিলহনগে হায়বস্তু য়াদে মখোয অহনশিংগী হৌনবী। গাডীতু শঙ্গোযদা ঈনখৎলি। মাঙ্গোলদা ফমেনগী ফক্তা ফমথৈ। শ্বব শাংনা হোন্দোকই মায়থোঙতু হায়নীংঙাই লৈতনা মকশিল্লী। পুর্ণীমা থাজবু রাহুনা উমশিন্দুনা গ্রহন লাকপগুম্লি। লাইবক্তা হুমাং মবিক-মবিক কায়। মৈখেৎ থেত্তুনা চূৎপ অমা চমখৎলি। পেন্না চিংশিল্লগা শাংনা কামথোকই। মমীস্তি সুন্দ্রংদা য়েংই। মমাযদি ঈথুই খুইরে, হৈবী অমূনবা কংশিল্লকপসি মঙায়।

ঐগী পুক্নীং পোথাক্কম খঙদে। মামোগা পাবুংগা করম্বা রাহৈ কাবন ঙাঙনবকপা। তপ্পা চঙশিল্লগা ফাল থারিবতুদা ফমথরগা খঙনিঙনা হংলুই,

—পাবুং। করি হায়নবক্লবগে মামোগা।

—ইংখোলগী রাফমদি কবিস্তু য়েংনমনিংঙাই লৈত্তেদা। নঙ

মাদোমানবু হেক্কা লেপ্পদোক্লীংলক্কনি। নমাম্মা ঐগী অহল ওইশিল্লক-পসিদা। অতুদা ... .. মখা তাব্রকখিদ্রে ঙাক্না বা ঙাঙগে তৌবদা ঈশিংনা পল্লি হায়নবক্সম। মথুংনা মন্নাইবক্তগী হুমাংহু তৈথোকলমা তুমিন্না লৈথোকখি। ঐনা খঙনিঙনা,

—অহুদা করি তৌরদা ?

—য়াম্না লুরবা রাক্কম অমা লৈরেনে ! ওখোকপা হায়বহুনি চেন্দবা য়ারোইদৌরি।

মমায়হু নোঙখি লৈমায়দা। চুরাহু চিংলগা অমুক তুমিন্না লৈথোকখি। পাবুঙগী থদোক্নদা অন্নাবা, খাঙুমদবা চৈনা অমদি লোংলি হায়বা খঙই লেপ-থুমগী ওইরিত্রা, খঙনীংবনা অমুকহু ঙাইঙম্মদনা হংজিল্লুই ;

—কবিনোনে লুবিত্থাবা পাবুং, মরোলদি হায়দোক্কনা ?

—নঙনদি ঈরায় লাযনা হাযব্রিবা, রাক্কসি অরায়বা রাদি নত্রেনে।

—হায়দোকলগা তানব্ররদি ফৈদনা পাবুং !

মমীত্তি য়েংথংলকতে। হায়রথরকই,

—নঙ-মাম্নোথোয়গী লৈকায়দা লৈবা সনায়াইমগী মচানুপাদুনা নুপীমচা অমা পুহুনা লাকলে, ঈবো।

—কবিনোনে পাকুং। মীগী মচা-মমৌ লাকলমা পাবুংনা অহুক য়ারিহুবো ?

—হৌজিকপু নুপী মমুম ওইবা তারিনে।

রাক্কম অম্রিদং হায়রমগা অমুকহু মমায়হু ন.কথখি। চিংনবনা লাংতক্কে। থবাক্কী মীহুন বক্কং বক্কং হৌরকুই। কিজবনসু ঙক্কই। মম্বকরগা অমুক্কা হথখি,

—পাবুংনা ড্রাকপীবিরিবহুবু, নুপী মচাহু মমা মপা লৈত্রবা, মম্মী হন্না য়েংবদা কনামম্ভা লৈজন্নবা জাংলা ?

হন্দক্তী পাবুং খাঙবা ঙম্মক্রুমাল্লে। থম্মোয়মুংদগী, মৈগী চীং পোকখায়রকপদৌনা শাউরম্না লাউরকই ,

—লৈজবতুননিনে, নুপী ময়ুম ওইগদৌবিবশে। নুপী মচাতু অা · করি হায়-যে চীংদগীনি হায়, মাও মনাক্তা লৈবা তত্তুবী হায়রব্রা কৈনো অতুদগী ওইবমাল্লে। অতুগীনিনে।

শ্বাই লাউই , কোকচাউবী কায়, লল্লাই-লুতোনগী শম পুম্নমক চপ যুংখৎখ্রবোই নীংই। খুৎনা মাতুনা য়েংই, তপ্না নাপ্লে। ঈশা পুম্নমক হুমাং অনপ্পীনা পুঙলুপ লুপ্পী। চাউরবা মালঙগী ঈপাক অমদা ঈবোইবা হৈতত্তুনা ঈরাক্লবগা চপ মাম্নখি। মুংশিৎ-মুংশা পুম্নমক চপ লেপগ্রাবাই নীংই। অতীয়াদা হাযাযক্তং যেংথোক্লু বদসু কোরৌহনবনা ঈকাযতুনা কীকক খুমতুনা লৈচিনগী মরুমদা লৈশিনখি। খঙদবা শাতুনা হংজখি—

—কমদৌননো পাবুং ?

পাবুংদো হৌজিক্তি লোৎপা য়াররোই হায়বা খঙলবতুদদি অমুক্তা হেন্না মৈচাক ফুদোক্তুনা লাউরকই,

—খঙঙবোই হৌজিক, তুমদবা মী হৌদোকপা য়াম্না লুবনি। নঙনা ফনা যান্না লোত্তুনসু হৌজিক্তি য়াররোই। মরী মখোঙ শোইনা শীৎ নান্না খঙনবপোৎনি, মমাঙঙৈদা নঙগী মরুপ নোদিয়ানা লোন্না হায়রমলবনি।

অসি হায়রগা মৈখেৎ খেক্কত্তুনা চুরুপ অমা অমুক চমখৎখি। ঐহাক মঙলাক্লবদৌনা মঙলান্দা ঙাইহাক তাউক্লরগা, নোংথাঙগী মতৌগুম চহী কুনগী মমাংগী য়ারীতু থংনীঙ-নীংশিংলকখি।

সেবিকলচবগী ইন্সপেক্টর ওইনা পোষ্টিং চংখি। পুম্সীদা যৌবনগী ময়াই কাববা মতমনি। ঈমফালদগী অরাংলোমদা থেক্লা খোয়না অসুম কাথৎপ্রগা অরাংবা চীংদোন্দা লৈবা মণিপুরগী অরোইবা ঙমখৈ, হন্না-মুংশীং ফজপ্রবা, ঈংপ্রবা প্রকৃতিগী ফজবা

শূম্মমক্সা লৈভেংবা তাহুবীদা। অহানবা থুংবদদি মঙলানগুম্নবস্মু, মতম খরদংগী মন্নুংদা খ্বাইদগী ন্নুংঙাইরবা মক্কম অমা ওইখি। হেম্না ন্নুংঙাইবগী মচাক ওইখিবদি, থংম্মাযগী লৈকোন্দা লৈশাং তমখিবী মেরিনানি। মতমহুদা মেরিনাগী মফমদা তম্নম্বা ন্নুংশি খুদোলহু ঙসিদি মপুং-মরৈ ফারবী লৈশাবী অমা ওইরমগনি।

মতম অম্মুক শাংলবসি মহাকপু অমুক্তা উনবা ফংখিদ্রে। কবম তৌবমগবা। কুইনা উবক্ত্রবদা মবক মবক্তা নীংশিংলকপদা উনিংবনা লাংতক্লহুনা চংলুসিবা হেক খল্লকপা খুদিংগী কবিনো অমনা খাম্বদৌনা তৌখি। মা ঐদি খুনাইগী চংনবীগী পন অমগী রাংমদা লেপ্লি। পল্লোনশিং অসি লাম্হোকপা ঙমখিদবদগী ঐনা মহাকপু মবাল অমগুা লৈতনা হুন্দোকপিবম্বনি। ঙসিদা অমুক নৌহৌনা নিংশীংলকই।

*          *          *

"সাব ঐহাক অবোইবা ওইনা নহাক্কী শক্তম্মু অমুক্তং পেন্না যেংজনিংখিবনি কাযনবা ন্নুমীত্তুদম্মু নহাক অমুক লাকখিনি তাকপী-বহুদা যেংজহৌদে। হৌজিক্কী ঐগী শক নঙগী নফমদা উৎলুবগা নঙগী অকায়বা থোকহনবা য়াই কিজবদগী ঈহুৎশিনহুনা চেজেং অসি পীজরি। নঙবু ঐগী পুন্সীগী ওইবা ফংলোই হাযবা মুম্না খঙজে অহুবু ঈরাইবক্লদি থীবনা কখোকখিবনি পুন্সী নফমদা। নঙোন্দা কখোকগ্রবা পুন্সীসি মাঙজগ্রবস্মু য়ারে। অহুবু লাইবক থীবিগী ঈফমদা তম্বীরম্বা নহাক্কী ন্নুংশি খুদোল অসিখক্তদি করিগুম্বা নীং-শিংবীরকপা মতমদা য়েংবীবকউ"

*          *          *

মসিনা মহাক্কী চমজববা অরোইবা চিথীনি। চিথীসি ঐহাক্না কযাবক হন্না পাখি। পেনখিদে পাবগী। মবক-মরক্তা ফুম্বংনখি থবক শুকম-চংকম খঙখিদে। নোংমদি চিথী পাবা লোইফাক্ত্রি-ঙৈদা শখিভোম্বী চঙলকপনা হানখিহুনা ঈবাম্নী চিথীহু মুম্নখি।

ঐনা ঙমল্লনা মুরখি। শখিত্তোমী রাস্ত-রাম্ব নোকখি। ঐহাক কয়াদা ঈকায়খি। উরৈ-পারৈ খুমখি।

* * *

"সার ঐহাক নহাকপু য়ান্না ঙংশি। অতুবু নখোয় তমগী নুপাশিংনা ঐখোয় চীংগী নুপীশিংবু মতম থন্না লৌবীরগা হেক্কা হৃন্দোক্লম্মী। অতুনা ঐসু নঙবু থাজদে।"

* * *

মহাক্কী খোইরপ ভৌবা রাহৈশিং তবারবা চীবান্দগী তোয়না তোয়না পনখিবা রাকমনি। কাউবা থঙ ঙমদে। অতুম ওইনমক মহাক্কী তঙাং-তঙাংলবা কুচু, তবারবা চীনবান, কোয়রাওনবা মীত্তা, মোমোন নোকপা মীনোকনা ঐহাক্কী থম্মোয়বু শুমহংখি। খিংবা ঙমখিদে ঐহাক্কী লমহেল্লবা যৌবোনগী মায়াবু। হৃত্তনা হোৎনখি ঐহাকনা খুতুম চনশিন্নবা মেরিনাবু।

লেমখি মতম কয়া ঐহাক মহাক্কা লোইননা, হোত্তেলদা, ঈশিং খোংদা, লৌবুক্তা, চীংমায়দা, উখোঙ-রাখোংদা। মহাকনা কয়াদা হৃরাউজখি ঐপা চৎখিন্নজরগা লেরজঙিংখি মমায়বীশিংগী মমাঙদা। পুন্সী তশেংবা সর্গগী লৈকোলগুম্না থনখি। ঐ ব্রাহ্মন অমনি, সমাজগী অবাংবা থাক্কী ঈকায় খুম্নরিবা মীওইনি হায়বা কাউথোকখি। অমুম্না হৌখিবা খঙহৌদে চৎী অমী। মতমতুদদি ঐহাক মেরিনাবু পুন্সীগী থক পাদোকপা ঙম্মবোই থনখিবনি। ঐহাক য়ুমদা তোয়না খোকখিদে। মরূপ নোদিয়াদা শেল হেক হেক থাই, য়ুমগীদমক। ঐগা মেরিনাগা লৈনবিবা মরীতু মরূপ নোদিয়ানা শিং-নাম্না তমখোকলুবদগী পাবুংথোয়না খঙলক্লুনা ঐবু মকুমতুদগী লৌথোকনবা কম্না হোৎনখিবনি।

হৃমিদাংবাইরম্মী, ওফিস লোইরকপদা পার্কিংগী হোত্তেলদা মহাম পুম্না চা থক্কমিন্নৈ। ক্লাব-জোগায় তৌনজুম্না রাশ্বা নোক্কি।

থেক্লা খোয়না চীংচেপ্তা ভাংজ-লিনগী মতৌগুম্নবা সোরোক্তুন্দা ঈমফালদগী বস অমা অরাপ্পদগী নেং-নেং ঙংদুনা তপ্না নুংশিববা মখোলগা লোযননা হাইগৎলক্কপা উরম্মী। অবাপ্পদা পোপ্তিং ভাবা ক্বাংবুনা ঈমফালদগী লাকপা বসপু খোৌরাংনা ঙাইবা, ঈমফাললোমদা থোকখিবা বসপু নীংঙমদনা লাপ্পা যেংহৌবা মহৌশানি। ঐখোয়সু করি অনৌবা পাউ, অচা-অথক, কনা-কনা যাউবক্কদগে ঙাইনবি। তপ্না-তপ্না যৌশিল্লকই। মথুক্তা বেগ অমা পায়বপা নোদিযা কুমথবকই। ময়াম মমাঙদা চেখাউ অমা ঐঙোন্দা পীরকই। হাংদোক্তুনা পারুই— প্রোমোসনগা বোন্নবা ট্রান্সফর, এসিষ্টেন্ট ডাইরেক্তর , থবক মফম্না চীংমৈবোঙ। ময়াম কংগ্রেচুলেসনগী খুৎ তিংথোক্লববখি। ঐ খুৎ তিংথোক্নীংখিদে, মাযথে ঙ লাংশিনখি। মেবিনাগী রাখলনা ওৎপা হৌবকখি। ময়াম কাযনখি।

থাফমসি মেরিনাগী মফমদা কবম্না তমলুগনি। কোবৌহনবসু নোংচুপ থৎবা চীংশাংগী মফমদা চেপথ-চেপথ যেংলম্নগা তপ্না তপ্না হাইথখি। যুমদা যোকপা শা উচেক পূন্নমক থাগী মাগী মকোন্দা চংনখি। অমম্বনা কুপশিনখি তাইবঙপান ঙাইহাক্কী মনুংদা। লমলক্কী শাহীং চাবা শা-উচেক্লা মনীং তম্না চেন চোংবা হৌবকখি। কনাসু মপান থোক্লবকখিদে কযা কুইনদি লোৎপা থাগদপে মেবিনাগী মফমদগী।

হান্ননা শীন্নবম্বা য়াই। মথঙগী নুমীত্তা এ,ডি,না ঐবু রিলিজ তৌবীবে। ময়াম চঙহুনা শীল্লগা ফিযাববেল মীফম পাঙথোক্লে। থুনা অনৌবা পোপ্তিংদা জোইন তৌনবা তাকপীবে। নুমীত্তুদা মেরিনাদা হাফম পূন্নমক লীরুনবা ঐহাক নুমিদাংহুনা চৎখি। ঐহাক চংখিবদা মহাক্কী হান্ননা কপ্পুনা লৈরমই। ঐনা খঙদবা শাহুনা,—

—করিগী কপলিরনো মেরিনা ?, কৈদৌবা য়াওরে ?

—ঐঙোন্দা হৌজিকফাওবা লোৎলিব্রা, ঐদি তাদা চাউবনা হায়হনা ঙরাংদগী তারে কৈদৌঙৈ চৎপা তারে ?

—হয়েং, ঙসিমক এ,ডি,না রিলিজ তৌবীরে, ঐনী লৈকম লৈত্রে।

—অদুদি ঐদি করম তৌবা ? নংদি প্রোমোসন কাববনিনা ফুংঙাইবে।

—ঐহাক থবক অনৌবদু জোইন তৌরবগা মতবু তৌবা থুনা অমুক লাকে কপকমুদা, নঙনা কপ্পগা ঐহাক করম্না চংকনি ?

নঙগীদি প্রোমোসন কাবগী ফুংঙাইবা, ঐগীনা পুন্সীগী ফুঙাই-বাগী মুমীৎ তাখিবগী কপ্পীবা।

—নঙ করিসু চিংনগনু মেরিনা, ঐহাক শোয়দনা লাকখিনি।

—ঐহাক থাজবা ঙমদে। ঐবুদি করে, মীরোল তাদ্রিবা নঙগী ফুংশি খুদোল তাইবঙ ফাওবদা ঙাইয়িবা নচানুপীসিদি কম্নদোবা ?

—নঙ করিগু ফুংশা থীগনু ঐনা ফনবা খোয়দনা শিনগনি।

—অদুবু ঙস্নিগী কায়নরম্নদাই মীৎকূপ অসিদা অঙাংসিগী মমিংদি থোনবীরম্মু।

—ঐদি থোনফম খঙদ্রে, থোন্নিংবা অমুক্তা হায়রকউ।

—ঐদি "তমপাকলৈ" থোন্নিংই।

—য়াম্না ফজরে মেরিনা, নঙদি অঙাং মমিং থোনবা য়াম্না হৈখ্রেদা, ওস্তোকা চাম্নবু খল্লম্মীনে।

—অদু, নঙনা চঙলামদাইসিঙ্গা অমুক্তদি কোনবীরম্মু নচা নুপীবু।

—হোয়, অমুক্তা পেম্না চুপনমগে।

অসি হায়রগা পীকলিবা ঈচাছু তম্পাক্তা পম্নগা হন্না হন্না চুপ্লীখি।

—নমা নচা না-য়েত্তনা লৈরম্মুকো তমপাকলৈ ঈপাগী হৈবম্মা।

* * *

সোমদনা পাবুংনা মচানুপা মাঙবা তারে হায়ছুনা সেরিকলচন্দ্র মন্ত্রিদা রানোমছুনা ঐবু তাছুবীদগী লৌথোকনবা হোৎনবম্বগা লোযননা ঐগী লুহোংবগী শেম শাবা লোইরমলে। হোই-মাই হায়রুবগী তাঞ্জা ফংখিদে। লুহোংলবা মতুংদদি ওফিসকী থবক্তা হেন্না হেন্না চিনশিল্লকপগা, মফাং-মফাং মেবিনাগী মনাক্তা চৎলুবা ওমখিদ্রে। খব লৈরগা নোংমা নোদিয না, মাগী অরোইবা চিথী পুবক্তুনা পীরম্বনি।

থোঙ্গালদা গাডী অমা থৌজিল্লকপগী মখোল তায়। ঈমাম্বু হল্লকই। গাডীদগী অহল অহুম মফি মবোল নান্না শেৎলছুনা কুমথবকই। মযাম ঈওক ওক্কে পাবুংনা লৈকাযগী অহল অনী অহুম খোম্মগা মযামছু মাঙ্গোলদা কাখত্তুনা যম্মী। খুকম লীপাঙ্গৈনে।

লৈকায়গী নুপী অঙাংশিং মৌ-লৈশাবীশিং অনীছুম পুনশিন্নে। চিবোন-চিবোন ঙাওনৈ, মন্নমদি থঙনদে। য়েংনৈ অমগা অমগা। সখিতোম্বী চাকথুমদগী চেম্থোরকই। থোঙজীন ময়াদা অহনশিং-ছুনা ঙাঙনবা তায, মমীৎনা ঐঙোম্বা ফল্লপ-ফল্লপ য়েংথোবকই। নোকফেৎম্বু তৌই। ঐনা তরঙ-মালঙদা তাউরি।

হৌজিক্তী লোৎপা যাদ্রবনিনা ফোংদোক্নরক্কে কেকুলোৎপী। হন্দকী কেকুসিদি কুইনা জোৎলুইদা। অহনশিংছু মানা নীংবা ফোংদ্রোকছুনা ঙাঙনবা য়াবা ঙাঙনরে। পাবুংনা মন্নীতুংগী বিচাব-পতিগী শকলোন লৌরি। অরোইবা রাই হায়দোক্কে। মঙানিগুবা নিংথৌকাবা মুমিত্তা লুহোংনবা লেপ্পগ্রে। অঙাংছু মুমিৎ তাদ্রিভৈদা

য়োইনবীবকউ হাযনবগা অহনশিংতু অমুক্তা খুরুম লীপায়নবগা কায়নখি।

হৌজিক লাকলে নুপীশিংগী পালি। মচি-মচিদা মানা মানা থোকপা ঙাংনবীদু। মহৈ-মহৈ ঙাঙনৈ। বনানা মেল্লুনি মীগী মচীন,

—মশক্তী যাম্না ফজে হায।

—মমীংসু ফজেবো। 'ভমপাকনৈ' কনানবু থোনবীবিবা। ফনবু চাম্লেনে।

—থবকসু ভৌবি হায, মেডিকেল দিপার্টমেণ্টতা নর্শ ওইবি-মান্নে।

—মমাতুসু যাম্না ফজে হাযনৈ।

—অহুনবু অজ্ঞামচা গোপালনা ঙাওবিবনিদা,

—অজ্ঞামচা গোপালসিবু মোলি-মোলি ঈথা হেক থাজদনা কদায়দবু থেংনরুরিবা?

অসুম্না ঙাইহাক্তংগী মনূংদা লোইনা হেক ঈখঙ-খঙনৈ কদায-দগী লোকবা পাউনো। ঈমা হন্নুবীহুনা পাবুংদা অমুক শাউনা হায,

—মমানি হায়না মফম মবাংসু খঙদবা হন্নুবা নঙনা হোযা ফহুনা কোক হেক য়াশিল্লুই, খঙদে ঐখোয় ঙম্মোয কোক হাযদোক্কে হাযদে।

পাবুংনা শাউনা চৈবকই,

—হায় তুমীন লৈযু হন্নুবী, নচীনতু থীদোক্কনু। ঐনা খঙহুনা হাযপ্রবনি। রা যাম্না ঙাঙনন্নুসি। ঐখোযগী তৌগদবা থবক্তুম লোইশিনসি। মতমদি লৈশিল্লক্তবনি। চাক হেক ভোকপগা লৈকাইগী অঙাংশিং খোমতুনা, লমতু শেংদোক্কবা, মান্দোপ থন্নবা তৌসি। ঐনা ঈশৈ নোংমাইগী চেনগে। মনীংগী য়াইমহু অরাংফমগী থন্না হায়ক।

অশুম্না পাবুংনা পুম্নাং লাণ্ডই। ঐদি ঈশিংদা ভাবমুক পণ্ডখয়ি। মাহে অমত্তা ভাণ্ডবগী থৌনাশু লৈতে। হংনা শাবা মুত্তিশুম মচি-মচিদা চপ-চপ লেপ্‌লুনা হ্‌ইঙক য়েনশুক চাত্নুা অমদা অমুক য়েং, অমদা অমুক য়েং তৌত্নুা লৈ। শখিতোম্বীনা খোম্লম্লগা,—

—চাক লোইরে ওফিস চৎলরোইদ্রা ?

ঐহাক চাক-কা অমত্তা চণ্ডদ্রে। ফীরোল হোংদোক্লগা গাডী থৌদোক্নুনা ওফিসতা লাকলে। ওফিস যৌরগম্মু পুক্লীংদা তয়াং-তশোই ভৌত্নুা হৈনিং-শিংনিংদ্রে। ছুটি চে অমা ইরগা টেবলদা পেপর ম্বেথনা নন্দুনা থনম্লগা অত্নম থোরক্লে।

ভাইহাক চথোকউরগা মুমিদাংম্নাই মুমদা চণ্ডখিবদদি লোইবয়ে থৌবা' পুম্নমক। পাবুংগী যাথং কনানম্মু হীক্তোকপা ভমদে। হৌজিক্কী মীনা অতৎ-অথম লৈতনা রা-রা তিনথ্রে। অরোনবা পুম্নমক লোইনা মপান থোব ক্ল।

থোঙ্গালদা গাডী থৌজিল্লকপগী মথোল তাই। ময়াম ঈবাণ্ড লাণ্ডই। লাক্লে লাক্লে, লোইনা য়েংনৈ কোম্থোঙলোমদা। পীশক পীকণ্ডেদগী উজবা ফংখিদ্রবী ঈচাগী মশক য়েংনিংবনশু লাণ্ডতক্লবনা পোখাকম খণ্ডদে।

নুপীমচাহ্ন ফীরুক-ফীয়াং খুমজিল্লগা মৌ অনীগা মমাগ্নবী থরগনা চপত্নুা পুশিল্লকই। পোকপদগী লৈজবা ফংজদ্রিবা, পোকপদগী মশক উবা ফংজদ্রিবা মপু-মবেন, মপা-মমাগী ময়ুম্নি, ঐখোয়গা উনরুগনিদো হায়না লাকচরিবা ঈচাগী মপুক্লীংদা করি থল্লমগদগে, থল্লুবদম্মু মাখল চম্মম্নে। মমীত্তগী মীংলু অনীদা তরংগী লাইজনা থাম্বা য়াদনা অতৎ-অথম লৈতনা শিম্থরি। মরক মরক্তা তৈথোকই। ঈচাগী মশক উরগা থাম্বা য়ারক্তে মীংকী পিরাং।

হৌনবী মতুঙ ইমা নৈকোয়গী অহল অমীশু অহুমগা লোয়ননা মাঙোলদা কমদুনা পাঙুংবা মগুন্নুপীবু ওকচবগী ওাইদুনা ফমী। নুপী অতাং মখাঙঙুপী মরক্তপী নাশোন পীরা ডানেরকই,

—ইশ ফজখ্রেদা, লাই মচাশি মণ্ডাক।

নুপীমচা তম্পাক্লে চা-না শাবা লাইথীগুম মঙলান্দা ভাউরি। ময়াম্মা তৌ হায়রিবমথৈ তৌবা তাই। মাঙোল দারিদা লাইবক কংলি, কাখংলি তপ্পা ময়ামবু হৈবোই-হৈতবোই খুরুম্মী। মমীংবী পিরাংদি থক্কে। পোকপদগী তৌরকবা হৈরক্লিবশিংদু নমদুনা তঙাইফদনা তৌরকই। মনেমদুনা তাকপীরকই,

—নপুবোক হান্না খুরুম্মু, নপুবোক খুরুম্মু।

—পু-পু। নগুনা খুরুমজরি, নগুবু তাকপীয়ু।

হৈবোই-হৈতবোই ঈথা-থাজদনা তবা-তবারবা মচীনবান্দগী মচোন্দী খোইবি-খোইরি। তিল্লিবা ময়ামদু থম্মোয় কায়খিদবা কনাগু য়াউখিদে। পাংনা তপ্পা-তপ্পা মকোক্তা নান্থবীরগা মমীত্তা থিরাং থমুহংলদুনা,

—পুন্নীয়ু ইগুদিদি, মজোল ওইয়ু।

মথঙদা অমুক ময়াম্মা তাকপী—নবোক খুরুম্মু।

মবোক্কী মনাক্তা চঙশিল্লগা মখোঙ শোক্তা খুরুম্মী

—ঈবোক নগুনা খুরুমজরি।

মবোক হন্নবীদু ঙসাইমথৈ শান্তরদ্বদু মগুন্নুপীগী 'ঈবোক' হায়বা রাহৈদু হেক তাবদা থম্মোয় কায়খিবগুম তৌই। মকোক্তা তপ্পা নানিবীরগা নোং খোংবগুম থাম্বা য়াদনা চাইগী খুয়া তানিগবা অহল-লম্মনশিংবু কৌদুনা কপাথোরকখি

—"ঈবেম্মা তম্পাক্লে নতবু পোকপী মমাদি মচাগী কুপৈ খাঙ-ত্রেদো!" হৌক্লিক্তি মপা ওইরিবা এপী কজাং তৌরক্লেবা। ময়াম্মা, নঙগী পাবুং খুরুম্মু তাকপীরকই। এঙোন্দা চঙশিল্লগা,

'পাবুং' হায়না মমীত্তদি পিগী ঈরানা লেপ্পা নৈতনা চেম্বরক্তুনা ভক্তি কচ্চরকই। খোঙ্গুদা মরাইবক কচ্চরক্তুনা, পোকপদগী অমুক্তা ঊনদ্রিবা মপা ঐঙোন্দা।

হন্দক্তী মযাম পুন্নমক থাম্বা যারকখিদ্রে। ইপাম্বাদা ঈমায় চোল্লবা তুবেশনা তোর্ব্বাল চাংজৌ অনীদা লাইজনা পাথক্তুনা ঈখাই পীবগুম ওসিদগী মূপীমচা তম্পাক্লেগী মতৌদা ত্তিল্লিবা মীপুম খুদিংমক্কী মীৎলুদা ত্তরংগী লাইজ ঈহৌরকখি। ঐমা ঈচাগী মকোক্তা নামখীরক্তুনা থিংবা ওমত্রবা, পিরাং ঈরোইনদা,

—ঈবেম্মা তম্পাক্লে, নওগী নকমদা ঈপামা ষাম্না লানখ্রে। মযাম্না নমা খুক্লমু তাকপীবকই। হৌজিক্তী সখীতোম্বীদা।

—"ঈমা মচাবু অমুক্তা ঙাকপীয়ু, ঈমানদি ঐবু ঙাকপীফম থোক্তে।" মচাগী রাহৈক্তু তাবদা মমীত্তদগী পি শিন্থবক্তুনা পুকচেল চাওববী সখিতোম্বীনা মচাবু থেমজিল্লক্তুনা,

—ঈমাগী তম্পাক্লে, ওসি ঈচানা 'ঈমা' হায়না কৌবক্তুনা ঈমা পেল্লে। হৌজিক মওগী কবি খাৎকনি। পুন্সী মুংশাংনা মুংঙাই-খাইফবা ওইসন্থু। ঐখায় মযাম নওগীদমক লেপ্পি। মীৎকী পিদি লেপ্পুনা চেম্বরি।

# চৎনবী ঙাকপা

ভৌদবা য়াত্রা ?

য়াহং অসিমক্কী পাউথুম কনানা থৌনা কনা পীবা ঙম্বগে ? কত্রে খণ্ডন-খণ্ডন, কায়ত্রে, মাঙহে খণ্ডনা কনানসু ঈচঙ থৌনা থেংনবা ঙমদে। তৌদবা য়াই হান্নবা পাউথুম অমত্তা থোরক্কে। লাইয়বসু, লৈজত্রবসু, ঙমত্রবসু তৌদবা য়াত্রা ? য়াদে, তৌদবা য়াদে। হন্নাউ-কুম্মে, দেব কর্ম্ম লুহোংবদা কা হেন্না অরেম্বদা খরচ তৌবা কনানসু থিংবা ঙমদে, নুমীৎ থুদিং রেডিওদা, ড্রামাদা, লিলাদা, টি, ভি, দা সেমিনারদা সিম্পোসিয়মদা লাউরি লেপ্পা লৈতনা কত্রবা চৎনবীশিংসি তোক্কবা অহুবু কনানা থিংবা ঙম্লিবগে ?

ঐ ঈশামক্তা মীয়ামগী অপাম্বা অনীংবা অসি খন্নদা ওইরবসু থুংহনবা ঙম্নবা ঐগী অঙম্বা পাঙল লৌশিং পুম্নমক পুথোক্তুনা হোৎনবম্নগে হায়না পুক্নীংদা চপ য়ুংনা লেপ্লে। পান্দম অসিগী মখাদা য়াখল মান্নবা নহারোল অহল্লোন লাই-গুরু, পণ্ডিৎ ময়াম তান্নজহুনা অসিগুম্বা চৎনবীশিংসি থিংনবগীদমক "কা হেনবা চৎনবীশিং থিংবা লূপ" কৌবা সংস্থান অমা লিংখৎনবগীদমক মৈত্রবাক্কী ময়োন্দা লৈবা মপাল কাংজৈবুঙদা অহানবা লূপ অসি হাংদোকপগী থৌরম পাঙথোক্লে। ঐহাক্তা থন্নায় হকচাং য়াউনা চেঞ্জ-চোংজক্লবগী মহৈনা মীফম অহুদা মণিপুরগী শক্লাইরবা অহৈ-অশিং পুম্নমক বার্তোন তৌহুনা য়াউহল্লম্মী। মখোয়না মাপী-মাপী মপুক্লীংগী য়াখলশিং ফোংদোক্লম্মী,

—লুহোংবা অমদা হুমীৎ অহুদা হুন্দোক্লিবা, গাড়ী, মৈ পোৎলোইগী অরায়মন, দোলাইরেং, পালা ঈশৈদা থাদোক-

লোকখিবদ, লৈহিলবা লাকুম-শিংলাংগুবদা মাংহনখিবা শেনফম অহুনা নৌনা মুস্বামবগী লম্বীদা থোড়দাজরকদৌরিবা বর-কন্যা অনীহুগীদমক শেল ওইনা থম্বীরবদি মখোয়গী পূন্সী তথ্যায় অমদি চানা শকনি, মহু অরেম্বনা মাঙহনবা ঐহাক পামদে। মী অমা শিল্পগা, অয়াবা তাশিনা ঈকুং মহুদা মরাম্না মতেং পাংবগী মহুত্তা, মসি চংলবি, মসি তৌদবা য়াদে, অহুনি অদাসি মহু হাপ্পবা য়াদে হায়রুনা অয়াংকম কম্বীখা কাংবু অমমুং পুরোহিতঅমা মীতুগী লৈত-লাইরৈ য়েংবিদনা মরাম অমা নমশিনবীবা হায়রসি অমাবগী মখল্লী। মীতুমা হিংলিঙৈ মতমদদি লাইয়েংবীবা ওঅদবা, অহাউবা অমত্তা পীজবা গুমখিদবহু শিরমা তৌদবা য়াদবা মরাম তৌহনবা ঐহাক পামদে।

—মীওোন্দগী মতৌ তমলুবা য়াউশঙ অমুক থোকপদা চুমিং মপ্পি-মওানি মীয়ামগী চখোক-চংশিন ফাওবা খিংহুনা অনা অাখক, অশি-অনা যাওরবা ফাওবদা চংহন্দবা, শেল অবেম্বদা হন্দোকপা, থাবল চোংবদা মমাংঙৈদা শেল তিংদনা থাবলদা মী অমনা ধুলক অমত্তং যৈরগা চোংনরম্বগী মহুত্তা, অমুক্তা লুপা লীশিং ৫/৬ হন্দোকপা লোইননা লমচং, মতম অমস্তুং শেল মাংহনবা ঐহাক পামজদে মতম চানা খিংহৌবা কৈ।

—মমাংঙৈদা মীভোল চাকৌবা শেল তিংনরমদে, মাগী মাগী লৈজ-লৈজবা পুনরকুনা মীঙোনশিংনা মবুং মপুরা, মপা-মমাগা চহী অমগী মকুন্দা নোংমা ঊমহুনা অশিনরবনি। মতমহুদা লম্বী-লোংগী থুনোকতাবা লৈতবনা মুশীশিংনা মপাজদা ভোয়না চংপা হৌজরমদবনি। অহুবু ওজিদি য়াকমহু পূমহোং-হোং-লোকদ্রে মসি শ্রৌহন্দবনা ফয়ে।

অসুম্না য়াগী য়াগী মোৎ কয়া পীনরবা মতুংদা অথোইবা মীশক ওইবীরিবা ঈনাতকী মন্ত্রি শ্রীচাউথোইনা মহাকী য়ারোল পীরকই,

—লৈবাককী মন্ত্রি ওইজরিবা ঐখোয়সু খঙই, তায় লৈবাক্তা ঙাওনবা, মীয়ামগী অপাম্বা। ঐখোয়সু অরেম্বদা শেল হুন্দোকপা পামদে, শোয়াঙ্গা লুহোংবদা হয়াউ-কুম্মেদা শেল হুন্দোকপা জাতিগী অমাঙবনি লৈথা তানবনি। অদুবু ঐখোয় মন্ত্রিশিংদি চত্তবা য়াদে সোয়াৎ লুহোংবা লৈকাইগী, ঈরমদমগী। পোৎয়েং চাউনা পীদবা য়াদে, পালাদা শেল চাউনা থাদবা য়াদে, ঐখোয়গী শক উত্তবা য়াদে। ক্লবশিং, মৈবাপায়বী, ঈনাৎকী লুপশিং, থাবল চোংবদা শেল চাউনা পাংদবা য়াদে মরমদি ঐগীদি মতু ভোৎ খোম্বা মখল অমনি। ভোৎ কাদবা য়াদে মরমদি মতু ঐগীদি কায়বারনি। ঐগী ঙমজবী থাদতুনা ভোৎ কাতুনা মন্ত্রি ওইরকপা থংন-থংননা মঙাবক শুরে। ঐহাক প্রজাগী মিহুন মুম্না খঙখি। প্রজাগী অপাম্বা থুংহল্লীংই। হৌজিক মীয়াম্না ফত্তবা চৎনবীশিং অসি পামদ্রে হায়বা ঐহাক খঙজরে। অতুনা ঐনা হন্দক্কী ভোৎতা অমুক্কা কাবক্লবদি সি, এম, ওইববা য়াই মতমতুদা বিধান সভাদা আইন শেমতুনা থিংনবা হোৎনজগনি।

ময়াম পুম্নমক্না মন্ত্রিগী য়াঙাঙ তাবদা পেল্লগ্রতুনা খুবাক খুবগী অরোইবা নাইখিদে। মীফম অতুনা ঐবু য়েৎনবা লৈতনা "কাহেনবা চৎনবী থিংবা লুপ"কী জেনেরেল সেক্রেটরি খল্লে। ঐগী থৌনা, ঐগী হোৎনবা কনবা ময়াম পুম্নমক্না য়াম্না থাগৎপিরে। ঐহাকসু অনৌবা আশা অমগা লোইননা হন্দক লাকদোরিবা মীখলদা লুপ অসিগী মীহুৎ ওইনা লম্বা খেংনতুনা মীয়ামগী অয়াবা লৌরগা কাহেনবা চৎনবী অসি থিংনবা হোৎনরগে হায়না চপ য়ুংনা লেপলে।

মীফমদি লোয়রে। মীফমদা লাকপীরম্বা অথোইবা মীশক অমসুং বার্ত্তোস ফংবিবশিংনা পীরম্বা মতেংগা মীফম শিনবদা চংখিবা চাদিংগা য়েংনরুবদা চাদিংনা হেন্নখিহ্না লুপা লীশীং অমা হেন্না পুখহৌরে। মথংগী হুমীংকী নোংঙানবদদি শেনফম অসি ঐঙোন্দা থোবা শোয়দনা লাকলগনি, ঙসিদি অদুম লোইশিল্লে।

মীফমদুগী মুংঙাইরবা থৌদোক-রাথোক্কী রারী কয়া ঐগী নুপী অমসুং ঈচাশিংদা মরীকচুম্না লীরহ্না তাহল্লে অমসুং লাকদোবিবা মীখলদা থেংনবগী অপাম্বদু ফোংদোকলুই—ঐগী নুপী সনাথোইনা ঈশি-শিনা নোকলগা হায়রকই,

—হৌজিক্কী চেঙ চবা লৈত্রি শেনকা য়াওরদি খবা পীবকউ চেঙ রাল্লুগে।

ঐনা ফুবিংখাউ পুন্নমক হুমহ্না থিবদা লুপা কুনথক থুপচিনহ্না যাউরম্মী। মদু পীরহ্না সনাথোইনা চেঙ কে, জি, অনীখক্তং রাল্লু-বগা নুমিদাংহুমদি অদুম লেনখ্রে মোন্দা মুংঙাইনা তূমলে।

ঐহাক অকনবা কেমপেন হৌরে। ভোং থেংনবা তাবে। মফম খুদিংদা ঐখোয়গী সমাজগী চৎনবী অসিগী মাযোক্তা ঙাওহ্না তাহনবগা লোয়ননা কাহেনবা চৎনবীশিং অসি থিংহ্না লাইববা ময়ামবু চৎনবীগী লাংদগী থাদোক্নবা হোৎনগনি হাযনা রাশকই। মীয়ামনা হবাউবনা খুবাক খূবদা অতৎ-অখম লৈত্রে। ভোংসি শোযদনা কাগদোবা মাল্লে। হন্দক্তী মপা চুমসুবা হায়বহ্নি। কনাসু চৎনবীসি পাম্বা লৈবমত্রে। থিংবা ঙমদবদা ঙায়রে। ঐনা মীহুৎ ওইনা কারগা মন্ত্রি ওইরবদি ঐগী লৈজবী থাহ্না মীযামগী নীংবা থুংহল্লগে খগে।

মপু ঈবুংঙো মাগী থৌজান্দগী, উচিন-নাচিন্না মীখলদা মায পাক্লে। মন্ত্রিসু ফংলে। হৌজিক্কী মৈত্রবাক্কী ময়ামগী নীংবা থুং-হল্লগে হায়না থল্লে। রাফম অসি কেবিনেত মিটিংদা পুখৎলে, শোরাং

অমন্থুং লুহোংবো চংলগা ঙই চোকখ্রকপা অমন্থুং লেল অমতা পায়বা ভমজ্রবা মন্ত্রি পুম্মক্কা হয়াউ-হয়াউনা লৌগৎলিরে। প্রেখনক্কা নৈতলা পাম ভৌরে। মরী নৈনবা আইন পুম্মক লেম্বলা লোয়মনা বিধান সভাদা পুখোতুনা অয়াবা লৌবা থৌরাং ভৌরে।

মথংগী বিধান সভাগী মীকমদা য়াম্না থরায় য়াওনা মীয়ামগী স্বার্থদা বিল অহু পুথোকচরে। বিরোধী কাংবুনদি মখোয়গী য়েংফম থোকপগী হৌনবী গনতন্ত্রগী চংনবী মতুংইন্না কম্না য়েংনখি।

—ঐখোয়গী নাত মাঙগ্রনি।

—কলচর (চংনবী) য়োকখৎকদবনি চংনবী মাঙবা য়ারহি। ঈশৈ শকহনগদবনি, থাবল চোংহনগদবনি। নীঙোল চাকৌ-দবা য়ারোই অসিনচিংবা কয়া-কযা যেৎনরে। কম্না যেৎনববা মতুংদা মশিং য়াম্বা সরকাব পাইরিবা ঐখোয়না ঙমহুনা নমহুনা পাস তৌবে। ফোঙদোক্লক্লে নোংঙানবগা পাউচেশিংদা মরিক চুম্না। লুহোংবা, শোরাং শোনবা, থাবল চোংবা য়াররোই, নীঙোল চাকৌবা মুথৎলে।

মথংগী মুমীত্তদি, পুং য়ৈবা, ঈশৈ শকপা, বামোন, অবাংফম যম্বশিং, থাবল চোংনিংবা নৈশাবী পাখঙশিং, চাকৌবা চৎনীংবা নীঙোলশিং পুম্নমক হৌহুনা ঈহৌ অমা শাগত্তুনা ঈরাং থোক্লে। ঐহাক্কী বঙ্গলোগী অকোয়বদা ময়াম্না কোয়শিল্লগা মায়কৈ মবিদগী লাউবা হৌরকখি।

—ঐখোযগী ঈনাৎ — কনগদবনি।

—ধর্ম্ম লৈতবা মন্ত্রি — লৌথোকউ।

—ঈজাতিগী চংনবী — ঙাক্কদবনি।

—যাউনঙ মুথৎপা — য়ারোই।

—নীঙোল চাকৌবা তোকপা — য়ারোই,

—লাই থাজদবা সরকার — বন্দ থাদোকউ।

নহানথৈ হরাউ-কুম্মৈ ফত্তে হায়বস্বা প্রজা পুম্নমক ঙসিদি মাযকৈ খুদিংগী বিরোধী লুচিংবশিংনা শা-ষণ হোইবদৌনা হোইদুনা পুরকই। মখোযদি লুচিংবশিংগী কাংক্রুমনি। পুনিংবা মফমদা পুবা যাই। হৌজিক খাঙবা ঙমদ্রে লৈবাকসি মখোযগী খোল্লাউনা থক-থক নীকপ্রে। ঐ শাউনীংমনখ্রদুনা কন্না লাউখি লৈজবী থাদুনা,

—নখোযগী ৱাকৎ খাঙবা ঙমদ্রে।

—নখোযগী নৱা লৌদে।

—প্রজা অপঙবশা।

খঙপ্রেক খংই, মীকপ খঙথোক থোকই। মীৎ শাঙথো-বকপদদি ন্নুমিৎ থোক্লাম্লে। ঙবাং ৱামনখিদুনা কুইনা তুমখ্রমানে। ঈচানুপানা হাযবকই,

—পা পা। মী লাকই হৌগৎলো ঙসাইদগী ঙাইবিবনি। হৌগত্তুনা যেংউবদদি ঙবাংগী মীফমদা ৱাইকবা মাইক, কনার্ট, অচা অথক্কী অবাৎপা শেন থৌবা লাকপা ওইবম্মে

# লাইরককা তম্মখিবা

মীওইবগী পুন্সীদা সমস্তা লৈতবা অমত্তা হেক য়াওবমলোই হায়জনিংই। লৈত-লাইরবগী, মমীত্তা মচা উবা ফংদবগী, অনা অয়েক্কী, মমা-মপা নৌনা কাযনখিবগী, মরা মপুরোইবা নৌনা কায়নবগী, মচা কাযনবগী, মচা-মশু ওক্রুবগী, থবক ফংদবগী অসিনচিংবা অমা নত্রগা অমদি থেংনহুনভা লৈ।

তামো ঈবোচৌবগীদি ময়াম অসি অমত্তা লৈত্রবদি নম্রবস্থু খ্বাইদগী মুংঙাইত্রিবা, রারিসি, মীনস্থু খঙবীদবা, মীঙোন্দস্থু হায়দোকপদা লেমফাত্তবা, রাকৎফমস্থু লৈত্তবা, মীঙোন্দগী মতেঙ লৌবস্থু য়াদবা স্রাম্নদি খোয়দো খীংপা নুপা ঈথোক থোক্তবা ওমচাকুবা সমস্তা অমনা মতম চুপ্পদা পোত্থাফম খঙহন্দনা মাগী কোক্তা ভুংকুম্না ওত্তুনা লৈবি।

হে ঈশ্বর। তেংবানবগী মপু। নঙগী কবস্থা খুজিন-থৌবাংনা ঈবোচৌবগা ঈতৈমা থারিক্কা করম্না পুন্সীগী লৈপুল শেস্নীবস্থনো? হীরম খুদিংমক্তা রাখল মান্নদ্রবা, নোংমতস্থু, মীৎকুপ অমত্তস্থু অরা-মুংঙাইগী রাবী শানবা য়াদবা, ফম্মিন্নরগা হেক্তা খৎনবা, হেক্তা লংখৎনবা, শাউগৎনবা, ঙাইহাক্তা তিন্নবা য়াদবা, উনদ্রিবমখৈ খরা ফবা, ঈতৈমা থারিক্কী শৌ-শৌ লাউবী, মী উশিত্তবী, মরা মপুরোইবনা ঙাঙবা তাদবী, থোয়চৎ রাংচৎনবী মতৌহুদা তামো ঈবোচৌবগী রাখল ঙহাক্তা পোত্থাবা ফংদে। নোংমতা যুমদা ওম্না হনজিম্নিংদে ওম্না হনজিল্লগা য়ুমদা ঈতৈমগা খৎনরুনি হায়বা কিবদগী। ইতৈমগী অয়াকপা রাহে খোন্দা, মীচৈহু তাদনবা লোৎপনা তামোগী লাইনীং ওইরকই। থেঙনা হনজিনবগীস্থু অহুম

চৈদবদি লৈতে অহুবু কুইনা তাদমবা, হেক্ক মোরগা চাবা. চারগা তুম্বা হোৎনৈ।

ঈতৈমনা পাম্বা থবক, রাঙাঙ, চাবা থকপা কিজেৎ-লৈতেং তামোনা অমত্তা ম্নানিংদে, খিবেম্নু ঙমদে। ঈতৈমনা পাম্নীবসি নূপা থোকপা মঙৌনি, হুয়ানগেরা, চীম্বীগেরা, মী হাৎকেবা বেরা লৈতে ফত্তবা থবক তৌমীংবা তৌরুবা ম্নাই অমর শান্নগেবা, যু থকেরা তৌবদদি ম্নুমম্মী অরাং অরাং-অপা লৈহন্দবা, জোম-জোম, সনা শিবা, মুম শাবা কার ভান তোংবা, মমাম্নবশিংগী মমাঙদা ঐ মঙাইরে হাযনা লেম্নবহুনি। তামোনা ঈতৈমাবু যনা কম্না মাগী অপাম্বা লম্বীদা চুমথোক্রুবা হোৎনরবম্নু ঙহাক্কুং চুম্নম্মী, অহুবু কুইদে থর লৈরগা মাম্নী হান্নগী মমা পুকনুংম্মী হৈনবী অহুদা অমুক হেক্কা খোযজিনখি। হুঈ মমৈ চুমথোকপা ম্নাদবগুম্বনি। মসিননি মী অমনা মী অমবু পাক হেক চুমথোকপা ঙমদে হাযনবীবসি।

অমরোমদনা তামোনা মীবক-মীচম্মী ওইনা তৌই। নূপীনা ঙম্বহুঙাই। নূপীগা খৎনবা, মরৈ য়েৎনবা তম্নবদম্মী তোকখি। মহাক্কী ম্নাম্না চম্না শাধু অমদোমা লেনবা পাম্মী। হুয়ান-চীম্বী অচাউবম, অকে-অমৌ পাম্নদবা, অয়েম্বদা খবচ তৌবম্মী মহুত্তা লৈত-লাইবশিংগী মতেং পাংবা পাম্বনী। অহুনা মখোম্ন অনীগী রাখল অসি অরাং মেরুগা থা মেক্কগনি শমজিম্নবা ঈয়া যাদবা। ঈমুংহুদা য়ুম্নানমিম্নরিবা নূপা-নূপী অনীহুনবু মোৎ, রাখল মান্নদ্রবা, ঈমুংহুদা কৈদৌঙৈদম্নু শাস্তি ফংবা হৌনদে। ফনা শেম্বোকলম্বী লৈহুনম্ন, লক্ষ্মী ঈমা ঈবেম্মনা মীৎকুপ অমত্তবু লেংশিম্নীংদে, থোঙ-জীন ময়াদা চেপথ-চেপথ য়েংলম্নপা হেক্কা হুনখি।

—কদায়দম্মী ঙানো মুংত্তিগী ঙা থোংইসিবো?

—হোঃ হাউনা চাবা হায়বগীদমকপু থবক কম্না ঙরিনি

চারোই হায়রবদি গুদ্রবস্থু য়াইনা।

—অতুবু নখোযগী ঙা থোংবদা থুম-মোবোক যাম্না থাকচিনবা অসিনা ঙাগী কান্নবস্থু মাঙহল্লে, ঐখোয বি,পি, লৈবদদি য়াদ্রে।

—ঙা থোংবদবুদি থুম-মোবোক কন্দ্রদি কবম্না চানি? চানিংদ্রগা হেক তোকউ। শিগেবা হেক শিখো।

—ঈবোম্বসিনা মোবোক শাবিবা কনানা চাবা ঙমদৌবিবনো পুক্কাসি প্রো-প্রোক চাকই। নখোযবু খর চন্না চাসিবা।

—অশাবা চাগে হাযবগীদমক ঈবোল্লীবনি। ঙম্নবা অতুম অতুম চাও।

—খোক্রমগুম্বা অচম্বা মনা-মশিং খবস্থু চাসি মবক-মরক্তা।

—হো ঐখোযদি খূদোলফাবো হেক লূপনীংদে।

—নঙনা নূমীৎ চূপ্পগী সনাদা হেক হাযতুনা লৈ, নঙনা সনা শিবগা কনানা অমুক পাম্নবগীনো, শেল চিল্লী হাযবগা নঙনা লোম্না সনা হেক্তা শাবম্মী।

—সনা হাযবসি নূপী ঐখোযগী লৈতেংনে খঙঙদ্রো? সনা যাউদনা ঈমাম্নবগী মমাংদা কবম্না চক্তৌবিনো?

—নঙনা হৌজিকপু কেকবগী কবি কান্নবি? নঙদি ঐনা যাবগা লোইবে। মীনা পাম্বীবগা নঙোন্দা করি কান্নবিগে?

—মতুনা নঙগুম্বা অঙাও-অফৈগী রানি।

—নঙনা শেলগীদা হোৎনবিঙৈদা অঙাংশিংদি লোইনা মাঙলে লাইরিক-লাইশু খব য়েংবীতুনা অঙাং শেম্নগে হায়দে।

—হৌজিকপু লাইবিক হৈবগা কবি কান্নরিগে? শেল পায়রগা লোইবে শেলবু পায়বদি লাইবিক হৈবা ময়াম অমা মীনাইদৌনা শীজিন্নবা ঙম্মী।

অস্থুম্না মতম চুপ্পদা হীরম অমা নত্রগা অমদা রারী শান্নবদা ভাইশিন্নবা য়াদবা ঙাক্তা থোকই, তামোনা পাম্বা হীরম অমত্তা

ঈতৈমনা পামদে, ঈতৈমনা পাম্বা অমত্তা তামোনা পামদে। খাই-নবগু ভমদে মীগী মমাংদা ঈকায়জৈ। খাযনরবম্ভু মচাশিং কাং-খোং চাইরনি খনবদা থৌনা ঙবস্থ ভমদে। মরক-মরক্তা মতোমতা শি-নিংবগী রাখল ফাওবা ফাওরকখি। মতোমতা শিজরগা মাংগদবা য়াম্না নৈবা অমসুং ঈকায়বদগী অত্থুম রানা রানা খাঙহুনা লৈ।

নহানমখৈ মচাশিং চাউবা ঙাইরকপনি হৌজিক্তি মচানূপী অমসুং মচানূপা অনীমক ময়ুম পাল্লে ঈমুংহুদা তামোগা ঈতৈমগা, মচাগা মমৌগা মখোয মরীদা ঙাইবে। লাইগী নোংদমদগী মতা অমা চানরুহুনা তামোগী পোস্টিং হান্না থৌবাল জিলাদা মযুম মনাক্তা লৈরম্বদগী হুন্দক্তা ঈস্কালদা ট্রান্সফর তৌরকলে। ঈরুজনিংবগা থোঙ্গ্রা তেকপগা মাম্নরে। মাগী লন্নাযগী য়ুমহুদা ঈতৈমগী মনাক্তা লৈত্রে ঈস্কালদা সদকাবগী য়ুমদা লৈরে। ঈতৈমনা লরায়দা মচা-মমৌগা লৈহৌবে। হন্না য়েংনদবা থা ৫/৬ ফাজিল্লক্রে। ঈতৈমসু অঙম তানবদগী তামোগী মনাক্তা লাকতে। তামোসু মতমকুইনদগী খনজবকপা ঈতৈমদগী করম্না নাম্ব্বোকসিগে থল্লকপগা অঙম তাম্নহুনা লৈবে। অঙাংশিংগী শেন-থুম অরাৎ-অপাদি অত্থুম লোথোক লৌশিন তৌই।

তামোনা মাগী ফংলকপা তলবতগী থরা-থরা তুংশিনজহুনা ঈস্কালদা লম মচেৎ অমত্তদি লৈজবা ঙম্নবা কন্না হোৎনরি। মহাক অমুক হন্না লরায়দা চৎলগা ঈতৈমগী মমাযত্থ য়েংনিংদ্রে। নোংমদি ওফিসতা থবক কোম্নরকপা, মীচীকপা মতমদা মহৈ-মহৈ রারেম ঙাঙনবদা তামোগী লেল্লিবা পুন্সী, মতোমদা চাক ঈশিং থোংহুনা চাজবা, ফিগু-ফীজাম্বা তৌবহুদা মযাম্না ফাগী জোগাই তৌনবম্মী। মাগী-মাগী ঈমূং-মনুংগী রারী রাতায় হৌদোক্লরকপদা একাউন্টেন্ট ওইরিবী রোমানা ফাগী তৌহুনা হাযবম্মী।

—তামোগীসু ঈনম্মগা লাপ্নববনিনা অনৌবী অমা অমুক

য়েংনবা তৌরসি তামোনা চাক ঈশিং হোংনবীবতু য়েংবা হুংঙাইত্রে।

—ঈবেম্মা হৌজিকপু হমুখংদা কনানবু য়াবিনি হায়গে ?

—য়াম্না হমু-হস্থি মকসু নত্তে, নুপীগী নুপী ঙাক্তনিদা, খবরদা হেক্তা হাপতোকসি, ময়াম অমা মরাইনা লাকচনি ফজবা অমা হেক্তা খন্দোকসি।

ময়াম রা রা নোকখিয়ে। কেশিয়ার সনাতোম্বনা হায়রকই,

—হোয়দা অমুক্তুম য়েংথোকসি তামো। ফরুমু-কত্রবমু ওফিসার অমনি তলব লুপা শীশীং তরেৎ চাম্নিবনি খবরদা হাপসি নত্তারোমমু অতুম তৌবদি বেরা তৌররোই। নুপী ভারীদা লাকনি ঐমু ইন্টরভিয়ুগী বোর্ডতা য়াওজগে।

অমুক্তা নোকখিয়ে, তোম্বা পিওন্না অমুক মথা তাই,

—ঐনা মপান্দা ফম্লগা কেন্দিদেতশিংতু কৌথোক-কৌশিন তৌজগে তামো, ঐমু যাওজগে।

তামোনা মপুক্কীংদা মতুনতুম ফবগত্রা হায়না হাইকেং খল্লমী লাইবক্তুম য়েংওলিরা হাযবা রাখলগা লোয়নবা হায়রকই—

—হোয়দা অমুক্তং ল্যাইবক য়েঙসি, ল্যাকপু-লাক্রুমু ল্যাকপু লাক্রুমু।

ময়াম পুম্নমক য়ানরে থবক শীন্দোক্লরে, সনাতোম্বাগী মনাও অমা প্রেসতা থবক য়াউরি অতুনা খবরদা হাপ্লগী বথক সনাতোম্বদা শিম্লরে সনাতোম্বনা,

—মবোন্দী করম তৌসিগ তামো ?

—নওনা ঐগী রাখল লোইনা খওলিবতুনি নওনা থোকপা ইরো ঐ য়ারে।

নোংঙানবগী পাউচেদা য়াওরকই—"নুপী অমা পামজে" "চহী মীয়ায় চম্লবা অহল অমগীদমক চহী ৩০ দগী ৪০ ফাওবগী মতুংদা

লৈবী নুপী অমা প্লামজে। অক-অমৌ, সনা-লুপ্পা হয়াউ-কুমৈ পামদবী, মচা-মরা লৈতবীশিংদা হেন্না খুদোংচাবা পীজগনি। ইন্টরভিযুগীদমক্ত ল্যাক্লিবা ত্যাং ২০ দা রুমেন ডিভে লাপমেন্ট সোসাইটিগী ওফিসতা অযুক পুং ৯ দগী ১২ ফাওবগী মন্নুংদা লাকপীয়ু। লাকপীবা মতমদা মায় মীত্তা করিগুম্বা অমত্তা য়েকশিন-খোৎচিনব্যা ভৌবীবক-লোইদবনি, হান্নগী অশেংব্যা শকযম অত্তুদা লাকপীগদবনি।” ময়ামগী ইবোচৌবা, মেনেজিং ডাইরেক্তর রুমেন ডিভেলোপমেন্ট সোসাইটি, ঈম্ফাল।

ত্যাং ২০ নোংমাইজিং ইন্টরভিযুগীদমক শম-শাবা লোইবে। সনাতোম্বগা তামো ইবোচৌবগা তান্নরে। মার্ক শিংকী টেবুলেসন অমা শেমলে। সনাতোম্বনা হায়রকই—

—করিদা খুদোংচাবা পীসিগে তামো? মশক্ক চহী, মশা মউ?

—মশক্কী লাইরি সনাতোম্বা মরমচক্কী কমদৌবা

—মহুদি লাইবক্তা তম্বা হায়ত্তুনি তামো হাংদোক্তুনা যেংবা যাদ্রবনিনা

—মার্ক পীবগী টেবুলেসন্দী কমদৌসি হাযবা সনাতোম্বা?

—সুমাওৌবসি তামো। ফুল মার্ক চামা, মশক্তা ২৫ + চহীদা ২৫ + মশা-মউদা ২৫ + মচা-মরা লৈতবগীদা ২৫।

—সবাশ! গুদ সজেসন। ফরে শেম-শারসি, তোম্বা পুং ৯ তাদৌরে শেম-শারো নও মপান্দা লৈরো। মন্নুংদা ঈযাম্বগা সনাতোম্বগা লৈরগে।

অম্মুম্না তোম্বনা মপান্দা থোক্তুনা ফাল অমদা যমত্তুনা কেন্দিদেট লাকপা ওাইরি। মতমদি অম্মুম হৌখি কনাসু লাক্রে পুং ১২ তাশিলক্কদৌরে। মন্নুংদগী তামো ইবোচৌবন্না লাউবকই

—তোম্বা মী অমত্তা লাক্তরা?

লাকত্রে তামো।

—করিগীনোনে হৌজিক ফাওবা লাক্লবসিবু, নহানগী পাউ চেদা হাপখিবত্নদা কররি অশোয়বা য়াওগ্রবগে ?

—শোয়দে তামো সিদা লৈরে। য়েংবিয়ুসে সিদা লৈরে।

—সিদা শোয়রে ঈনাউ।

—কবিদনো তামো।

—নুপীদা অকে-অমৌ, মমায়-মমীত্তা যেৎপা-খোৎপা পামদবা লৈবা হৌনদে।

—অত্নদি কমদৌসিগে তামো ?

—হৌজিক অমুক সমা-লুপা যাম্না শিহনগনি, জিপ-কার তোংহনগনি হরাউ-কুম্মে তোযনা য়েংহনগনি হাযবগা লোযননা নুপাগী তলব লীশিং তবেৎনি হায়না হাপতোকসি।

—ফরে তামো অদোম্বদা অমুক য়েংসি। ঙসিমক অমুক হাপচবগে। মথংগী নোংমাইজিং তাং ২৭তা অমুক য়ৈথোক্লসি।

হন্দক্তী মশক মতৌ ফজরবী, নুপী কেন্দিদেট ১৪-১৫ না মাগী মাগী লৈজবী শেং-চারত্না মকে শেম্মত্না মমায়-মমীৎ পূম্নমক য়েকশিল্লত্না, তামো ঈবোচৌবগী নোংমতা ওইরবস্নু সেবা ফংজববদি খন্দুনা ঈকায়-ঈকি পূম্নমক থাদোক্লবত্না মবাইবক যেংজনবগীদমক লাক্লরি। তোম্বনা অমমম মথং-মথং থাজিল্লি। সসাতোম্বনা কেন্দিদেটশিংত্নগী মিং, লৈফম, চহী, অতৈ অকুপ্পা মরোলশিং অমত্তা চীথদনা ইশিল্লি। তামোনা অমমমদা ওইনা মখোঙদগী তোন ফাওবা য়েংলি অত্নগা মার্ক পীরি। বাখলদা ফাওই।

—মশক্তি ফজৈ হায়ববু ময়া চৌগ্রেদা মসিমদি,

—মশমসিদি চুজাক মশম্মুক ঙাংশঙ ঙাংইদা মশম ঙাঙবী নুপীদি লৌহৈদে হায়না ঈপা-ঈপুনা হায়নরম্মী।

—মসিমদি পীক্তক-চেংতক ফনদি রাশি লৈ অত্নবু মমীত্তি পৈরপ হেক তৌইদা মুংঙাইতেদকো।

—মসিনা শাগুম শোঙউইবা, অটানবাল্লা চাত্তিন্নিবা করি থোকই হায়বনা লাকচশারিনো ত্তুকচৈদা।

—মসিনা মখয়াৎনা লাওন্নিবা, ম্রাগীনা মুন্নিবা হীংচাবী হৈবমদো মাল্লি।

—মখোঙ-মখুৎসি উপন চৈবোঙমুক হেক চাউরবুনা নুপাদৌনা পোমথা-হৈথানৈ।

অম্মুন্না অতুক যাম্বা নুপীশিংমু তামোগী পুক্লীংদা থুক হেক লাউবা, থবায় তাবা অমত্তা হেক যাউদনা লোইশিল্লক্লে। নুপী মশক ফজবা চুঙ-ফীরাম চাবা অমত্তম্মু লেমহৌত্রমাগ্নে হায়না থল্লি। হান্নগী ঈতৈমদগী হন্থবম্মু পামদে।

মপান্দনা নুপী মযামতু ফগ্ন হায়দোকপা ঙাইবা ওইনা মহৈ-মহৈ লাওতুনা অমনা অমবু থাগৎনতুনা লৈবি। মখোয় মশেন হায়নৈ—নঙদি নশক ফজবনিনা নঙবু খনগ্রনি।

—নঙদি নহা ওইবনিনা নঙোন্দা খনগ্রনি।

—নঙনা নখা-নউ নোয়-পেনবনিনা নঙনা শোয়ববোই।

অম্মুন্না ময়ামতু মপান্থোংদদি ব্রা-ব্রা নোক্তুনা মিত্তুন্দী চেনগুম-চেনগানতুনা লৈবি। মীযায় চল্লবী মুবঙননা বাশি লৈবী তোঙ্গানবী নুপী অমখক্তী মমাযদা হুমাংনা মরিক-মরিক কাবতুনা মফি-মবোল ফাওন্না মফম-মবাং খঙদমথৈ মুগ্না শ্বর থবেৎ-থবেৎ হোমতুনা চেন-শিল্লকই। তোম্বদা,

—ঈবুংঙো ইণ্টরভিয়ু লোইরত্রা ঐবু য়াওবা য়াখিদ্রা?

তোম্বনা ঈমুংদা চংশিল্লগা নুপী অমা লাকপতু থাজিল্লকপা যাগত্রা হংলুই। মমুংদগী হায়বকই—থাজিল্লকউ। নুপীতু মমুঙদা থুনা চঙখি। মুপীতুনা কা মমুংদা মখোঙ হেক থাংজিল্লকপদা তামো ইবোচৌবা খ্বাই লাওখি, হায়দোকখি।

—থারীক। থারীক নঙ মফমসিদা।

—মায় পাবুংনা তৌরিবসিবু করিনো ? ঐদি কাপি ওইরবোই নীংই অচুগদি তাদ- মনিতোম্না খবরচু পুরকুনা ঐঙোন্দা হায়বীরবনি। খক্কসিবু মায় পাবুংনসু চানমক্কী তৌবীরম্নি-বসিবু করিগনো ? য়ুম পানমিন্নবদা মত খরদং থেন্নখি হায়বগীদমক ঈচাশিং অমুক চাউরবফাও লৈমীন্নরকুগা অঙাংসু নত্তনা ঐবু করি ওইয়ু হায়রিবনো ? অপঙবী ঐনা লানখিবা লঙজখিবা পুন্নমক ঙাকপীয়ু, মায় পাবুংনা পামদবা অমত্তা তৌজররোই। ননাইন্নবীবু নখুৎ চানা ব্রারক-ব্রাতেম্বীরবসু য়াবত্তুবু। তৌরিবা মতৌসে তাইবঙপান্দা নুপী ওইবী কনাগী থম্মোয়না খাঙবা ঙমগদগেনে মায় পাবুং ?

থম্মোয়দগী হৌরকপা পিগী ঈচেলনা মীৎলু অনী পাথোক্না শীন্থরত্তুনা কপ্লকই। ঈতৈমা থারীকপু য়েংলম্বা তামো ইবোচৌবা অমসুং সনাতোম্বগী মমীৎশিংচু ঈঙক ঙক্না অমনা অমদা য়েংনরকই। ফম্ফমদগী হৌগৎলগা তামোনা ঈতৈমগী মনাক্তা লেপ্লত্তুনা মখুৎনা মনঙ্গলদা মুংশিনা পোপ পোপ থাবত্তুনা হায়রকই।

—করিগী কপ্লি থারীক ? নঙনা থম্মোয় শেংনা অমুক্তং ঐগী ঈমাঙদা লেপ্লবা মীৎকুপ্তু ঙাইরকপনি, কপকনু হৌগৎলু সে।

ইকায়বা, মুংশিবা, কপ্পীংবা পুন্নমক্না তোৎশিল্লবী ঈতৈমচু তামোগী মথাদা মমায় লোৎলত্তুনা ঙাশিনখি। থোদোক্তুদা তৌফম খঙলক্রুবা সনাতোম্বচু হৌগত্তুনা থোক্কে তৌই। তামো ইবোচৌবনা হায়বকই,

—সনাতোম্বা, ইন্টরভিয়ু হায়দোকখ্রো, মসিতনি রিজল্ট তামোনা ঈতৈমবু মখুৎ অনীনা চেৎনা কোনশিনখি।

# ঙানপ ল্পূ

হিংলিঙৈ মতমদদি নোংমতস্তু অহাউবা অমা পীজবা, ফি-রোল ফজবা অমত্তং শেংহনবা, ফজনা লায়য়েংবীবা ঙমখিদ্রবা, ঐখোয়বু পোকপীবা পাবু'না লাইগী খুয়া ভানগ্রবা মতমদদি তৌদবা য়াদবনি হায়হুনা ময়াম অমা হায়জীল্লগা, লৈত্রবস্তু মীঙোন্দগী পুহুনা লঙহুনা নত্রগা অবৈবা মান-চাং যোম্হোক্তুনা কর্ম্মদি চাউনা শোনখি। মপূ মাগী থৌজান ফংখিদবনা ঈপাগী নীংবা থুংহনবা ঙমখিদ্রবস্তু কবিগুম্বা মতুংদা থৌজাশত্ত লাক্লবদি ঐখোয়বু পোক-পীহুনা মী অমা ওইনবা শেম্বীবকপগী লমনশিংবা ওইনা ঈপা ঈবুঙোগী লাইবক্কী শরূ মচেত্ত্ লাইফম খূদিং পুহুনা চৎচগে হায়বগী অচেৎপা রাখলগা লোয়ননা লাইনিংথৌ সনামহীগী কাচিন্দা যান্দুনা থম্লকপা কুইববনি।

মপূ মাগী থৌজালহু লাক্লহুনা ঈপাগী শরূ মচেত্ত্বু থম্মোয় মুংদা চেৎনা থাগোম্লজরগা, ঈপা ঈবুংঙোগী থরায় মিরেল্লা ঈং তপ্না লৈরুনবা লাইফম খূদিং পুহুনা চচ্চরগা শেংলবা গঙ্গা তু'রলগী ঈচেলদা ভিনহনখিনবগীদমক অমসুং ঈপাগী থরায়নবু মুংঙাইনা পোথাবা ফংগনি হায়ববদি ঐগী লৈজবী পুম্লমক কথোকচরগে হায়না শেম-শাবা লোইরহুনা খোঙশাল্লে লাইফম চৎনবা।

গুরাহাটি য়োরে। নবদ্বীপ চৎনবগী রেলগাডী ফংহৌদব-গীদমক নোংমা গুরাহাটিদা পনবা তারে। অরেম্বদা লৈবা মতম অহুদা ইমাম্নবা অমগা লোয়ননা গুরাহাটিদা লৈবা কামাখ্যা লাইরেম্বী থুরুম্বা চৎলে। কামাখ্যগী মন্দির খ্বায়দগী হেল্লা মী চিনবা লাইফম্লি। অয়ুক পুং তরুক্তগী মুমিদাং, পুং তরুক ফাওবা

মীয়াম্না ঈশ্বর মাগী দর্শন ফংজরবদি হায়না কিলোমিটর অমা হেন্না শাংনা পারেং লেংহুন্না লৈ। খক্না থুনা ময়ামগী হান্না অমুক্তং দর্শন তৌজগে হায়রবদি খোঙবান চেনবা কাঙবুদা লূপা ২০/- পীনৈ নত্রগদি ফংদে। লাই খুরুম্বা ফাওবা কালা,বাজার তৌই।

ময়ামগী পরেংহু ঙাইদৌ শরুক লাইশঙগী মনীং মথা য়েংউসি হায়নবহুন্না ঈবান্নি মনীংলোমদা চংশিল্লুই। অঙকপা কুম্মৈনি মনুংদা তৌরম্মিবা লীলাহুদ্রি। মশা-মঊ ফরবা, কুচু-কুমেননা সনা অহীংবগুম্নবা লৈঙাং শঙবা ফি শেৎপা সেবাবীশিংনা মোমোন মীনোক্না লোযননা সেবা চৎথবি। মখোয় ভশেংনা ঈশ্বরগী থৌজাল মপূং ফানা ফংলবা মীওইনি। মীযাম্না ঈশ্বরগীদমক পুবকপা খুম্ন, হামেং পূম্নমক থৌববা থাঙশাংহুনা অমুক-অমুক্কী থাঙকক্তা মশাগা মকোক্না তোঙান-তোঙান তাহল্লি। মকোকশিংনা কা অমদা থম্মী। মশাশিংনা কা অমদা থম্মী। মখোযগী মশাদা মীমুংশি শৈতে। লাইগী মিংদা চাওথবা হীংশাগী থবক তৌই। "অহিংশা পরম ধর্ম্ম" কদায়দা লৈরবগে ?

মহু উরুরগা থম্মোয়দা হাযনিংঙাই লৈতনা ল্লাখি। লাইগী মমীংদা অশুক ভমথীববা মতৌ অসিবু শেল তিংনা দর্শন তৌবা হৌনত্রা হাযনা পূক্নীংদা থন্দুনা ম্নুংঙাইতনা থোল্লকখি। লাইগী মমিংদা মীযাম্না কৎশিবশিংহু সেবাবিশিংনা মবাং কাঁয়না চাহুনা ম্নুংঙাইমা হিংলি অমবোমদা দর্শন তৌবা লাক্লিবা তির্থ যাত্রিক-শিংহুদি মখোয়গী অনীংবা ববশিং অহু ফংলম্মগত্রা ?

মথংগী অয়ুক্তল গুৱাহাটি থাদোক্ল থরা চংলগা ব্রহ্মপুত্র তুবেল লাল্লে। খুম চৎপমা নুমিদাং পুং ৮/৯ দদি গঙ্গা তুরেলগী মথক্তা শাবা ফারাকা অমুক লাল্লে। তুরেল অনী অসি লানবদা থাত্রিকশিংমা হুন্ননখিবা শেশয়াম অহুনি ঙক্লীবা। নোংমদা তুবেল অনীস্নিদা অৱেম্বদা থাদক্লিবা লেলফমজিং অসি পুন্না

খোমজিল্লগা লান্নরবা অমত্তসু লৈরম্নোই। শেনফম অসি সবকারগী শেঙ্গাউদগী মযেং তাখ্রিবনি।

মথংগী অন্নক অঙনবদা নবদ্বিপ য়ৌরে। মৈতৈমচাশিংনা খ্বায়দগী পামজবা অমসুং থাজনা চৎনবিবা অসি নবদ্বিপ অমসুং উরিষ্যাগী পুরিনি। নবদ্বিপতা লৈরিবা অনুপ্রভুগী অকোয়বদা লৈরিবা বাঙ্গালি মচাশিংদি মৈতৈলোন ফজনা খঙনবে। ঐখোয়না ষ্টেসন হেক য়ৌবদা ঐখোয়বু উবদা বাঙ্গালি মচা অমনা মৈতৈলোন্দা হায়বকই।

—দাদাখোয় লাইশঙদা চৎকদৌবিববা?

মযাং লৈবাক মৈতৈলোন তাবা যংদ্রবা মফমতুদা ঈথা থাজদনা ঈমালোন তারকপতুদদি হরাউমনগ্রতুনা ঐখোয়না,

— মান্নি, লাইশঙদা চৎকদৌবনি, নঙদি ঐখোয়বু কয়ম্না খঙই?

—ঐদি হান্না মণিপুরদা যাম্না কুইনা লৈবম্বনি। অতুনা মণিপুরগী মবমদদি যাম্না মুন্না খঙই।

মহাক্না মৈতৈলোন মুন্না খঙলম্বা অমসুং মণিপুরিশিংবু নুংশিবা মানবতুদা খঙদবা পুম্নমক মঙোন্দা হংতুনা মানা লমজিংতুনা লাইশঙদা চৎলে, লৈফম-চাফম, বিক্সো পুম্নমক মানা লোইনা থৌবাং তৌবে। মতুদদি মানা হাযবিমখৈ যাবে। অকোনবদদি খঙলকখি— মহাক্না হীবম খুদিংদা কমিসন লৌই।

নবদ্বিপ্তা অনুপ্রভুগী লাইশঙ অনী লৈ— অমনা মযাংনা অমনা মৈতৈনা লাৎলি। লাইশঙশিংগী মীথুংশঙ ধর্ম্মশালা চাউনা চাউনা লৈ। অচৌ-অশাংগী থুংফম লাইরবশিংগী লৈফম। অচৌ অশাংগী কাদবু থুংঙুববদি কাগী ভাবাগী মথক্তা নোংমদি লাইগী উৎসব অমদি কৎপা তাই। অশিন-অবাঙ কাংবুনা মখুত্তা চে কলম পাযতুনা চংলকই,

"উৎসব অমদি কৎপীপা তাই নত্ত্রগনা লুপা কয়া কৎপী-রমগদগে?" অসুম্না ঈকায়খাঙদগী নমতুনা শেল তিংবা তাই।

শেল পীদনা লাইগী দর্শন তৌবা য়াদে। অতোপ্পা লাইশঙ ময়াম অমস্তু লৈরি। মশীং থারুবা ঙমদে। লাইবৈবাক্কী। পাবুংগী শরুমচেত্ত্ মাগী তৌকম থোকপা মথৌগা লোয়ননা গঙ্গা তুরেলগী ঈরোম্ন্ংদা তিলহনপ্রে। পাবুংগী থরায়না পেল্লম-গদ্রা পেল্লমলোইদ্রত্নুদি খঙদ্রে।

মথংদা পুরিদা জগনাথ ক্ষেত্র যৌরে। লাইকমশিংগী মবক্তা মসিনা খ্বাযদগী হৈনদবা লাইকম ওইবমলে। মৈতৈ মচা উবা যাদে। মনাতোন নম্বা, মমীৎ খ্বা বঙ-বঙ লাউবা ঐখোযসি হেক উবদা হবাউজবী লোইবে। মখোয়না ঐখোযবু মী ওইনা উদে। কবোক নত্রগা শাম্লপোৎ ওইনা উই। মসি মমাঙৈদেগী হোৌনা মৈতৈমচাশিংনা মখোযগী শেঙ্খোকলম্বী ওইহল্লম্বদগী ওইবম্বস্তু যাই। নত্রগনা মৈতৈমচাশিংনা ধর্ম্ম চেনবা, লাই থাজবা, পাম্মুবা লৈতবা কথোকপা ঙম্বগীদমক ওইরম্বস্তু যাই। মখোযনা ঐখোযগী তুংদা ইন্নদুনতা লৈ।

—কদাইদা থুংগনি ?

—কবি যেংনি ?

—কবি নতেং পাংউগে ?

—সমদ্রুদা চৎসি, অত্থু অদা খঙদবা মযাম অমা নাকোঙদা ঙরং-ঙবং ঙংতুনা লৈ, ঐখোয়গী লোগদবা যিবেপ লোৌবা ঙমদে, তৌক্ষম খঙদে।

জগনাথকী মন্দির মন্নুং চঙখিবদদি হোৌরে। খোঙউপ থম্বগী, সিনতুরগী, লৈ পরেংগী, বালভুক্কী শেন, লাই মচা-মচা কাচিন খুদিংগী, সোমদা কৎলু, সোমদা কৎলু, সিনা অত্থুনি-আদানি, শেল কৎলু হাযবা ঙাক্তা। লাইশঙগী মথক-মখা অকোয়বা য়েংউবদদি নাতৈ চাদবা, মথোঙ হুক্তবা, ঈপা-ঈচা, ঈমুং-মন্নুং পুন্না য়েংমিন্নবা য়াম্বা নুঙগী অহকপা মূর্ত্তি ঙাক্তা, য়ামনা, ঈকাইনিঙাঈনি,

লাইরৈবাক হাযবতু ওইবমাল্লে। কোনার্ক হায়বা মফম অতুদনা অমুক্কা হেন্না নাতে চাদবা মুর্ত্তি পুন্নমক পৈশিনহুনা থম্মী। মসি ভগবান ঈশ্বর দর্শন তৌবনি হায়হুনা ভক্তশিংনা যেংনরি।

সোমদগীদি ঈশ্বর মাবু লেপ্পমক ফংজরগনি, লৈখিদ্রবা ঈপাগী থৱায়তু মাগী মফমদা ঈখুৎমক্কা শিন্নজরুগদবনি। লোম্বা নাইদ্রবা শ্বর্গগী লাইবৈবাক্তা যৌহল্লুবগনি হায়বগী অচেৎপা থাজবগা লোয়ননা চৎলুবগা মফমশিং অতুদি ঐখোযগী ৱাখলগী ওন্ন-তৈনবা তূক্কচববা, হূবান-চীম্থী, উৎ-পাৎ, মীনৌশিংদগী নমথাক তৌহুনা শেন্দানফম ওইবল্লে। মপান্দনা ধর্ম্ম চেনবা শাবগা মন্নুংদনা যাত্রিকশিংগী ফুবিৎখাউদগী শেলতু কবম তৌনা লৌথোকহৌ-গদগে হাযবগী অঙ্ক ওইবল্লে। থল্লকই পূক্নীংদা লাইদি মযম থুদিংদা লৈ, লাপ্পা চৎলুবগী করি কাল্লে?

দিল্লীদসু বিবলা মন্দিব যেংজকই। ভাবতকী চাউববা লাই-শঙনি। মনুংদা চঙখিবদা লোইবা নাইদে লাইশঙ মচা-মচা লাই মখল শুাব। হিনতুগী লাই পুন্নমক চাম্মগী মথক্তা লৈ। চৎপগী লোইদে। মীনসু চীক্ল চাযন ঙমদে। নোং ঙানবদগী মুমীৎ তাবা ফাওবা থাদনবি পৈশা লাইফম থূদিং। পৈশাশিংতু তশেংনমক ঈশ্বগী মফমদা যৌরমগদ্রা? ঈশ্বর মাদি অৱাৎপা লৈত্তে, মাঙোন্দা পীরুবগী কান্নবনা কবিনো?

শেলশিং অসি শেলজাও পাযবা বিবলাগী শেঙ্গাউদা লোইনা তপ্পা-তপ্পা, পীক্লা-পীক্লা চঙখিনি। ঐহাক থঙলকই। বিরলাগুম্না শিংবা মী ভারত্তা লৈতে মানা ঈশিং-শিংই অতুনা মানা ঈনাক খুনবা হেল্লী। ভারতবাশিশিংগী মিহুন মানা মুন্না থঙই। মহাক্কীদি ইন্দস্ত্রিনি, শেলদাল্লম্বীনি। ঙা ফানবা লূ থুম্বগুম্বনি, "লূ" হুসু অচম্বা লূ নত্তে "ঙানপ লূ" নি।

# নোঙনাঙখোম্ব' ফোলা-মচা

রারী অসি তশেংনা থোকখিবা ওইরবস্থু ফুঙ্গা রাবী ওইনা লৈহৌরে। তাইবঙপানগী লেঙলি পাল্লিবা শা-উচেক, মী, পুম্নমক মাগী মথোৎ কাৱকপা, মপান ফগৎলকপা মতমদদি মীকি-লাইকি-দবা, ঈচঙ-থৌবা, লম্বা-খিংদবা, থেংননিংঙ্গুনতা লৈবা হৌনশানি। পীকপা-চাউবা, কনবা-শোনবা খাযদে।

মতম অমদা তেম্বা খোংবান্দা নোঙনাঙখোম্বা কৌবা মশা-মউ ফবা ঈচঙ-থৌবা, মুক্না-কাঙজৈ, শান্ন-খোৎনবা পামজবা নূপা অমা পোকখি। নহাক্না মপান ফগৎলকপদা, ঈনখৎলকপদা, মুক্নাদা মাগী লম্বা লৈরমদে। মমান্নবগা থেংনবা কিরমদে। মশা-মউ ফবগী মতীক চাবা থকপদস্থু লম্বা লৈরমদে। মহাক্না খ্বাযদগী পাম্বা অচাপোৎসি ফোলানি। মহাভাবতকী ভীম্না মাইবা শাবদা মামা শকুনিগী অন,বা লাযেংবদা থৌ তৌবগী ফোলা কোফু' অহূম চায় হায়বগুম্না, নোঙ-নাঙখোম্বস্থু ঙমগদোবোই নীংই। খুনতুদা নবান খুকুম্বগী ফোলাবু কৎলবদি মহাকস্থু য়্যাওবা শোযদ্রে। অমত্তা নাম্বোকহনদে।

মমাঙঙৈদদি ফোলাবু কয়ামুক পাম্নবম্বগে হাযবদা মৈতৈ পাউ-বৌদা "তান চাবগা ফোলা চায" হাযনবম্মী। হৌজিক্কান্দদি ফোলা মশক উবক্রে। মুৎখিগদৌরে। করিগুম্বা হৌজিক মতমদা ফোলা কৎনববস্থু হান্নগী অতুগুম্না মগুণ যাওদ্রে। মতমতুদদি শঙ্গোম অশেংবা যুমদা শুমজবা, চুহী অশেংবা, চেঙপাক যুমদা শুজবা, য়াম শুম্বন্দা খুৎনা শুজবা, লফোয় যুমদা লোকচবা, পুম্নমক অসি পোৎয়ান য়্যাওদ্রবা ঙাক্কুগী পোৎচঙশিং অসিনা শেম্বা মনম স্নুংশিনা হাওরবা ফোলানি। মতমতুদা তেম্বাদা নরান খুকুম্বা অমস্থুং ফোলা কৎপগী

চৎনবী যাম্না তোয়রদা তৌরম্মী। চহী হেক থুদিংগী ফোলা কৎনরম্মী।

ওম্বোকপনি লাইগী নোংদম। নোম্মদি তেম্বা খুম্দা নয়াম খুরুম্বগী থৌরম হুরেৎ পুন্না থোরম্মী। খুন অসি য়াংজিং তুরেলগী তোর্বান্দা মোংপোক-নোংচুপ্তা পরেং শানা মোংপোকলোমদা খুনৌ মোংচুপলোমদা খোঙবাম খুনজাও মথং-মথং শদোকখ্রি। মূমীন্ত খুনৌদগী খোঙবান ফাওবা অচুদা মথং-মনাই ওইনা মখাগী মমশিং অসিদা ময়ান খুরুম্বা অমসুং ফোলা কৎপম্মী থৌরম পাঙথোকলি।

—বাঙরেম মণিশ্বরো — খুনৌ মমাঙ লৈকাই,
—মোইরাংথেম মন্ত্রি — খুনৌ ময়ায় লৈকাই,
—লাইমুজম অচৌবা — খুনৌ মনীং লৈকাই,
—মাইরম কুঞ্জধজ — খোঙবান মমাঙ লৈকাই,
—লাইশ্রম কুঞ্জমালা — খোঙবান ময়ায় লৈকাই,
—থোকচোম অঙাংয়াইমা— খোঙবান ময়ায় লৈকাই,
—যুম্নাম ধনঞ্জয় — খোঙবান মনীং লৈকাই।

পাঙ অসি লোইনা ঈখঙ খঙনরম্মী। মূমীৎ অসি মফম তরেৎমক্তা অমত্তা চীথদনা ফোলা চাগে হায়বসিনা খোঙনাঙখোম্বগী অমত্তা ঙায়য়াবা য়াথল ওইরম্মী। হুম্নিং অতু মহাক মূমীৎ তাবা ৱানা ঙাইবম্মী। ফোলাগী মহাউ মতোমদা খম্থরুরগা মতিন চোথরকই। হায়বিবা মফম তরেৎ অসি কিংমিং অহুমলোমগী লম্নি। মতমতুদা গাড়ী অমত্তা লৈতে। খোঙনা চৎনবা ঙাক্তনি। মহাক মফম তরেতুদা ফোলা চাবা নংনবা খোঙনা চেনবা তাই। নয়াম খুরুম্বগী থৌরম য়াচঙবা মতুঙদা পাঙথোক্লে। মেবা থাগী পানথংলকপা ১৩ নি পানবা নূমীত্তনি। থাবলনা মপুং ফাদা ঙানবা মতম্নি।

মতমতুদা নহা ঊনথংলকপশিংনা খুদৈ অরাংবা অমা শেৎপা, জোজা ফুরিং অমা লীংপা, মঙত্তা খুদৈ অমা য়াম্লগদি কেবা

লোইয়ে। মখোঙদনা খুক্কম অমা তোংবা নক্তনা অতৈ লৈতে। মথুক্তা বাশী অমা পায়রা, বাশী খোঙবস্থ য়াম্না লেম্নবা অমনি। নোঙ-নাঙখোম্বনা খুদৈ অমা শেৎলগা খুদৈ অমা য়াল্লগা ক্লুমিৎ মরায় চায়থবকপদগী লাই খুরুমগদবা য়ুমশিংছু চাউশেন শেম্নত্নুনা হঙ্গৎ-হন্দা চত্ত্ন্না লাঙতক্লনা য়েংই। ক্লুমীৎ ময়ুম হেক চঙখিবগা মাগী ময়ুমগা নক্লনা লৈবা থোকচোম অঙাংযাইমগীদা য়েংবা হৌই।

—"অঙাংযাইমগী ঙাইহাক্তং রাংলি। অত্নুনদি মনীং ঈথং থংবা য়ুম্নাম ধননজযগীদা চৎলগে, মখোয়গীদগী হৌবকলগে", রাখলসিগা লোযননা য়ুমনামদা চঙখি। মত্নুদস্থ থৌবাঙ লোইবমদে,

—মসিদি খবা বাংলি, অত্নুনদি মতম মাঙহনবা য়াদ্রে লাইশ্রম কুল্লমালাগীদা চৎলগে।

অস্থুম্না কুল্লমালাগীদা চৎলি। মত্নুদস্থ খবা বাংলি। শেম শাবা হৌবদা ঙাইবি। মত্নুদগী অমুক থোক্লকই।

—হন্দক্তী মাইবম্নদা চৎলগে। মখোযগীদি লোইবম্মনি মতমসি চপ চাবক্লে। খোঙকাপ লাওনা কান্দুনা কুল্লধজগীদা অমুক চেল্লি। মখোয়গীস্থ লোইবমদ্রে, অমুক্তা থোক্লকই।

—"হৌজিক্তি লাইমুজমদদি মতম চপ চারনি। থুনা চত্তবা যাদ্রে।" চেনত্নুনা লাইমুজম অচৌবগীদা চৎলি অত্নুবু মত্নুদস্থ ফোলা তোংপা কন্না হোংনবম্মী। অমুকস্থ হন্দোরকই।

—মতম মাঙহনবা কান্নদ্রে চৎলগে মোইরাংথেমদা অমুক। হন্দক্তী মশাত্নু হুমাং অনপ্নী কাবকই অত্নুবু অরাবদি মোইবাং-মন্ত্রিগীস্থ লা থাবমদ্রি। চেম্থোরকই।

—কান্নদে মকোক্তগী হৌরগে নাউরেমদা ঈহান হাম্না চারুরগে অসি খল্লগা নাউরেম মনিথরোম্নীদা চৎলি। মোইরাংথেম মন্ত্রিগা নাউরেমগদি খন্না থাপ্নে। নংহৌররোই খনত্নুনা

মীরক-নারক য়েংঙগা চেনতুনা চৎলি। ওস্থোকপনি। হুংশা মপী হোন্দুদা চঙখিবদদি ময়াম ফমতুনা হুকপা হৌনরম্লে। মহাক চঙডুবা ঈকাযতুমা হন্দোবকই। কন্না অমুক চেল্লি মোইরাংথেমদা। হেক চঙখিবদা চাবা হৌনবম্লে। হন্দক্তী মবেংবান্দগী খুদৈতুনা কিশি চেৎশিল্লে, কন্না হেক্তা চেল্লে লাইমুজমদা। মতুদস্মু চাবা হৌরমলে। চেস্থোবকই অমুক। হুমাং ওরো-বো তানা মাইবমদা অমুক 'চল্লে। মতুদদি ময়াম চাবা তঙ্খাই চন্নবম্লে।

কান্নববোই খল্লতুনা অরোইবা আশাগা লোয়ননা লাইশ্রমদা চেশিল্লুই। অৱাবনি। ময়াম চাবা লোইবমদৌরে। মহাক্না খল্লকই,

—হৌজিকপু ঐবু থোকচোমদা চৎলুখিগদ্রা? হুং। চাহৌদবা যাদে ফোলা। হৌজিক্তি থোকচেক অঙাংয়াইমগীদদি ফোলা চাবা লোইনবতুনা মহৈ-মহৈ হৌগৎনবক্লে। নোঙনাঙখোম্বা মমাযদগী হুমাংতু তৈথোক্লগা খল্লি।

হৌজিক অমুক যুন্নামদা চৎলবোই।

নোঙনাঙখোম্বগী ফোলা চাবগী কূম্মে লোইবে। মাগী মযুমদা চঙনগা মাঙ্গোলদা ফম্মী। হুংশাম্বব মপী হোল্লগা কৌবকই,

—কবোক্লে। কবোক্লে। ঈশিং চাইশেন অমত্তা পুথোবকউ। মাগী নূপী কবোক্লেনা চাইশেন থন্না ঈশিং পুথোবককই। নোঙনাঙখোম্বনা ঈশিংতু লৌবগা অমত্তা লেমহন্দনা লোইনা থকতোকখি।

# মশুংলাংগীদমক

মহাকখক্তা ঐহাক মুৎলবনি মুৎলবা। ঈরোল-ঈবাম তাকুনা লোইখবনি। মঙ্গল যাম্নবা ঈজ্জৎ, সন-মান, মাঙহনবদা নত্তুনা হকচাং অসিসু মাঙলবনি, শরু পোলাংদা ঙাইহৌরবনি মহাকপু ঐনা করি-মুংগী থেংনজক্কবনো, করম্বা বিদ্ধীগী নোংদমখোগ্নো খঙদে। মহাক্কা তিন্নবগা ঐগী কান্নবা লৈতে, মাঙজে খঙনা-খঙনা মহাকপু থাদোক-পদি খক ঙমদে, মঙোন্দগী লাপথোক্কে খনজবকপা কুইরবনি। অতুবু লাপথোকপগী মহূত্তা ঈবান্নীগী মরীসি হেন্না নকশিন্নবকখি। হৌজিক্তি নোংমতং ফাওবা মহাক্কী মশক উহৌদবদা, মহাক্কা চীল্লোক্লহৌদবদা তূম্বা-চাবা অমত্তা চঙদ্রে। অতোপ্পগী বাক্কল লৈত্রে মাগী নত্তনা।

কুইববগী রানি, মহাক্কা ঐহাক্কা ঈহান-হাম্না শকখঙ-মায়খঙন-খিবতু, ঐ ঙসিসু কাউদ্রি। ঐগী মরূপ খৌবান্দগী সনাতোম্বগা বাংখেমদা কোযকসি হায়ত্তুনা চৎমিন্নখি। হান্না হায়স্কুল তম্মিন্নবম্বা মরূপ খরা থেংনত্তুনা কাইনাগী চীংখোঙদা লৈবা ঈতৈমা তোনস্নাগী স্নুমদনি মহাক্কা থেংনখিবতু। সুমীৎ অতুদদি মহাকপু ঐহাক্না কয়াদা হঙোইজখিবা, কয়াদা ঈকাইজখিবা, হায়ফম তৌফম খঙদবমখৈ হৈনখিদে। মরূপ-মপাং ময়াম্না, "কৈগু তৌরোই য়াম্না ফবনি, কোন্না তপ্না-তপ্না ফরকনি হৈনবক্কনি" হায়বিবদগী মহাকপু পামদ-পামদনা ঐগী মরূপ ওইখি। সুমীৎ অতুদি হায়নীংঙাই লৈতনা রাখি। কোক উরূ-রূ ঙাওখি, মীৎ তন্দন পাইখি। ঈকাইজবনা মীমাঙদা খোঙ থাংত্তুনা চৎপা ফাওবা ঙমখিদে। ঈশাসি হাইরং-তুরং মীৎসিনা উইরূম-উইরূম, ঈকায়-ঈকায়না থোক্লকখি,

মতুং খবা শৈবগদি মহাক্কী মশক উনিংবগী ঈখৌ লাংবা পোক-লকখি। মবক-মবক্তা মী খঙহন্দনা মহাকপু উননবা হোৎনবকখি। অস্নুম্না মহাক্কা মবক-মবক্তা উনজবদা কয়াদি স্নুংঙাইজবে। ঐগী লূ তোং পূন্নমক অনৌবা ঈনোং হাপ্লগুম, হকচাংগী ঈচেল যাঙখৎ-হনহুনা হৈনিং-শিংনিংবা পোকলে, বা যাম্না ঙাঙবা পাম্লকলে, তুম্বা চাবদা স্নুংঙাইবে। মমৈদদি অস্নুম-অস্নুম নকশিন্নবক্তুনা, ঈশাগী অকবা থবক কয়ামুক হুন্দোক্তুনা মাবু থিবা হৌবকলে। মহাক্কী ফানযাই-পুন্নযাইনা শুমহৎপ্রমান্নে। হান্না মী-পোং খঙহন্নীংলমদমহু হৌজিক্তি মী পূল্লগা, মন্দপ-মপাং য়াওবগা মহাকপু উনবনা হেন্না স্নুংঙাইবা ফাওরকখি। মীযাম মমাঙদা অহৈ-অশিং শানিংবা অফাওবা শানিংবা হৌবক্লে।

মহাক্কা কা হেন্না নকশিন্ননা, স্নুংশিননা তিন্নবা, লোয়নবা হৌবকখিবদি অহুঙৈ ঐনা যুম থাদোক্তুনা অবাপ্পা মফমশিং—মোবে, স্নুংবা, লীতান্নচিংবদা পোস্টিং তাবিঙৈ মতমদদি। মহাক্তী ঐনা চৎলু-চৎলুবা মফমদা হেক্রা থেংনৈ, মহাক্না যৌদবা মফম লৈতে। য়ুমগী যুপী অঙাং, ঈমা-ঈপা কাযনবগী ব্রাখল, মতম লেনবগী অরাবা ব্রাখল পূন্নমক মহাক্কা লোযনজবগা কাউথোকপা ঙমজখি। মতুগী-দমক মাঙোন্দা চঙজফম লৌখিবনি।

মহাক্কা অশেংবা মরূপ ওইরুবদগীদি, ঐগী হান্নগী পাঙদ্রবা, ঈকায় থীবা পূন্নমক মাঙখিহুনা থৌনা ফবা মী অমা ওইবে। মী লাই কিবক্রে। মহাকবু পূল্লুববা, শম্নরুরবদি ঙমদবা লৈত্রে। মী হাৎপা ফাওবা ঙমগদৌবোই নীংই। মীবু মী ওইনা উবক্রে, অঙকপনি মাগী মগুণসি। মীমাঙদা ব্রা অমত্তস্নু ঙাঙবা ঙমদবা ঐনা ফোংনা লাউ-খোংবা হৌরে।

ঐনা মহাকপু স্নুংশিজবা হেঙ্গৎলকপগী মতীক মীশিংনদি ঐবু তূক্কচবা হেঙ্গৎলকখি। অঙাং ওইবিঙৈদগী লুন-চান্ন তিন্নজবকপা

মরূপ-মপাং খুদিং ঐঙোন্দগী থাপত্তোক্নরবখি। য়ুমগী অহল-লম্মন্না থীনা চৈরকই, নূপী অঙাংশিংনা তাথীবা হেঙ্গৎলকই। মখোযনা হৈনদবা হাযবত্তুদা মহাক্না ত্নিন্নবসিনি। মহাক্না ত্নিন্নরুবগী নাপন্না রাংমনখিহুনা নূপী-অঙাংশিংবু হম্বনা যেংবীবা অমসুং ওৎপি-নৈবিবা তৌবত্তুনা মখোযনা য়াম্না তাথীবনি। অত্তুম ওইনমক ঐতনদি মহাকপু খক থাদোকপা ঙমদ্রে।

মহাক্না লোয়নবসি থানাশিংগীসু অশাউবী ওইরান্নে, নঙ্গ্রগা শাউশিন্নবগা শেল তাল্লিবরদি খঙদে। নোংমদি ঈমফালদা থাগী তলব লৌবা চৎপদা, লমলাইদগী মরূপ গোজেনগা থেংনহুনা ঐখোয 'নী হুংঙাইবা ফোঙদোরহুনা মহাক্নী লৈফম কোয়থি-থিরগা মহাক্না ঙাইহাক রাবী-বাতায তৌরিঙৈদা মহাক্নী হুংশি ময়াইনা হেন্দোক-খিহুনা পাক-হেক হৌগৎতুনা চৎপা ঙমখিদে। রানা লাকপদা লমখাঙদা ঈবানিমক পুলিসদা ফাজিন্দুনা অহীং অমসু নমথীওবা মবক্তা শো লোনশিল্লবা খুথ্রবা কাখু অত্তুগী মনুংদা লেনখি। নোং ঙাল্লগা ঙবাং ফুবিৎখাউদা য়াউখিবা শেল-থুমসু অমত্তা যাউবমদ্রে। মত্তুংদা অমুক তৌবনু হাযহুনা থাদোকপিবকখি। হুমীৎ অত্তুদদি পুরুীংদা খনজখি "মহাক্না অমুক ত্নিন্নজববোই, মশক ফাওবা যেংজববোই"।

অত্তুবু হুমীৎ ওারকপদদি, মহাকপু কাওবা ঙম্মক্রে কোইথি-থিবকই। হেক থেংনজবদা ঈচীনশিনা অমুক্তা ওইরবসু চুপচরগা থম্মোয়গী মৈচাক্তু খজিক্তা ওইরবসু কোকলবোই নীংখি। মহাক্নী মৈচাকসি ওম্বোক্না কল্লি। মাগী করম্বা মন্ত্র-যাত্ন লৈবগীনো? নোংমদি মহাক্না পৃথীবি অসি খুত্তুম চল্লকখিদোবোই নীংই। মহাকপু পামজবা, হুংশিজবা মীগী মশীংসি নোংম-নোংমগী ঈশিং-ঈচাওঙ্গুম জব-জব হেনজিল্লকই, লমজাউগী লম্মৈচাকপগুম্না শন্দোবকলি।

নোংমদি ঐহাক মাগা কুইনা লৈমিন্নরুবগা অহীং অথেংবদা

য়ুমদা ঈতোমতা হল্লকখি। সোরেক্তা ঈচাশিং মরি-মণ্ডা লেপ্তুনা লৈরম্মী। ঐগী ঈতৌহু উবদা মখোয়না হংবা হৌরকখি,

—পাবুং কদোমদা লেঙউরিবনো স্মুকথেংবসিদা নতোমতা।

—ঈবুংঙোখোয়। ইপাদো, মরূপ অমগী ময়ুমদা থবক অমা চৎলুবদা থেঙদোকপ্রে।

—অহুদি পাবুং! খোঙউওতু অমুক্তা লৌথোকপিয়ু।

—কবিগীনো ঈচাশা।

—পুথ্রীদা ঈরোযগদবা।

—হৌজিকপো। স্মুক ঈংবসিদা, ঈরোয়বস্মু হৈতে।

—হৈত্রগা লুপ্পা তাবে।

অস্মু্মা নুমীৎতু ঈঙথ্রবা অহীংহুদা ঈশিং মনুংদা তীংখি। ঈংবনা থক-থক নীক্তুনা খাঙখি। অঙাংশিংহুনা মফমতু থাদোক্তুনা চৎখ্রবদা, তপ্পা কাখৎলগা য়ুমদা হল্লকখি।

নোংমস্মু খরা লৈরগা অঙাংশিংতু অমুকস্মু থেংনরে। মখোয হেক উবদা কোকচাওবী বাখি। মখোযনা হায়বকপা ঙাইকদনা নোম্ববগা খোঙদগী খোঙউপ লৌথোক্কে তৌবিদৈদা অঙাং অমনা হাযবকই,

—পাবুং। কবিগীনো খোংউপ লৌথোকপিদৌবিদি ?

—ঈবুংঙো। নখোযদি ঈপাবু পুথ্রীদা ঈযোযু হেক্তা হাযবহুদা নখোযনা হাযবকপা ঙাইদনা ঈশানা খঙনা খোঙউপ লৌ-থোকচবিবনি।

ঐগী ইতৌহু উবদা মিনুংশি পোক্লমাল্লে, মখোয় মযাম হৌনা ফাক-ফাক নোকথোকখি। অমনা হায়বকই— "ঙসিদি লেংবিরো"।

রাহৈ অমত্তা হাযবমদনা ঐহাক থম্মোয়মনুংদা ঈচাশিং অহুবু হায়নীংঙাই লৈতনা থাগচ্চবগা য়ুমদা হল্লকখি।

পূক্নীং মুংশিববা ৱারী অমম্ লৈরি। নোংমদি লৈকাযগী ঈতৈমা লুথ্রাবী থবাগী যুমদা, মহাক্না উনজক্লৱগা থোক্লকপদা লাইবক থীবদগী ঐখোয়'খুনগী নিশাবন্দ মৈরাপায়বী কাংবুনা থেংনজুনা ঐহাকপু ফাবিবে। ঐবু ময়াম্না খোঙ্গোইনবীবে। ঙকশমদা লীক্লী পরেং অমা শিজিনবীরগা সোবোক্তা যন-ইবোই হোইবগুম হোইতুনা পুবীরে। মখোযনা, "মতুংদা অমুক হন্না থকচবোই" হায়না লাউগদবনি হায়না তাকপিবদগী, থম্মোযদদি যৌদনা চীনবাহোংদা হাযনীংদ-হাযনীংদা, লাউনীংদনা ঐনা লৈযেঙ ঈফাইফাইনা হন্না-হন্না লাওখি,

—মতুংদা অমুক থকচবরোই।

মহাক্কী মপান্দগী, মহাক্কী পোকফম শাংফম ওইবিবা মপাম লমদম তম্পাক্কী কবুই খুনশিং, সেকমাই, ফযেংনচিংবদা মথোল কযাগী যুম-কৈ শাগৎনবকপদা ঐহাক্কী চাউববা থৌদাং যাওবি। সোমদনা মগুংলাংগীদমক ক্বাক মখোঙ পূখবা যুম্ন অমদা লেপ্লি।

# মচা শেম্বা

হায়নৈ—"কূমশী পোকপা অঙাংশিংগী মরক্তগী ঐগী ঈচান। খ্বাযদগী হেন্না নুংশি" অশেংবনি— মচাবু মমান্নবশিংদগী মীথোষ-হন্নীংদবা, হৈহন-শিংহন্নীংদবা কনা যাংবগে ? মচাগী বূম্মৈ যেংজবা অমসুং হযেং চাউরক্লগা মচাগী মপান চাগদৌবিবনি হাযবগী ঋাথলদা নৈজবী পূন্নমক পাম্মুবা তৌদনা অথাকপা লৈতনা খবচ তৌনবিবনি। অদুবু মচাগী মতীক-মগুণ, মেবিৎ ষেংদনা মচাবু মমান্নবশিংদগী অহেনবা ওইহন্নবা হোৎনবা অমসুং অবাংবা থাক্তা থাঙ্গৎনবা হোৎনবা মপা-মমাসু লৈতবা নত্তে। মমীত্তা লাইবিক মযেক উজহৌদ্রবা মপা-মমানা মচাগী হৈবা হৈতবা খঙদনা মচানা পবিক্কা ওম্লকপদা হবাউ মোমোন মীনোক্কা লোয়ননা "ঈচাদি চহী খূদীংগী পবিক্কা ওম্মী" হায়জে। মত্তুবুদি ঐখোয়না ঙাকপিফম থোকই। অদুবু লাইবিক-লাইশু হৈববা মপা-মমানা হৈতবা মচাশিংবু অবাংবা থাক্তা পুথৎনবা হোৎনবত্তুদি ঙাকপিফম থোক্তে।

মহমদ ইসলামুদ্দিন সবকাবগী সেকেণ্ডরি স্কুলগী প্রিন্সিপালনি। মণিপুবগী মুসলিমশিংগী থোইদোক-হেন্দোক্না মমিং লৈববা মীশক্নি। অচৌ-অশাং, অঙম-অথৌ, বাজনিতিন্নালাশিং, ওফিসাবশিং খঙন দবা, তিন্নদবা লৈতে। তশেংনা হাযরবদা মহাক মণিপুবগী খ্বাযদগী চাউবা চনপ্লিশিংগী মরক্তা অমনি। ঋানোম-থৌনোম, হাবী-জাবী যাওদবা লৈতে। "লৱায লাংদ্রে থোঙনেম্বী থৌদোক খূদিং যাওগনবী" হায়বত্তুমক্নি। মহাক্কী হৌবকফম হাইবিপোকতগী ওইববসু, ঈমফাল সহবগী মযোল মিন্নুথোংদা হোংঙ্গত্তুনা য়াম্না মুঙাই-য়াইফনা হিংবগী মবেক-মহাউ থোক্না লৈরি।

ঈসলামুদ্দিনগী মচানুপী মবিগী মরক্তা অমত্তা য়াউবা মচানুপা বাজাউদ্দি খানবু খ্বায়দগী অরাংবা থাক্তা পুখত্তুনা অচৌবা মীওই অমা ওইহনবা হাযবসিমক মহাক্কী অমত্তা ঙাযরবা আশানি ।

মশানা প্রিন্সিপাল ওইরিবা স্কুলদা মচানুপা তমহল্লী। চহী খুদিং বাজাউদ্দিনা পরিক্ষাদা মপোক নত্রগা মথং ঙাই। ক্লাসতদি ওজাশিংনা হংবা য়াহং অমত্তা চুম্না খুম্না ঙমদে, পরিক্ষা হেক হায়-দোকপদদি মহাক্না মকোক ওইরকপদাময়াম্না হায়মৈ, "রাজাউদ্দিনসি পরিক্ষা যাম্না হৈ" অচুম্বদি মত্তু নত্তে, মপানা প্রিন্সিপাল ওইবনিনা মাগী মথাদা লৈবা মরী লৈনবা বিষয়গী ওজাত্তুদা তোঙান-তোঙান্না লোন্না য়ানোমত্তুনা মচাবু মকোক ওইহন্নবা চহী খুদিংগী হোৎনৈ। ওজাশিংগী মযক্তা পাউ ফাওদোক্লহন্দে। অত্তুমা ওজাশিংত্তুনস্ক মথোয়না মার্ক হেন্না পীশিনখিবত্তু অত্তে ওজাশিংনস্তু য়াংনা পীথকপ-পমিনা করিস্তু লুনা থন্নরুদে।

অস্থুন্না পরিক্ষা খুদিংদা মকোক ওইচুনা ফাষ্ট ডিভিজন্দা পাস তৌচুনা লাকপমা মেট্রিক পরিক্ষা য়ৌখে। মত্তুদস্তু মপানা অচৌ-অশাং পুন্নমক খঙমখনিনা য়ানোমত্তুনা ফাষ্ট ডিভিজন্দা পাস তৌবে। তুম্নেলক্ক ক্লাসকী পরিক্ষা অমুক য়ৌরকই। সেকেণ্ডরি কাউন্সিলগী অঙম-অথৌশিং থেংনৈ। মথৌ মঙম পাঙথোকই। ফাষ্ট ডিভিজন্দা অত্তুম পাস তৌরকই। ময়াম পুন্নমক ঙক্লে। মচানুপানা XII ক্লাসকী পরিক্ষাদা ফাষ্ট ডিভিজন্দা পাস তৌরকপগী নুংঙাইবা কোঙদোকপদা চাউববা হবাও-কুমৈ পাঙথোকই।

মচানুম্বানা ফাষ্ট ডিভিজন্দা ফাওরকপদা ইসলামুদ্দিনগী নীংবা থুংলে। মচাবু ইনজিনিয়ার ওমহনগে খল্লে। এনট্রেন্স পরিক্ষা য়াওহল্লে। কন্নাইবশিংদা খুপা থাউজাউ-থাউজাউ খুদোল তমজত্তুনা মচানুপা রাজাউজিন মায় পাক্লে। আলিগর মুসলিম ইউনিভরসি-তিগী মথাদা আলিগড় ইনজিনিয়ারিং কলেজদা মিং চনবা তারে।

মচানূপাদদি ইনজিনিয়াখিং তমগদৌবিবনি মংঙ্গুম্না থোক্লি। মামা মীয়মচুদা চংলগা করি ঙাঙলুলমি, করি ইকুগমি থনবন্দা অনাবা পোকলে। মপাদা ভুংশা থীবগা লোয়নননা হংজে—

—বাবা। ঐদি করিগু হৈত্রগা কবম্না ইনজিনিবাম্লিং তমগ-দৌম্রিবনো মীনা ইনজিনিযার তম্বদি য়াম্না লুই হাযনৈ।

—হায তূমিন লৈয্ নহা। কনাস্ু হৈনা পোকলকপা মগ্গে। তম্লগা হৈবকদৌবনি। কন্নদা হোৎনৌ। মীনা ওম্লগা নঙদি কবিপ্পী ঙমলোই?

—অচুবু বাবা ঐদি ইবস্ু হৈতে ঙাঙবস্ু হৈতে কমদৌনি?

—অপঙবা। মীনা ঙাঙবা তারগা, মীনা ইবা উবগা নঙদি কবি তৌচুনা লৈগেয়া? অম্ুম তপ্না তপ্না হৈজরকনি। ঈপা লৈবিবসিদি নঙগী কবি বাৎকনি?

—বাবা। ঐদি য়াম্না কিজেবো।

—কিগনু ঈবো। নহা। নঙনা ইনজিনিযাব অচৌবা ৺ইবগা ঐখোয়গী ঈমুংসি ভুংঙাইগদৌরিবনিলে।

অসুম্না, ইবা-পাবা কাওবা নী'থিনা হৈতবা মচানূপাবু ইনজি-নিয'ব তমহন্নবা আলিগবদা পুচুনা খিনবীকগে। অচা-অথক্কা লোযনমা খূদোলপোৎ কযামুক পুবচুনা কলেজচুগী প্রিন্সিপালচুদা থাডি তৈতুনা শিন্নবমগে। প্রিন্সিপালচুনা ইসলামুদিনগী খূদোল-পোৎশিংচু ফংবদা যাম্না হবাউনা মচানূপা ব.জাউদিনবু চেকশিন্না যেংবীগনি হাযবা অচেৎপা থাজবা পীববদা ইসলামুদিন হবাউনা ময়ুম্দা হল্লকলে। মচানূপাগী অথাৎ-অপা শৈহন্নবা অবৈবা পুম্নমক খরচ তৌথোকপদা কাখিগু পাম্মূবমদে।

অসোমদদি মচানূপামা ক্লাসতা তৌবিবা পুম্নমক মঙদা মঙ্গা তানবগা মাম্নমা থোকগ্রে। কলেজচুগী ওজাশিংচুসু য়াজাউদিনগী মতৌ উবদা পুমগুক গুকগ্রে। ঈশিংদা তারুবমুক গুঙবা অচুমা মতৌ

কবয়া পরিক্ষা খুদিংদা ফাষ্ট ডিভিজন্দা পাস তৌবকপা লোযননা মণিপুব সরকাবনা মতৌ কয়া বাজাউদিনবু এনত্রেন্সতা খল্লকপনো হায়বসি অঙকপা পোকলে। বাজাউদিন মমাম্নবশিংগা মীমাম্নবা ঙমদবদগী ক্লাসতা ফম্বা ঈকাইহ্নৈনা অয়াম্বা মতমদা ক্লাস লৈথোকপা, উখোঙ-রাখোঙদা ফম্বা হৌরক্লে। ওজাশিংনা তাকলিবা, ভাঙলিবা অমত্তম্সু ইনবা ঙমদ্রে।

চহী অমা ফাবক্লে। অহানবা চহীগী প্রোমোসন ফংবা ঙমদনা মযুমদা থোবকলে। মপা-মমানা মচাগী মতৌ উবদা পাখত্তুনা হংলম্মী—

—কৈদৌবে নহা। নঙনা মতম চাদনা থোবকলিদি?

—ঐহাক ইনজিনিযাব তম্বা ঙম্লাবাই বাবা।

—কবিগীনো নহা নঙবো?

—ঐহাক কবিমত্তা খঙদ্রে বাবা। অহানবা চহীগী পবিক্ষাস্থু ঙমদ্রে।

—বেবা লৈতে নহা। চহী অমা মাঙগ্রবস্থু ঙম্নবা হোৎনদবা যাদে অমুক হনজিল্লগা তমসি ঈবুংঙো।

—ঐহাকতি পুন্সীসিদা ঙমগদবা মান্দ্রে বাবা।

—তমদবা যাদে ঈবুংঙো। ঈপাগী ঈচ্ছৎ কন্দবা য়াদে ঐখোযনদি ইমান-ইমাম্নবগী মমাঙদা ঈচানা ইনজিনিযার ওই-দোববনি হাযদুনা ফুতানি তৌথোকলুরগা হৌজিকপু তোকপা য়াত্রা? নঙ ইনজিনিয়ার ওইদবা য়াদে।

অসি হায়না মচানুপাবু কন্না থেমদুনা মথংগী চহীদা আলিগরদা চত্তুনা থিনবীরুবে। অদুগা প্রিন্সিপালদা অমুকস্থু চেঙশিন্না শিন্ন-রমলে। মচাগীদমক মপা ইসলামুদিন্না শেল-থুম, মতম মাঙহনবা অমত্তা পাম্মুদনা, অরাবা থাঙদুনা অরোইবী থাদুনা হোৎনবে।

চহী অহুম হৌগ্রে। অদুবু অহানবা চহীগী প্রোমোসন পরিক্ষা

ফাওবা পাস তৌবা ঙমদ্রে। মমৈদদি উপাই লৈত্রে। চহীস্সু অহুম মাঙখ্রে, শেলস্সু লোইনা মাঙখ্রে। অতুবু মচানুপানদি ময়েক অমা ফাওবা খঙবা ঙমদ্রে মাগী চন্নফম মফমতুদা লৈত্রে। মাগী ফাষ্ট ডিভিজনগী সার্টিফিকেটশিংতু মফমতুদা চন্নবা চেজেক্তগী হেন্না কান্নদ্রবা মমল য়াওদ্রবা ওইবে। হৌজিক্তি মপোৎ-মচৈ যোমতুনা আলিগর ইনজিনিয়াবিং কলেজবু অবোইবা বিদায় পীবমলগা মপাম লমদম মণিপুরগী ঈম্ফালদা থুংলবে।

হৌজিক্তি ইসলামুদিন ভাব তারকই। মচানুপাগী ফাষ্ট ডিভি-জনগী সার্টিফিকেটশিংতু মণিপুবদা মমল লৈজববস্সু অতোপ্পা মফম-দদি চন্নফম লৈববোই অতুনা মণিপুবদা শিজিন্নবা তাবে। থবক মচা অমত্তং তৌহল্লগা পুন্সীগী হিংনবা লানফমদা চঙহনবনা ফরগনি।

"লৌ উবদি ঈশিং চাউবগা থুমই, ঈকং থোক্লগা ফৌ লোক্তে, তীন তাই। তলবতি তীল তাদে, ঈকং থোক্তে ঈচাও থোক্তে, ঙবাংদা ফংখ্রিবোই নীংই ঙসিস্সু হেক্তা য়ৌবকই, পেবেগুম্বনি। লৌ শঙম অমা উবনদি চহী অমা চাবা কোন্নদে, লৌ শঙমতু যোম্থোক্লগা তলব চাবা থবক অমা পাযববদি পুন্সীচুপ্পা চাবা কোন্নে।" হাযব-নচিংবা রাফমশিং অসি মণিপুবগী মুসলিম ঈচিন-ঈনাওশিংগী চীনফা পুববা রাহৈশিংনি। মুসলিমশিংগী মবক্তা থবক ফংদবগী সমস্যা কযা লৈতে। মখোযদি ইবা পাবব থবা থোক্লবদি, মনীঙথোঙ, মমাঙ-থোঙ, মীহুথোঙ পূন্নমক্তগী লিশিং লক্তুনা থবক যংনবা হোৎনৈ।

মণিপুবদা শেলবু পাযরবা শঙ্গবু লৈরবা যাদবা থবক লৈত্রে। অঙম-অথৌদা লুপা খাউজাউ কচ্চবতুনা ইসলামুদিন্না মণিপুবগী সেক্রেটবিযেত্তা মচানুপা রাজাউদিন কেবানিগী থবক অমা হাপচিল্লে।

বাজাউদিন ডি, পি, সেক্সন্দা কেবানি ওইবে। সেক্রেটবিযেত্তা থবক তৌবা হাযবসি যাম্না ঈকাই খুম্নফম অমনি। মহাক্কী অবাংবা থাক্কী সার্টিফিকেটশিং অতুগী মগুন্না মহাকপু ডিপুটি সেক্রেটবি

প্রসাদকী মথাদা দাইরেক্ট ডিলিং এসিষ্টেণ্ট পুহল্লে। প্রসাদনা মহাক্পু য়াম্না থাজবগা লোয়নন্না ফাইলশিংছু শিন্নবা হৌরে। অফানবদদি মহাকসি অনৌবা চঙবগী এক্সপরিয়েন্স লৈতবগী ওইগনি হায়না খল্লমী। অদুবু মতোন্দা শিন্নরবা থবক খুদিংমক অমত্তু পাঙথোকপা ঙমদ্রবদা প্রসাদকী পুক্নীংদা যাম্না চিংনবা হৌরক্লে অমসুং মহাক্না থবক খনবগী ফাইলছু চেকশিন্না য়েংলকই। অদুবু অঙকপদি মহাকী কেবিযাবদা ফাষ্ট ক্লাস ঙাক্তা লৈরম্বা উবদা প্রসাদনা খল্লি—মহাকী সার্টিফিকেটশিংছু অশেংবা অমত্তা নত্রে। "শেমজিন-শাজিনবা, অবৈবা ঙাক্তনি।"

নোংমদি বাজাউদিন মমাযছু ঈচপমুক ঙাঙশিল্লদুনা ওফিসতগী মযুমদা ডল্লানা হল্লকই। মচাগী মাযখোঙছু উবদা চিংন-পবৈ চনদুনা মমা ঈবেয়াইনা হংজকই,

—কৈদৌবে নহা? ঙসিদি ডল্লানা হঃ ব দি? নশা ঙমদ্রব্রা? কনানা করি হাযবক্রে?

—ঈমা ঐখোয বাবানা শেম্বীবদগী ঙসি নচাগী লাইবক অসি যৌববনি।

হাযনবিঙৈগী তানজাদা মপা ইসলামুদিনসু স্কুলদগী হল্লকই। মচাগী মতৌছু উবদা নুংশা থীরদুনা হংলকই,

—করিনো নহা? নঙনা ঙাঙলিদুবো?

—যেংবীয়ুসে বাবা। নচাগী চেসি।

অসি হাযদুনা মাগী থবক্তগী পোথোকপগী চেছু মপাদা যেং-হল্লী, মপানা ডিপুটি সেক্রেটরি প্রসাদনা থোকপা ভবস্নিনেসসগী ওর্ডরছু মুন্না পারুবগা হায়বকই,

—খঙগনি মাগী প্রসাদ হাযবছু মণিপুরগী চেঙ চানা যংব্রা যেংগে?

লাইমুজম বামেশচন্দ্রগী

ফোঙ[illegible]রা : তাইবঙ ফাওখিদ্রবা মঙলান

ফোঙলক্কদবা : ১. কালিকতনা কৌরকপদা (লমকোয় ৱারী)

২. লায়রবা অমসুং থুঙ্গংগী ৱারী (শৈরেং)

৩. অরোয়বা থোঙ্‌জিন (ৱারী মচা)